ꯏꯔꯥꯋꯇꯀꯤ ꯁꯩꯔꯦꯡꯗꯥ ꯅꯤꯡꯇꯝ-ꯏꯍꯧ

# ইরাবতকী শৈরেংদা নীংতম-ঈহৌ



# ꯏꯔꯥꯕꯇꯀꯤ ꯁꯩꯔꯦꯡꯗꯥ ꯅꯤꯡꯇꯝ -ꯏꯍꯧ

# ইরাবতকী শৈরেংদা নীংতম -ঈহৌ

# ꯏꯔꯥꯕꯇꯀꯤ ꯁꯩꯔꯦꯡꯗꯥ ꯅꯤꯡꯇꯝ -ꯏꯍꯧ

# ইরাবতকী শৈরেংদা নীংতম -ঈহৌ

ডা. শরতচন্দ্র লোঙ্-জোম্ব

**অহনবী পব্লিকেসন মণিপুর**

ইম্ফাল ৱেষ্ট, মণিপুর

২০০৮

ꯏꯔꯥꯕꯣꯠꯀꯤ ꯁꯩꯔꯦꯡꯗꯥ ꯅꯤꯡꯇꯝ - ꯏꯍꯧ

# ইরাবতকী শৈরেংদা নীংতম -ঈহৌ

**Irabotki Sheirengda Ningtam -Eehou**

*(a collection of literary critical essays on ten Manipuri Poetry Books.)*

*Written by* **Dr. Sharata Chandra Long-Zomba**
Singjamei Thongam Leikai, Imphal (W)
Singjamei - 795008 (Manipur)




*অহানবা ফোঙবা* ঃ সেপ্টেম্বর ২০০৮ ইং

*মমল* ঃ লুপা ৯৮/-

*কোপী মশিং* ঃ ৭০০

*আফোঙবা* ঃ লোংজম ওংবী সোরোজিনী দেবীনা
অহনবী পব্লিকেসন্স মণিপুরগীদমক্তা ফোঙজবা

*কম্প্যুটর টাইপ সেট্টিং* ঃ শঙ্গীতা থিয়াম

*কোভর দিজাইন* ঃ ৱাই. হেরোজিৎ সিংহ



*লাইরিক ফংফম* ঃ অইবগী য়ুম, শিংজমৈ থোঙাম লৈকাই, ইম্ফাল
ঐখোয়গী পব্লুংগী ওফিস, কৈশামথোং, ইম্ফাল।

---

*নম্ফম* ঃ পব্লুং কম্প্যুটরাইজ প্রিন্টর্স, কৈশামথোং, ইম্ফাল।



হুইরোংবম নিঙোল
অহনবী দেবী
(১৯৩৪-২০০০)

# ইমাগী নীংশিং মূর্ত্তিদা

ইমা নঙদি ঐগী পুন্নমকনি
মীৎনা উবা ঈশ্বরসু নঙনি।
থাবুম তরা নাওপুরকপী নঙদি
হৌরকফমসু পোলোয়সু নঙনা ওইবীয়ু।
নতম্বাক্তা চাওজগে নতম্বাক্তা তিঞ্জগে
মসিতনা ওইজগে আশাগী পম্বুংসু।
ইমানা নুংশিনা পীবিবা মঙ্গলাশীর্ব্বাদ
অদুতনি নচানা ফিগাও শানা নীজরিবা
তোল্লবা নচাগীদি
কচ্চনিংঙাই করিসু লৈজদে
অহিং মীংশেল খাঙদুনা ইজথিবা
**ইরাবতকী শৈরেংদা নীংতম -ঈহৌ**
খোমজিনবা ঐগী কৃটিসিজমগী
অহুমশুবা লাইরিক অসিমত্তুং
কুমশি কুমজা ২০০৮ গী ওইনা
ইমাগী খুয়া থম্বাল অনীগী চরণদা
কচ্চরী খুৎথেংননা লৌবীয়ুকো
থৌজানগী মীৎয়েংগা লোয়ননা
মীরক- তিনবা ঙমজদ্রবা
নচাগী খুদোলসে ॥

*ইমাগী খুয়াখাগী ননাই*
**শরতচন্দ্র লোঙ-জোম্ব**

# অইবগী ৱাহৈ খরা

ইং ২০০০দা মণিপীরী শৈরেংগী মশক অমদি সাহিত্যাদা কৃটিসিজম -হায়না মমিং থোনবা কৃটিসিজমগী লাইরিক অনিখক ফোঙখ্রবা মতুংদা অনৌবা নৈন-ৱারেংগী লাইরিক খরদং ফোঙগে হায়বগী আশা তৌজখি। অদুবু শেল থুমগী ফিভম্না খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্লবদা নত্তনা হকচাংগী লায়না অমনা হেক-হেক অপনবা পীরকখি। লাইগী নোংদমদগী ঐগী নুংশিজরবা মরুপ মপাং কয়ানা মখা তানা লাইরিক ফোঙনবগী সহযোগ পীবিরকপগা লোয়ননা মতেং কয়াসু পাংবিরকখি। মীং ওইনা পঞ্জরবদা ডা. যোদ্ধচন্দ্র সনসম, রাজমনি নোংথোম্বা, য়েখোম কে বি, চিংঙাখম বাবুধন, কেশো সিংহ ইরেংবা, ক্ষেত্রি রাজেন, জে এস কোন্সম, গোপেশ্বর ওগ্রীথেনবা, ডা. কোইজম শান্তিবালা দেবী, নবকুমার নোংমৈকাপ্পম, ইউনাইটেদ পিপলস ফ্রন্ট, (ইউ.পি.এফ.), মণিপুরগী প্রসিদেন্ট, ৱাই.কে. ধীরেন, ঐখোয়গী পম্বুংগী এদিটর সগোলশেম হেমন্ত, অমদি সেনিয়ার কলম্নিষ্ট, ফুরাইলাৎপম রেবতি শর্ম্ম -নচিংবা ওঝাশিং অসিনি। লাইরিক ইরাবতকী শৈরেংদা নীংতম -ঈহৌ অসি নম্বগী মতাংদা প্রেসগী থৌদাসু মাইপুননা পুবিখি। লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা লাক্লবদা কম্প্যুটর টাইপ সেট্টিং তৌবীখিবী শ্রীমতি শঙ্গীতা থিয়াম, মখুমগী কোভর দিজাইন তৌবিখিবা ৱাই. হেরোজিৎ সিংহ অমদি পম্বুং কম্প্যুটরাইজ প্রিন্টিংগী ষ্টাফ পুম্নমক্কী মফমদা তৌবিমল উচ্চরী।

ঙসিদি লাইরিক অসি মীয়ামগী মফমদা শীন্নজরি। মীয়াম্না পীবিরকপা মোত অদু তরাম্না ওকচগনি। মণিপুরী তম্লিবা মহৈরোয় খুনাইনা ঐগী লাইরিক অসিদগী মতেং খরদং ফংলবদি ঐনা ঐগী লাইরিক অসি ইজরুবগী মহৈ ফংলে খঞ্জগনি। মণিপুরী সাহিত্য নৈনবদা পুন্সি অসি কথোকচরবনি।

ডা. শরতচন্দ্র লোঙ্‌-জোম্ব

# য়াওরিবশিং

*হীরম* *লামায়*

# ইরাবতকী শৈরেংদা নীংতম-ঈহৌ

(মরু ওইনা মাগী শৈরেং অমদি ঈশৈদা নৈনবা)

**"Nativism means a return to the roots". - Rajee Seth**

**হোম্বাঙ য়ানবাঃ**

ইং ১৮৯১, এপ্রিল ২৭, নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক পুং ৭ তাবা মতমদা নীংখা তম্লম্বা মণিপুর বৃটিশ সম্রাজ্যগী লোইলম মখাদা লৈখি। মতমদুদা কাছাড়গী Deputy Commissioner ওইরম্বা Major Maxwell বু মণিপুরগী Administrative Chief Political Officer ওইনা হাপ্লকখি অদুগা H. Collett পুনা Manipur Field Force Commander ওইনা লাকখি। বৃটিশকী মখাদা মমিংতগী ওইনা চুরাচাঁদ (পোকপাঃ এপ্রিল ১৫, ১৮৮৫- শিবাঃ নবদ্বিপ, নভেম্বর ৬,১৯৪১) না চহি ৬ তা ঙাইরিঙৈদা অগষ্টকী ২১,১৮৯১ দা মণিপুরগী নিংথৌ ওইখি। সেপ্টেম্বর ১৮,১৮৯১ দা মণিপুরগী নিংথৌ হাপ্লে হায়না সিমলাদগী ওর্দর থোকখি। লৈবাক্কী শাসন পুম্বা মতমদুগী মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্টশিং- H.St. P. Maxwell (13.9.1891 – 22.12.1892), A. Porteous I.C.S. (officiating: 22.12.1892 – 2.7.1894), H.St. P. Maxwell (2.7.1894 – 18.12-1896), H.W.G. Cole (officiating: 19.12.1896 – 3.7.1897) A. Porteous (4.7.1897 – 3.6.1898), H.W.G. Cole (officiating: 4.6.1898–1.7.1898), Major A.E. Woods (officiating: 2.7.1898 – 17.12.1898), H.St. P. Maxwell (18.12.1898 – 22.2.1902), A.E. Woods (officiating: 23.2.1902–6.112.1902), H.A.C. Colquhoun

I.C.S. (officiating: 7.12.1902 -29.1.1903), A.E. Woods (officiating : 29.1.1903 - 2.7.1904) H.St. P. Maxwell (2.7.1904 – 16.3.1905) অমদি Major J. Shakespeare (17.3.1904 - 23.2.1908) -নচিংবা মথঙ মথঙ ... চূরাচাঁদনা (১৮৯১-১৯৪১) না মে ১৫,১৯০৭ তা রাজস্থানগী Lord Mayo's College. Ajmer (১৮৯২) দগী মহৈ তম্বা লোয়রদুনা হল্লক্লবা (মহৈ তম্মুবা মতমঃ ১৮৯২-১৯০৭) মতুংদা মণিপুর ষ্টেটকী শাসনগী থৌদাং পুবা হৌখি। মণিপুরনা মীখা পোল্লবা লৈবাক অমা ওইরবা মতমসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা য়াওন অমা লাক্লবগী খুৎমাবা Revivalist কবিশিং মণিপুরগী লৈমায়দা তাইবঙ খোঙদাবা হৌরকখি -চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ (১৮৮৮-১৯৪৩), পুখ্রম্বম পরিজাৎ (১৮৭২-১৯৪১), হিজম অঙাংহল (১৮৯২-১৯৪৩), কবি চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০), ডাঃ কমল (১৯০০-১৯৩৪), অশাংবম মীনকেতন (১৯০৬-১৯৯৫) অমদি অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ (১৯০৭-১৯৪৪)-নচিংবা শক্লাইরবা কবিশিং অসিগী মরক্তা মণিপুর অমদি ভারতপু নীংখা তম্বগী ইহৌ অমা শাগৎখিবা, লাইরবা লৌমী শিন্মীশিংগী অধিকারবু ফংননবা হোৎনরম্বা অমদি পঙশিল্লবা মীয়াম্বু মীকপ থোক্লবা য়াকাইরোল শক্লম্বা, মরৈবাক্কীদমক্তা মীরমদা অরোয়বা য়াহিপ তানখিবা -কবিরত্ন হিজম ইরাবত (১৮৯৬-১৯৫১)সু ইম্ফালগী পীশুম ওইনাম লৈকাইদা সেপ্টেম্বর ৩০,১৮৯৬ তা পোকখি। মণিপুরী সাহিত্যনা চহী ২০০ রোম তুমখুল তান্দুনা লৈরুরবা মতুংদা নিংথৌ গরীবনিৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮) দগী কুল্লচন্দ্র (১৮৯০-১৮৯১) অমদি চুরাচাঁদ (১৮৯১-১৯৪১) মতমগী ইং ১৯২০ ফাওবা Revivalist Poet শিং অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী Revivalist period (১৯২০-১৯৪৫) অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী শৈরেংগী ঈচেলদা অচৌবা থৌদাঙ লৌখি। মসিগী লময়ানবা অমদি লুচিংবা কবিনা হিজম ইরাবতনি। মণিপুরী সাহিত্যগী য়াংলেন শরু ওইরিবা মণিপুরী লোন অসি চাওখৎনবা খোঙজং অমা চংশিনবগী লুচিংবা মীশক অমসু ওইখি। ইং ১৮৮৫, ডিসেম্বর থাদা লিংখৎখিবা জোনষ্টোন স্কুলদা ইং ১৯২৪ ফাওবা (মতমদুদা মণিপুরদা জোনষ্টোন স্কুল নত্তনা হায়স্কুল অমত্তা লৈরি) মণিপুরী সাহিত্যগী মহুত্তা বাংলা লোন অমদি সাহিত্যনা অচৌবা মফম কন্দুনা লাকখি। মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্যগী মফম

লৈরমদে। ইরাবতনা অচৌবা থৌগায় পুরগা মতমদুগী মণিপুরগী শক্লাইরবা মীওইশিং- শৌগাইজম সমরেন্দ্র (১৮৯৪-১৯৮৫), বি.এ. (১৯২১), লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ (১৮৯৫-১৯৬৬), বি.এ., বি.এল. (১৯২২) সঞ্জেনবম নদিয়াচাঁদ (১৮৯৬-১৯৭৬), বি.এ. (১৯২২), বি.এল. হিদংময়ুম দ্বীজমনি দেব শর্ম্মা (১৯০২-২০০০), এম.এ. সংস্কৃত (১৯৩৮), সিনাম কৃষ্ণমোহন (১৯০৩-১৯৮৬), এম.এ. ইকোনোমিক্স, বি.এল. (১৯৩১) অমদি মতমদুগী জোনষ্টোন হায় ইংলিস স্কুলগী হেদ মাষ্টর, Philpotts, M.A. (হেদ মাষ্টর ওইবাঃ ১৯১৯-১৯২৩) অমদি যামিনী সুন্দর গুহ, বি.এসসি. (১৮৭৫-১৯৫০, হেদ মাষ্টর ওইবাঃ ১৯২৩ দগী ১৯৩৮ ফাওবা) অমদি মতমদুগী বেঙ্গলী এম.ঈ. স্কুল (১৯০৩) গী ওঝা খ্বাইরাকপম চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০) নচিংবগী মতেংগা লোয়ননা Calcutta University (January 1857) গী Registrar দ' দরখাষ্ট থাদুনা হ'য়জবদগী মেত্রিক্তা মণিপুরী বিষয় হ্যংখি। মতমদুগী Registrar, J.C. Ghost না থোকপা ওর্দর অদুদ অসুম্না ইরিঃ

## CALCUTTA UNIVERSITY

### Notification No. MISC

No. 101, Senate House, 20 August, 1924. 'Manipuri be added to the list of vernacular language from translation into English.

***- Section 10, Chapter XXX of the Regulation.***

অসিদসু নত্তনা ইরাবতনা এডিটর ওইরগা ইং ১৯২২, জুন থাদগী থা / থাগী মণিপুরী চেফোঙ, **মৈতৈ চনু** ফোঙখি। চেফোঙসিগী অহানবা মশিংদা অশাংবম তোম্বী (মীনকেতন) গী 'উ থম্বাল' হায়বা শৈরেংসি হাপখি। অদুগা ইং ১৯২৪ দনা ডাঃ কমলগী 'মৈতৈ চনু' অমদি 'চির বিদায়' শৈরেংশিং ফোঙখি। চেফোঙ অসিনা মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্যবু চাউখৎনবা হোৎনরম্মী। ইং ১৯৩৪, মে ৩০ দা **নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা** লীংখত্তুনা চুরাচাঁদ মহারাজনা প্রসিদেন্ট অদুগা ইরাবতনা ভাইস-প্রসিদেন্ট ওইদুনা অহানবা মীফমদুগী ব্বারেপশিং অদু মণিপুরী লোন্দা ইরগা মণিপুরীশিংনা খুন্দাবা মফমশিং -অসাম, মতমদুগী

ইষ্ট বেঙ্গল (ইং ১৯৪৭ তা ইষ্ট পাকিস্তান, ইং ১৯৭১ দা বাংলাদেশ), ত্রিপুরা, ব্রহ্মা (ম্যানমার) নচিংবা লৈবাকশিংগী সরকারদা মেমোরেন্দম সবমিটি তৌবগা লোয়ননা মণিপুরীশিংবু মপুং ফানা মহৈ মশিং তম্বা ফংহন্নবা তকশিনখি অমদি মণিপুরীবু বিষয় অমা ওইনা স্কুলশিংদা হাংহন্নবা হায়জখি। কাছাড়দা লৈরিঙৈ (১৯৪৩-১৯৪৬) দসু মহাক্না মণিপুরী খুদিংমকপু ইমারোলদা লাইরিক তমগদবনি হায়বা অকনবা খোল্লাও লাউখি। জুন ২৩,১৯৩৫ দা লীংখৎখিবা **মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ** কীসু অচৌবা থৌগায় লৌদুনা ইং ১৯৩৭ অমসুং ১৯৩৮ টার্ম অনীগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈশৈ শাগৎলম্মী। ইং ১৯৪৭, এপ্রিল ১৩ দগী ফোঙবা হৌখিবা **অনৌবা যুগ** হায়না মমিং থোনবা চয়োলগী পাউ-চে অসিগীসু এডিটর ওইরম্মী। পাউ-চে অসিনা মণিপুরগী সাধারন মীয়ামদা অমদি ভারতকী ওইনা নীংতম্বগী ঈশৈ শাগৎনবা হোৎনবদা পাউজেল অমা ওইনা থোকখি। ইরাবততি বাংলা সাহিত্যগী Revolutionary Poet, Kazi Nazrul Islam অমদি ভিয়েতনামগী নীংতম য়াওনগী লুচিং পুরেল ওইখিবা হো চি মিনগা পাংখক্লি। মঙোন্দা তোল্ল-তারবা, লাইরবা লৌমী-শিন্মী অমদি মীচম প্রজাশিংবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবা ঙম্বগী মগুণ চেল্লি। মহাক্তি মরৈবাক মরমদম্না মীখা পোন্দুনা মীনাই নাইথাঙ ওইদুনা লৈবদু য়েংদুনা অৱা পোৎলুম খাঙবা হৈনবা মীওই নত্তে। মদুনা মহাক্না নিংথৌগী শক্তি অমদি বৃটিশকী লোইলম শাসনগী মনুংদা চৎনবী অমা ওইদুনা লৈরিবা মীবু মীনা ওৎপীবগী মরমচৎ, মীওইবগী মী অমা ওইবগী অধিকারবু লান্না শিজিন্নবা, খোঙ্গোইনবগী মওঙ অদু য়াম্না ঙন্না উবা ঙমখি। মহাক্না মীচম প্রজা অমদি লৌমী শিন্মীগী লুচিংবা ওইদুনা মণিপুর অমদি ভারতকী নীংখা তম্বগী অন্দোলনদা চপ চানা অইবা অমা ওইবগা লোয়ননা সোসিয়েল এক্তিভিষ্ট অমা ওইনা শরুক য়াবা হৌরকখি। অচেৎপা ফিরেপ অমগী মখাদা খোঙ থাংজিনবা হৌদুনা মণিপুরগী নিংথৌ অমদি বৃটিশকী লৈঙাকপশিংগী মায়োক্তা সোসিয়েল এক্তিভিষ্ট অমগী থবক পায়খৎপগা লোয়ননা নীংখা তম্বগী ঈশৈ অমা শাগৎখি। মতমদুগী ব্রহ্ম সভাগী অমাং অশেং, চন্দল শেনখায়, পিওন চাকথাক, পোৎথাং পুবা, য়ারেক শন্ত্রি, দোলাইরেং অমদি জল সম্বন্ধি (Water Tax) অসিনচিংবগী চৎনবী অসিব মখৎনবা. মীগা মীগা মান্নদবা, জাৎ-বিজাৎ,

জাতি বর্ন খায়বনচিংবগী পাথাপশিং অসিগী মায়োক্তসু অন্দোলন হৌরম্মী অমদি য়ানিংদবগী ঈহৌ শাগত্তুনা মণিপুরদগী মতমদুগী চৎনবী কয়া অদু মুখৎনবা অচৌবা থৌদাঙ য়ারম্মী। মদুগী লুচিংবা ওইরম্মী। ভারতকী নীংতম্বগী অন্দোলনদসু ইরাবতনা মণিপুরদগী ঈহৌ শাগত্তুনা মাগী লোয়নবী খোমদোনস্নাগা লোয়ননা চৈরাপ কোর্ট মমাংদা মীয়াম তিনখৎলকপা মতমগী নুংথিল পোবোপ্তা 'বন্দে মাতরম' হায়না লাওরদুনা বৃটিশনা শাবা অমদি পুশিল্লকপা ফি-রোল মৈ থাখি। মহাত্মা গান্ধী (১৮৬৯-১৯৪৮) গী মতৌগুম্না ইরমদমগী মৈতৈ নুপীশিংনা য়োংখমদা শাবা খাদিগী ফি-রোল শেৎপা হৌখি। মতমদুগী মণিপুরগী নিংথৌ চুরাচাঁদ মহারাজগী ময়াম্বুংতোনচন্দ্রহাসকী মচানুপী খোমদোনস্না লৌবগী 'মমাক ইবুংঙো' হায়বা মীয়াম্না ইকাই খুম্নরিবা ইরাবতনা সদর পঞ্চায়েট মেম্বরগী ফম মার্চ ১৪,১৯৩৯ দা থাদোক্তুনা মণিপুরবু মপুং ফাবা সোভরেন্ট কন্ত্রি অমগীদমক মঙ মংজখি। নিংথৌগী শাসনগী মহুত্তা মীয়ামগী মীহুৎনা লৈবাক শাসন তৌবগী দাবী তানবা হৌখি। মাগী ঈহৌগী পান্দমদি- 'লাঙ্গোল পায়বা লৌমীনা লৌগী মপু ওইগদবনি। মীখল তৌদুনা মীয়ামগী মীহুৎ খনগদবনি। মণিপুরগী পাৎ, তুরেল নিলাম কক্কদবনি, চন্দন শেনখায় লৌবা য়ারোই, পোথাং পুবগী চৎনবী লৌথোক্কদবনি অমসুং চীং-তমগী শাসন পুনশিনগদবনি'। মরমসিনা মাবু লৈবাক নিংথৌনা রাজ বিদ্রোহি ওইনা লৌখি অমসুং লালহৌবনি হায়বগী মরাল শিখি।

## ইরাবতকী শৈরেংঃ
## মরৈবাক নীংবা অমদি নীংতম ঈহৌ শাগৎপগী দর্শণঃ

কবিরত্ন হিজম ইরাবতনা মণিপুরী সাহিত্যদা শৈরেংগী লাইরিক অনীখক খুদোল তন্বীরম্মী। **শৈদম শৈরেং** (ইবাঃ ১৯২৯, ফোঙবাঃ ১৯৩২) অমদি **ইমাগী পূজা** (ইবাঃ সিলেট জেলঃ মার্চ ২১, ১৯৪০, মার্চ ২০, ১৯৪৩ গী মমাং, ফোঙবাঃ ডিসেম্বর ১৯৮৭)।

## শৈদম শৈরেংঃ

লাইরিক অসি কবিনা মতমদুগী মণিপুর ষ্টেট দরবার (লিংখৎপাঃ মে ১৫,১৯০৭) গী প্রসিদেন্ট, A.G. Mc. Call Esq. I.C.S. (1927-

1930) দা নভেম্বর ২৮,১৯২৯ দা লুপা ৮০/- দা কোপীরাইট ওইনা লৈবিনবা দরখাস্ত থাখি। মরোলদি-

> "I have the honour to say that I want to sell the copyright of the book **SAIDAM SEIRENG** at about Rs. 80/- (Eighty). I shall be very glad if you kindly allow me to make same alternative in the time of second edition.'

লাইরিক অসি মণিপুর ষ্টেট দরবারনা ডিসেম্বর ৪,১৯২৯ দা লৈখি অদুগা ক্লাস V (ফাইব) গী টেক্স বুক ওইনা খনখি। লাইরিক অসিদা শৈরেং ২৩ য়াওরি। মতমদুগী ক্লাস ফাইবকী টেক্স বুক ওইনবা ইখিবনা নৌরিবা মহেরোয়শিংগী লমজিং পাউতাক্লা মপুং ওইরি। রোমান্টিসিজমদা শাগৎপা শৈরেংশিংনা মপুংনি। ক্লাসিকেল ওইবা শৈরেং অমা অনী য়াওরবসু, মরৈবাক নীংবগী শৈরেংদি য়াওদে। 'মৈতৈ ঈশৈ' হায়বা শৈরেংদা শ্রীগোবীন্দজিউগী চরণদা মতমদুগী মৈতৈ নিংথৌ, চুরাচাঁদবু পুন্সি তোলোইনা, নুংঙাই য়াইফনা পান্নবা প্রার্থনা কচ্চবনা মপুংনি। নীংতম-ঈহৌগী মমি তাদে। ইচম-চম্বা শৈরেংগী মশক্তা শাগৎপনি। প্রকৃতিবু শৈথাবা, পাউতাক পীবা, কল্পনাগী সংসার অমবু ইখৌ লাংজবগী মমি তারি।

## ইমাগী পূজাঃ

কবি হিজম ইরাবতকী মাষ্টরপিছ্ অমনি। মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা মোদর্নিজমগী মশক অমা রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ (১৯২৫-১৯৮২) গী **শাৎনিংবী** (ইবাঃ ১৯৪০-৪৬; ফোঙবাঃ মার্চ ১৯৪৭) দা অহানবা ওইনা শক্তাকপা হৌখ্রবা মতুংদা অনীশুবা মোর্দন পোইট অমা ওইনা হিজম ইরাবতপু মণিপুরী সাহিত্যকারশিংনা শক খঙনবা হৌরকখিবনি। মহাকপু মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (১৯৩৫) গী ৬২ শুবা চহীগী মীফম (নোংমাইজিং নুমিৎ-মে ১৪, ১৯৯৭) দা **কবিরত্ন** হায়বা উপাধি পীদুনা ইকাই খুম্নখ্রবনি। হায়রিবা লাইরিক অসিদা শৈরেং ৪৯ য়াওরি। শৈরেং অয়াম্বা মীচমগী ওইবা অচম্বা লোন্দা পুদাদা ফোঙদোক্তুনা মীয়াম্না লাইনা খঙবা ঙম্নবগী মওঙদা ইবনি। থোইদোক্লা নুংদা চংশিল্লগা ইবা, বুধি লৌশিংগী ওইবা ব্রাখল্লোল য়াওবা, ব্রাহৈদগী অর্থনা হেন্না মপুং ওইবা অমদি সাহিত্যগী অনৌবা টেক্নিক, ষ্টাইল, মেদিয়মনচিংবা শীজিন্নবা

থোইনা থেংনদে। অদুবু খ্বায়দগী ফজরিবা মতাংদি- মাগী শৈরেং খরদা মরৈবাক নীংবগী মমি তারি, নেতিভিজম অমদি নীংতম ঈহৌগী মশক অমা য়াওরি, ওৎপীরবা মীচম প্রজাশিংগী অধিকার তানবগী খোল্লাও অমদি মরৈবাক্তা নীংখা তম্লিংবগী নৎত্রগা তম্নবগী দাবী তানবগী মশকশিং উবা ফংই। মদুনা হিজম ইরাবতপু Revolutionary Poet অমা ওইনা লৌনরিবনি। মরৈবাক প্রজাশিংগী য়াইফনবগী ঈহৌদা লুচিং পুরেল ওইরগা, মশাগী ওইজবা পুন্সা থাদোক্তুনা অচম্বা মী অমগুম্না হিংজখিবা- জেলদা ফাওবা লৈদুনা মীমান্নদ্রবী মীখা পোল্লবী মণিপুর ইমাগী মীনাইগী য়োহ্লিংবু মতৌ করম্না লৌথোকসিগে খঞ্জখিবা, লৈবাক নিংথৌনা বিদ্রোহিনী হায়বিদুনা অঙ্গো চীংগী ৱাংমদা ব্রম্মগী তাংবো হায়বা খুলদা সেপ্টেম্বর ২৬,১৯৫১ দা পুন্সিগী অরোয়বা স্বর হোনখিবা কবি অসিগী শৈরেংশিং ঙসিদি অমর ওইদুনা লৈহৌরে। তুংলমচৎকী মণিপুরী জাতিগীদমক্তা লেংদনা হিরা মণি মুক্তাগুম ঙান্দুনা লৈহৌরি।

**ইমাগী পূজা** (১৯৮৭) দা কবি ইরাবতপু Revolutionary Poet অমা ওইবগী অকনবা থৌনা লিংজেলগা লোয়ননা প্রজাগীদমক্তা মশাগী ওইজবা পুন্সা থাদোক্তুনা কৎথোকপা ঙম্বা পুন্সিগী খোঙথাং অদুগী ঈথিল উবা ফংই। অনৌবা যুগকী পোৎথোক, পৃথিবীগী থৌদোক, মতমদুগী সমাজগী শক্তম, মীনাই নাইথাং ওইরিবা লৈবাক অমগী শাফুদা হিংলিবা মতমদুগী মীশিংগী অনৌবা মীহুল, ৱাখল্লোননচিংবসু মাগী শৈরেং খরদা ফোঙদোকপা থেংনৈ। খুদম ওইনা- 'কারখানা', 'কাউমুদো', 'টেলিগ্রাফ', 'জেল', 'নাৎসিগী ফিরাল', 'ডিসেম্বর-১২'; মরৈবাকপু নুংশিবগী অমদি মরৈবাক নীংবগী পাউজেল পুবা শৈরেংদনা - 'ইমাগী পূজা', 'মৈতৈ লৈমা' অমদি 'উচেকমক্তা ওইরম্মবসু' নচিংবা পনবা য়াই।

লেনিন (১৮৭০-১৯২৪) গী মীৎয়েংদা সাহিত্যগী খোঙচৎ অসি মীয়ামগী পুন্সিগা লাপ্নরবসু, নীংতম ঈহৌগদি লোয়নগনি হায়বসি থাজখিবা ইরাবতনি। মদুনা সাহিত্যগী পান্দমদি মীয়ামগী পুক্নিং ঈহুলবু মপুং ফাহনবদা থৌনা পীবনি। অদুগা অনৌবা, হেন্না নুংঙাইবা পুন্সি অমা শাগৎপদা মতেং পীবনি। Revolutionary গী পান্দম মচেৎ অমতা ওইরবসু সাহিত্যগী দশর্ণ ওইহনগদবনি। পান্দম অসিদা (মরুওইনা মণিপুরী

শৈরেংদা) লময়ানবা অমা ওইনা কলম পায়খিবা অহৈবদি ইরাবতনি। মাগী শৈরেং, 'নাৎসিগী ফিরাল' দা Nazism অমদি Fascism গী মশক শেংনা য়েকই। অনৌবা Revolutionary spirit অমা য়াওরি। মসিদা উৎলিবসি Germany দা হিটলর (১৮৮৯-১৯৪৫) না হৌদোক্লম্বা Nazism গী মশক অমদি শক্তিনা পুন্সিল্লবা নীতি নিয়ম য়াওরবা- 'People who were suspected of against Nazi was immediately arrested and tortured and sometimes they were shot dead' -হায়বা ৱাখল্লোন অমদি ইটালিদা মুসোলিনি (১৮৮৩-?) না হৌদোক্লম্বা Fascism গী -'Peace possibled by war alone' হায়বা ৱাখল্লোন্দুনা মপুংনি। কবিনা হিটলরগী মীৎয়েং- 'One leader and one party' হায়বদি পার্টি অমখক্তং লৈবা লুচিংবা অমগী ৱায়েন থৌদাগী থৌওঙ অসিবু য়ানিংদবা উৎপগা লোয়ননা নোংমদি নাজিজম অমদি ফেসিজম অসি মালেমদগী লুপত্নগনি হায়না ফোঙদোক্লি। অদুগা ৱারোইশিন্দনা অনৌবা নীংতম্বগী শান্তিগী খোঞ্জেলনা তাইবঙপান অসি নীল্লগনি হায়না ৱামাং য়াল্লি। কবিগী ৱাহৈদা-

তাউরগনি নাৎসিগী ফিরাল
লুপ্লগনি ফেসিজম ভুমধ্যাসাগরদা।
জগৎ অপুম্বা নিনগনি মতমদুদা
'শান্তি' 'শান্তি' 'শান্তি' খোঞ্জেলনা।
মতুংদা লাক্কনি শোয়দনা
'শান্তি' 'শান্তিগী লম্বী' জগৎতা। (নাৎসিগী ফিরাল)

'ডিসেম্বর ১২' হায়বা শৈরেংদা নুপী লাঞ্জংগী অকনবা ঈথিল অমা পীনবা হোৎনৈ। মৈতৈ নুপীশিংনা নীংতমবা পাম্বগী, মরৈবাকপু সোভরেন্ট ষ্টেট ওইহন্নিংবগী অমদি মরোমদোম লেপচবা ঙম্বগী রাইট লৈ হায়বদ উৎথোক্লিংবগী ৱাখল্লোন অমা উবা ফংই। শৈরেংসিদা ইরিঃ

শম পুনশিল্লু দেবী
ইফা ফারিবদো।
ডিসেম্বর ১২ অমা হৌখ্রে,
ডিসেম্বর ১২ অমা লাক্লে-
কাউরব্রা?

অকনবা পাউজেল অমগা লোয়নবা খোল্লাওনি। মৈতৈ নুপীশিংদা থৌনা হাপ্তুনা নীংখা তমনিংবগী, য়েক্লবগা মায়রোং য়ানিংবগী লানবাও অমনি। ইং ১৯৩৯ গী ডিসেম্বর ১২ দা থোকখিবা 'নুপী লান'- মদুদা মতমদুগী

মৈতৈ নুপীশিংনা Political Agent, C. Gimson (15.4.1922 – 23.11.1922; 1.4.1933 – 31.3.1938; Dec. 1938 – Dec. 1946) গী Bunglow দা agitation চখখি। 'বর সাহেব! নখোয় হনখ্রো নখোয়গী নরমদা। ঐখোয়গী মণিপুরদা লৈরগনু।... সাহেব। নখোয়গী লৈঙাক পামদ্রে। নখোয় হনখ্রো। ঐখোয়গী ইরমদম ঐখোয়না লৈবাক ঙাকচনবা ঐখোয়বু থাদোক্লো' হায়না লাল্লাও লাওখিবগা লোয়ননা 'বন্দে মাতরম' হায়বা ঈশৈসি শক্লুনা চংখি। থৌদোক অসিদা মৈতৈ নুপী কয়াগী হকচাংদগী চেহ্নরকপা ঈখেঙগা Political Agent গী Military sepoy শিংগা লাম্থেংনখি। অদুগুম্বা মৈতৈ নুপীগী থৌনা লিংজেল উৎপা নুপী লান অদু অমুক নৌহৌনা নীংশিংদুনা অনৌবা, শক্তি লৈবা নুপী লান অমগী থৌরাং শিনবনি। কবিনা মখা তানা মৈতৈ নুপীশিংদা ঈথিল পীরিঃ

থাজব্রা শম পুনগনি হায়বা ?
নিংব্রা নুমিৎ অসি লাক্কনি হায়বা ?

মতাংসি- Russian Novelist, Maxim Gorky (1868-1936) গী **Mat** (Eng. **Mother**:1906) হায়বা উপন্যাস অদুগী ৱাখল্লোন অদু নীংশিংহল্লি। নুপী ওইবীশিংদা লৈবা অখাঙ কনবা, মমা ওইবীগী মগুণ, য়েক্লবগা মাইরোং য়াবদা নীংহন্নবা লৈতবা- অনৌবা, মদোম লেপচবা ঙম্বগী থৌনা লৈবা মশক্তুউবা ফংই।

'দিখৌগী তোৰ্ৱান্দা' হায়বা শৈরেংদনা মৈতৈ নিংথৌগী মতিক মগুণ, মথৌনা উৎপগা লোয়ননা মৈতৈ জাতিগী লিন তোংবা (পাখঙবা য়েকপা) ফিরালনা আসামগী দিখৌ তোৰ্ৱান্দা নীংখা তম্না পায়রম্বা ইং ১৭৯০ গী ঐতিহাসিক ওইবা ৱারীদু নীংশিংহল্লি। মতমদুদা মৈতৈ নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র (১৭৫৯-১৭৬২ / ১৭৬৩-১৭৯৮) না আসাম (তেখাও) নিংথৌ গৌরি নাথকা মোরালশিংগা শোক্লবা লান্দা মতেং পাংখি। মৈতৈ নিংথৌনা মনিং মখা তম্বা মণিপুরগী লৈবাক শাসন তৌবদা নত্তনা য়ুমথঙনবা লৈবাক নিংথৌগীসু মতেং পাংলম্মী হায়বদু উৎপনি। অদুগুম্বা থৌনা লিংজেল অদু ঙসিগী মীরোলদা লৈহন্নিংবা, মরৈবাকপু নীং-খা তম্নবা হোৎনবদা থৌদাঙ য়াহন্নিংবগী অপাম্বদু ফোঙদোকই। কবিগী ৱাহৈদা-

ঈগী ঈ ঙাক্তা চেল্লে থক থক নিকলে
ঙসিসু কোকত্রিবরা অদুঙৈগী ?
লিন তোংবা ফিরান্না হাইনা হুম্না অতিয়াদা

পাইরম্মী তোর্ব্বান অসিদা।
মৈতৈ নীংথৌ য়াইফবা, চিংথংখোম্বা অকনবা
ময়েক লানা ইরি থবাক্তা।

'কাউমুদো' হায়বা শৈরেংদসু মহারাজ গরিবনিৱাজ ( ১৭০৮-১৭৪৮) অমদি গম্ভীর সিংহ (১৮২৫-১৮৩৪) গী মতিক মগুণ মথৌনা ফোঙদোকপগা লোয়ননা মৈতৈনা অৱাবু নিংথি তুরেল ৱাংমা ফাওবা তাম্থোক্কুনা জয় ধ্বনি লাওখিবা-নীংখা তম্বী মণিপুরগী ঐতিহাসিক থৌদোকপু নৌহৌননা নিংশিংহল্লি। কবিনা হায়রি-

স্বর্গরোমদা কৈরাক থারিবা
কৈরাক ফৈরোই কারন্না
উৱা,
বীর অনীগী মীং ইরিবা।
'গরীবনিৱাজগী জয়'
তাৱা।
ইরাবতিগী লুরবা ঈচেলদা
মমিনা চেল্লিবা।....

'ইমাগী পূজা' হায়বা শৈরেংদদি কবিনা মতমদুগী আসামগী জিলা অমা ওইরম্বা Sylhet (হৌজিক্লা বাংলাদেশ কী জিলা অমা ওইখ্রবা) কী জেলদা চহী অহুমগী Revolutionary Prisoner অমা ওইনা লৈরিঙৈগী মতম (মার্চ ২০,১৯৪০-মার্চ ২০,১৯৪৩) দা কবিগী থম্মোয়দা ফাওখিবা মরৈবাকপু নুংশিবগী ৱাখল, মণিপুরবু নীংখা তম্বা লৈবাক অমা ওইহন্নিংবগী আশা পুন্নমক মঙগা (dream) মান্নরকপা, তৌফম খংলক্তবা -খাংফম খংলক্তবা মশক অদু য়াম্না থম্মোয় শোক্লা কনাগুমবা মাগুম্না নীংতম ঈহৌদা ফাদোক তারবা দেশ ভক্ত অমদা ফোঙদোক্লি।

'ইমা' কৌরিবা
নঙবু কনানো ?
নঙোন্দসু চাকপ্রা
অহোই অহোইনা
লাম্মৈগী মৈচাক্লা
পলেম শক খঙদবা
'ইমা' কৌরিবা....

উপাই লৈত্রবা বন্দি অমগী মঙগা মান্নরবা পুন্সি, হিংবগী মহাও কল্লবা মীকপ্তা খল্লকপা ৱাখল অমদি তাইনফম খঙদনা অহাংবা মালংদা

তিনখিবগা মান্নরকপা খ্বাহয়দগী ৱারবা মীওইবগী পুন্সিগী দশাগী মনাই ওইরকপা মশক্তু মুর্ত্তি ওইনা শাগৎতুনা য়েক্লি।

হে লাইবকথিবা !
খোমলেন মঙলান্দা
মপোক অসিগী
পলেমদো উরম্মী
লোৎখ্রে লোৎখ্রেনে
মুর্ত্তিদো।

মতাংসি- ভিয়েটনামগী নীংতম য়াওনগী লুচিংবা হো চি মিন গী **Prison Diary** (ইবাঃ ১৯৪২-৪৩) দা য়াওবা শৈরেং খরগী খোঞ্জেলগা ইতিনফম তিন্নে হায়না লৌবা য়াই। কবি অসিগী 'Prison Diary', 'Prison Meals', 'The Eleventh of November' -নচিংবা শৈরেংশিং নিংশীংদবা ঙমদে।

'উচেকমক্তা ওইরম্মবসু' শৈরেংদসু কবিগী মরৈবাক নীংবগী মমি তারি। মরৈবাক্কী মপাউ তাবা ফংলক্ত্রবদা, মরৈবাক নুংশিবগী ঈনোৎতি নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলকপা, মরৈবাক্কী নুংশিরবা প্রজাশিংবু উনিংবগী ঈখৌলাংবসু পোক্লকপা- Jail দা লৈরিঙৈ মনুংগী Revolutionary Prison অমদা ফাওরকপা মশক্তু উবা ফংই। নীংখা তম্লিংবগী ঈঙ্গিৎ অমসু পীরি।

থাবুম কয়া পাউ ফংদ্রবদা
ঐগী নুংশিরবী মাতৃভুমি;
ঐগী নুংশিরবী দেশবাসি-
কনাদনো হংগদবা ?
কনাদগীনো তাগদবা ?

মরৈবাক লমদম্মা মীনাইগুম মীখা পোন্দুনা লৈখ্রবা, প্রজা পুম্বনা মশাগী হক ফংদ্রবা, হাকার লাওনা ৱারবা মতম, মৈতৈশিংগী পীদোল্লবা মশক্তু কবিনা মখা তানা ফোঙদোক্লি-

অশিবগী লৈপাক্কুম কিনখ্রবা ?
লৈখ্রবা মাতৃভুমিদো মীনাইগুম্না ?
তোল্লি মীখা পোনবগী থৌরী
মীওইবগী অধিকার লৈতবা
মশাগী স্বাধিন্তা ফংদবা।

ইরাবতকী মথক্তা পনখ্রবা মপুং ওইবা শৈরেং খরসিদা মতম অদুগী মীওৎ মীনৈ, মীনাই নাইথাঙ (লোইলম লৈবাক) অমগী পীদোল্লবা মশক, অনৌবা রাজনীতিগী শকলোন, নীংখা তম্বা পাম্বগী ঈহৌ অমদি

অশিবগুম্না লৈরবা মণিপুরী প্রজাশিংগী অধিকার ফংদ্রবা থৌনা, শক্তি ফুদোকপা ঙমদ্রবা কাংখথাঙ ওইরবা পুন্সি মহিং -নচিংবা য়াম্না ময়েক শেংনা ফোটোগ্রাফ ওইনা অপাবশিংদা উৎপা ঙম্মী। মাগী শৈরেংনা তাকই-নীংতম্বা করিনো? লান করিনো? য়েক্লবা হায়বসিগী ৱাহন্থোক্না করিনো? কবি অসিগী শৈরেংশিংসি ঙসিগী মীরোলদা নীংখা তম্লিংবগী ঈহৌ শাগৎপগী ৱাখল্লোন উৎপগা লোয়ননা মরোমদোম হিংজবা-লৈঙাকচবা পাম্বগী লাইশোল ওইহৌরে। চীনাগী কবি লুসুনগী ৱাহৈদ্রু পনবা য়াই –"Genuine revolutionary poetry must be the most powerful voice of the AGE." মরমসিনা মীনাই ওইনা হিংগদবগী শরুকপুদি মীৎকুপ অমত্তং ওইরবসু নীংখা তম্না হিংবা পামজখিবা ইরাবতনি।

**ঈরাবতকী ঈশৈঃ**

**মণিপুর অমদি ভারতকী নীংতম ঈহৌ শাগৎখিবা মতাংঃ**

ইরাবতনা ইরম্বা ঈশৈশিং অমদি মাগী মতমদা শরুম্বা ঈশৈশিংনা মতমদুগী মীচম প্রজাশিংগী, লৌমী শিন্মীশিংগী, মীখা পোল্লবা মণিপুরীশিংগী তুংগী লম্বী য়াৎপনি। ওৎপী নৈহৎপিরবশিংগী থম্মোয়দা নীংখা তম্বগী ঈহৌ অমা শাগৎপনি। মীপুম খুদিংমক্তা খেন্নবা থমদনা লাইরবা ইনাকখুনবা খায়দনা চাং মান্নবা পুন্সি মহিং অমদা থম্নবা হোৎনবনি। মাগী মফমদদি ঈশৈনা হেন্না কনশিল্লবা লাহুেংগী খোল্লাওনি। ঈশৈনা থম্মোয় খুদিংবু জয় তৌবা ঙম্মী, মায়খিবা পীবা ঙম্মী। Rabindranath Tagore (1861-1941) গী 'জন গন মন' অমদি Bankimchandra Chatterji (1838-1894) গী 'বন্দে মাতরম' (1882) গুম্না নীংখা তম্বগী অপুনবা শক্তম শাগৎপগী অমদি মান্নবা right তানবগী খোঙজংদা ইরাবতকী ঈশৈনা অচৌবা থৌদাঙ লৌখি। বৈষ্ণব পাদবলিগী, জগোই রাসকী অমদি নট সংকীর্তনগী ঈশৈদা লুপচরম্বা গৌরিয়া ধর্ম্ম চৎপা মণিপুরীশিংবু Revolutionary song গী শৈশক্রা চিংশিন্নবা হোৎনখি। গোবিন্দগী অমদি লৈবাক নিংথৌগী য়াকাই খৌগল ঈশৈগী মহুত্তা মীয়ামগী অপুনবা খোল্লাওনা মীনা নাইথাঙ ওইরবী ইমা মণিপুরবু- পোক্লফম লমদম মণিপুরবু নীংতম্বগী লাঞ্জংদা জয় ওইনবগী লম্বী য়াৎখি। মৈতৈমচা খুদিংদা থৌনা হাপখি অমদি একটাগী ৱাবল পোকহনখি। মাগী ঈশৈদি-

শকউ শকউ জয় জয়
অপুনবগী জয় জয়
কিগনু অপুনবা
ওইহনি জয় ওইহনি জয়।
মীখা পোনবা ঐখোয়দি
অপুনবনা খুৎলাইহনি। ....

লাইরবশিংদা থৌনা পাঙ্গল হাপ্পদুনা, পুক্রিং থৌগৎপিরদুনা -অমুকসু মখা তানা শরুককই-

হায়গৎসি ব্রাংনা ফিরালসি ভাংলবা
লাইরবশিংগী ঈনা।
ইমা লৈবাকপু মনিং তমহল্লো
ভাকপা ভমগনি লাইরবগী মায়
লাইরবশিংগী ঈনা।

মীয়ামগী থম্মোয়বু হৌদোক্লুনা মরৈবাকপু নীংখা তম্লবা ঈহৌ শাগৎপগী ঈশৈ কয়া অমা ইরাবতনা সুর পান্দুনা মণিপুরদা Revolutionary movement অমগী লময়ানবা হৌখি। মাগী ঈশৈনা মণিপুরদতা নত্তনা মণিপুরীনা খুন্দাবা আসাম, ইষ্ট পাকিস্তান (বাংলাদেশ), ত্রিপুরা- নচিংবদসু শন্দোকখিদুনা নীংতম্বগী ঈহৌ শাগৎপা হৌখি। ভারতকী নীংতম লালহৌদসু মাগী ঈশৈনা মতেং পাংবা ভমখি। মণিপুর শিনবা থুংনা শন্দোকপদা নত্তনা মপান মণিপুরগী মণিপুরীশিংগী নাকোং য়ৌনা শন্দোকপগা লোয়ননা নীংতম ঈহৌদা শরুক য়াখি। কান্নদ্রবা ব্রাখল পুম্নমক থাদোক্লুনা নীংতম ফিরালনা মালেমসিদা হায়গৎত্রি ফাওবা থব্রায় খুবাক্তা হাপ্লুনা লানজংগদবনি হায়বগী ঈথিলসু পীরি। 'স্বাধিন্তাগী ঈশৈ' হায়বসিদা কবিনা লাওরি-

দেশ দেশ খুদিংদা লৈবাক্লা ওইরি জয়-
মুক্তি লালবন্দা পাইরেনে ফিরাল
স্বাধিন্তা নুমিৎ থোরক্লে-
মৈতৈ মচা নখোয় কন্দায়;...
মণিপুরগী নুংশিরবা লৈখিদ্রবা অপুন্না
মাতৃভুমি কন্ননবা
লাক্লুনা লোন্না লোন্না লখা লখা
লেপ্পরেনে পুল্লপ পুল্লপ।

'হৌরো অব্রাবা অহিংগী অমম্বা কোক্লুনা' হায়বা ঈশৈদসু কবিনা দেশ

প্রেমগী ব্রাফম পুশিল্লকপগা লোয়ননা মরৈবাক মণিপুরগী স্বাধিন্তাগী নুমিৎ অমবু ঈখৌ লাংলি। ঈশৈ অসিমক্তি- Hemango Biswas: (?-1987) না ইং ১৯৪৩ দা ইখিবা 'জাগো দু: খের রাতের ঘোর তমসা ভেদি' (Arise, the dark night of agony ends) গী অনুবাদনি।

হৌরো অৱাবা অহিংগী অমম্বা কোক্তুনা
স্বাধিন্তা নুমিৎ থোরক্লে মাংদা
থোঙ লোন্দুনা মং তমদুনা
তুমখিদরা তুমখুন হুন্না তুমখিদরা।...
অৱাবা ভারতকী অচাকপা মৈনা
শিদৌরবা দেশ প্রেমদা তৌরে অভিশাপ
ঙসি কোকহল্লু চোপ্পা কোকহল্লু শাপ।

থৌনা লৈরবী, ভারত্তা নীংতম ঈহৌদা শরুক য়াখিবী, মরৈবাক্কীদমক্তা পুন্সিবু শিবা চংবগী লানফমদা য়েক্লবগা লাছেংনখিবী, থৱায় ফাওবা থাখ্রবী নুপী কয়া পোকখ্রে। মখোয়গী খোঙ্গুল লিদুনা মৈতৈ নুপী কয়াসু থোরক্লবা ইং ১৯৩৯, ডিসেম্বর ১২ গী নুপী লালবু নীংশিংদুনা কবিনা ভারতকী অমদি মণিপুরগী নীংতম লান্দা মখোয়গী শরুক য়ানবা কবিনা শক্লি-

নখোয় লাও য়েংহৌরো লাও
নুপী কয়া লান্দা চংলিদো।
চান্দবীবী, দুর্গা, পদ্মীনি,
লক্ষ্মীবাই, ঝান্সি রাণী
লৌমীগী য়ুমদা মখোয়গুম্বী
লিশিং লখা পোক্লিদো।....

## অতোপ্পা ঈশৈ খরদসুঃ

নিংথৌ অমদি সম্রাজ্যবাদীগী লৈঙাক্লা সমাজ, সংস্কৃতি, অর্থনীতি অমদি রাজনীতিদা তুহৎপীরবা মীয়ামগী পুন্সিবু মীকপ থোকহন্নবা হোৎনবগী ৱাখল্লোলসু উবা ফংই। মসি রসিয়াদা October Revolution না পুরকখিবা পঙথহল্লবা, লৌশিং থৌনা মাংহল্লবা মীওইশিংদা নৌনা মীকপ থোকহন্নবগী য়াকাইরোলনি। হাৎপনসু মাংহনবা ঙম্লরোইদবা মীওইবগী থম্মোয়দা লৈবা অশেংবা নীংতম্নীংবগী মশক অদুনি। মাগী 'স্বাধিন্তাগী ঈশৈ'- হায়বসিদা য়েংসি-

স্বাধিনতা নুমিৎ থোরক্লে
মৈতৈ মচা নখোয়' কদায়

ৱাবনা পুক্নিং হল্লবরা-
লাও জয়ধ্বনি তারো লাও।...
থৱায় থৱায় চেৎনা পুল্লসনু
বিভেদ মাঙহল্লু মরু ফংনা....

অতৈ ঈশৈ খরসু নীংশিংবা য়াই। ঈশৈশিং অসিদা মরৈবাক্কীদমক্তা শিবা ফাওবা চিংনদনা নীংতম্বগী লান শোক্লগদবনি হায়বগী ঈথিল পীরি।

১) থৱাই থারুসি লম্মন শিংলুসি,
মুক্তিগী লানফমদা মুক্তিগী লড়াইনা।
অওৎপা কয়া খাঙখিবা মরুপশিংদুগী
স্বাধিনতা লড়াই, অকনবা মুক্তিগী লড়াই,
শোক্লগনি লোয়দ্রিফাও।
ফংলোই কৈদৌনুংদসু
ইনীংতম্বদো মুক্তি লড়াই নত্তনা।

২) হৌগৎলো ঙসি নহারোল পুম্বা
কুপ্লসি মুক্তিগী লানফমদা...
ইমা লৈপাকপু ঙাকপদা
ইজাতিবু কনবদা
থারসি থৱাই পাম্মুদনা
শহিদ খুভম তাল্লসি।

৩) মাংদা চৎলো মাংদা চৎলো
চৎলো চৎলো চৎলো চৎসি
লানবুং য়ৈরক্নে
চৎলো মাংহল্লসি
লৈরম্বা য়েক্লবা।...
হিংলিবা কারাগার।

## বারোই:

হিজম ইরাবত- মণিপুরী সাহিত্যদা, রাজনীতিদা, লৈবাক্কী নীংখা তম্নবগী ঈহৌদা অচৌবা থৌদাঙ য়ারম্বা মণিপুরী জাতিগী Iconic figure অমনি। রসিয়াদা লেনিন (১৮৭০-১৯২৪) গুম, অমেরিকাদা অব্রাহম লিনকোলন (১৮০৯-১৮৬৫) গুম অমদি ভারত্তা মহাত্মা গান্ধি (১৮৬৯-১৯৪৮) গুম- দেশ ভক্ত অমা ওইনা হৌরক্লগা - দেশ ভক্ত অমা ওইনা পুন্সি লোমখিবগুম, ইরাবতসু সোসিয়েল এক্তিভিষ্ট অমা ওইনা হৌরক্লগা মমা লৈবাক মণিপুরগীদমক্তা নীংতম্নবগী ঈহৌদা অমদি শোখরবা

লাইরবা লৌমী শিন্মীশিংগীদমক্তা পুন্সি কখোকখি। মণিপুরগী লৈমায়দা লেংদ্রবা স্বার্থ ত্যাগকী উরোঙ খিল্লস্বা গরিবনিৱাজ মহারাজ (১৭০৮-১৭৪৮) গী মচা ইবুংঙো অহল শ্যামজাই খুরাইলাকপগুম, মহারাজ নরসিংহ (১৮৪৪-১৮৫০) গুম- পুকচেল চাওবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙমখিবা ইরাবতনি। মাগী ফিদম, মাগী ৱাখল্লোল, মাগী থৌদাঙ -ঙসিদি মণিপুরীশিংগী লমজিং মৈরা ওইহৌরে। শুপচিন্না হায়জরবদা-ইরাবততি যুগকী অবতারনি। মাগী অবদান ঙমখৈ নাইদে। মাগী নীংতম খোল্লাওগী পাউজেল পুবা ঈশৈনা মণিপুরীশিংগী ঙসিগী লাইশোল ওইদুনা মরৈবাক নীংবগী য়াকাইরোল শকচবা ঙমজরে। শান্তিগী পাউজেল শন্দোকপা ঙমজরে। বীর টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল জেনরেল অমদি পাউনা ব্রজাবাসিনচিংবগী মরৈবাক নীংবদগী -মরৈবাক্কীদমক্তা মপুন্সি কখোকপদগী -হিজম ইরাবতকী স্বার্থ ত্যাগকী চাংনা কৈদৌঙৈদসু হন্থনা লৈরোই। ইরাবতকী থিংচত্তি-সেপ্টেম্বর ৩০ না চহী খুদিংগী লাক্লিবমখৈ- মণিপুরী কৌবা জাতিসিনা মালেমসিদা লৈরিবমখৈ-নোংমা-নোংমগী হেনগৎলকখিগনি অমদি সনাগী যুগ অমগী শান্তিগী তাইবঙপান অমগী Icon ওইদুনা লেংদনা লৈহৌরগনি।

# ডা. যোদ্ধচন্দ্রগী খুৎইদা লমকোয়-শৈরেং

"This is a fine poem written with deep, emotional feeling and a choice of words that is only possible for the **genuine poet**."

*- I.A. Richards, **Practical Criticism**, 1929, p. 54.*

মণিপুরী সাহিত্যদা ঙসিগী সাহিত্যকারশিংনা শকখঙবিদ্রবা অহ্বা মশিং খঙদনা ঈঙেল্লৈগুম্না লৈরি। খরা অমনা তাইবঙপান থাদোক্কুনা সনাগী কৈরাক কাখ্রে। খরা অমনা স্বার্থ ত্যাগ অমগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যদা সেবারী অমা ওইনা লৈরি। মীওইবগী অনা লায়েংদা শিনফম ওইদুনা ডাক্তরগী চিল্লবা থৌগায় অমা তৌরিবদুদগী ঙাইহাক্তং শংবদা **'ঐসু অহ্বা অমনি'** হায়দুনা ব্রারীমচা, উপন্যাস অমদি শৈরেং নচিংবা খুদোল তৌরিবা ডা. যোদ্ধচন্দ্র সনসম (১৯৪৪-)- ঙসি মণিপুরী সাহিত্যগী ২১শুবা অহানবা দিকেদ অসিদদি অইবসিবু শকখঙবিবা মতিক চারবনি। সাহিত্যদা থোইদোক্লা শক্লাইখিবা কবিরত্ন, ডা. লমাবম কমল (১৯০০-১৯৩৪) অমদি সাহিত্য ভুষন, ডা. য়েংখোম ভাগ্য (১৯০৩-১৯৮৮)- নচিংবগী মতুংদা সাহিত্যদা চাউরবা থৌগায় লৌদুনা ইং ১৯৮০ দগী সাহিত্যগী খুদোল তমদুনা ঙসি ফাওবা লাক্লিবা ডা. যোদ্ধচন্দ্র সনসমনি। ঙসি ঙসিমক হিংলিবা, সাহিত্যগী মশক নাইরবা অইবশিং, সাহিত্যরত্ন, ডা. এলাংবম দীনমনি (১৯৪০-), কবিরত্ন, নোংথোম্বম শ্রীবীরেন (১৯৪২-), সাহিত্য একাদেমি মনা ফংখ্রবশিং - মাইবম নবকিশোর (১৯৪০-), লামাবম বীরমনি (১৯৪৯-) অমদি য়ুমলেম্বম ইবোমচা (১৯৪৯-) -নচিংবদগী মণিপুরী সাহিত্যদা খোঙদাবা হানখিবা অইবনি। চুড়াচান্দ হায় স্কুল (দিসেম্বর ৩১, ১৯২৯) দা ক্লাস সেভেন

আইট তম্লিংঙে মতম (ইং ১৯৫৭-৫৮) দগী স্কুল মেগাজিন্দা শৈরেং অমদি ৱারীমচা ফোঙবা হৌখি। ধনমঞ্জরী কলেজ (আগষ্ট ৬, ১৯৪৬) দা পি য়ু সাইন্স তম্লিংঙে মতমদা অইবসিগী ৱারীমচা 'তানীংৱনে রোজেলিন্দ'- কলেজ অসিগী মেগাজিন (১৪শুবা ভোল্যুমঃ ১৯৬১-৬২) দা ফোঙখি। ৱারী মচাগী অথোই অহেন চাংয়েংদা সেকেন্দ তাখি। মতমদুগী এদিটর (মেগাজিন সেক্রেটরি) না হাওবম শরতচন্দ্র সিংহ অমদি প্রোফেসার - ইন-চার্জনা এলাংবম নীলকান্ত (১৯২৭-২০০০) না ওইখি। ইং ১৯৬২ দা আসাম মেদিকেল কলেজ, দিব্রুগর (নভেম্বর ১৯৪৭) দা মেদিকেল তম্বা হৌবদগী ইং ১৯৬৭ তা মেদিকেল তম্বা লোইশিনবা ফাওবদা ইংরেজিদা শৈরেং-ৱারেংনচিংবা ইদুনা কলেজগী মেগাজিন্দা হাপখি। অসুম্না সাহিত্যদা মপুন্সি কখোক্লবা অইবা অসিগী ফোঙখ্রবা লাইরিক খরদি - **থাবলগী কুপ্তো পরেং** (ৱারীমচা ৬ অমদি শৈরেং ৬ য়াওবাঃ ১৯৮০), **অকনবা শাফুগী ঈরৈ** (উপন্যাসঃ ১৯৮১), **কোয়মাঙ মাঙবা খোঞ্জেল ইহুল** (শৈরেংঃ জুন ২০০২), **লৈচীল নোংফাই** (শৈরেংঃ ২০০৪) অমদি **ঐগী ঈদা** (শৈরেংঃ ২০০৭) -নচিংবনি। **রিজনেল ইন্সটিট্যুটওফ মেদিকেল সাইন্সেস** (রিমসঃ ১৯৭২) গী **OTORHINOLARYNGOLOGY DEPARTMENT** গী প্রোফেসার অমদি হেদ ওইনা পুরম্বদগী ভোলুন্টরি রিটয়ারমেন্ট লৌরবা মতুংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মেঘালয় (শিলংঃ নভেম্বর ৭, ২০০৪) গী পেট্রোন অমদি এদভাইজর ওইদুনা লৈরি। মণিপুরী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী সংস্থান অমা ওইরিবা ইম্ফালদা লৈবা দ কলচরেল ফোরম, মণিপুর (নিংথৌকাবা, মে ১৭, ১৯৫৯) গী অচংবা লাইফ মেম্বরসু ওইরি। এ আই আর, ইম্ফাল (ওগষ্ট ১৯৬৩) গী শক্লাইরবা লিরিসিষ্ট অমা ওইনা ইং ১৯৮৪ দগী ঙসি ফাওবা লৈরক্লি। দ কলচরেল ফোরম, মণিপুরনা ফোঙবা থা ২ / ২ গী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী চেফোঙ, **ঋতু** (ফোঙবা হৌখিবাঃ নভেম্বর ১৯৫৯, এদিটর, কাংজম পদ্মকুমারঃ ১৯৩৪-), দ ৱুমেন্স ৱেলফেয়ার ওর্গানাইজেসন, শগোলবন্দ (১৯৮২) গী থা ৩ / ৩ গী চেফোঙ, **লৈ লাংবা** (ফোঙবা হৌখিবাঃ জানুৱারী ১৯৮৬ঃ এদিটর, ডা. চোংথাম যামিনী দেবীঃ ১৯৩৬- ) অমদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মেঘালয়গী চহিগী সাহিত্যগী চেফোঙ, **মঙাল** (ফোঙবা হৌখিবাঃ নোংমাইজিং

নভেম্বর ১৮, ২০০৭, এদিটর, য়েংখোম কেবিঃ ১৯৫৫-) -নচিংবদা আর্টিকলশিং মরক মরক্তা ফোঙদুনা শক্তাক্লি। পুম্নমকসিগী মথক্তা ফিল্মগী চেফোঙ, **ফিল্ম তাইবঙ** (১৯৮২) গী চিফ এডিটরসু ওইরম্মী।

ডা. যোদ্ধচন্দ্র সনসম- ৱারীমচা ইবা অমা ওইনা চংশিল্লকপগা লোয়ননা উপন্যাসকার অমসুনি। পুম্নমকসিগী মথক্তা কবিনি। হৌজিক হৌজিকমক খুত্তা কলম পায়দুনা শৈরেং অমদি ঈশৈ ইদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা খুৎই অমদি ষ্টাইল -নচিংবদা চাংয়েং তৌরি। অইবসিগী খুৎইদা মণিপুরী শৈরেংদা পংলে লৈত্রিবা লিটরেরি টেক্নিক অমসু ওইরিবা ট্রেভেল-পোইত্রিগী মশক অমা নৌহৌননা ইং ২০০০ গী মতুংদগী চাংয়েং তৌদুনা মাগী শৈরেং খরদা উৎলি। ঐখোয়না মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসকী পরিং অমা হঙ্গৎনা য়েংবা তারবদি- **মণিপুরী সাহিত্যগী ময়াই চনবা যুগ**(১৭০৯ -১৮৯০) তা ইরম্বা ট্রেভেল-লিটরেচরগী লাইরিকশিং -**চীংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চৎপা** (ইখিবাঃ লাবন্যচন্দ্রগী মতমঃ ১৭৯৮-১৮০১, ৱাকমাশিংঃ হরিচরন খায়েংবা, বীরমনি লৌরেম্বা, খাগেন্দ্র য়িম্নাবা, খোংচোন অহৈবা), **চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চংবা** (ইখিবাঃ ১৮৭৬ ঃ ৱাকমাশিং ঃ য়াম্বেম অঙাতোন, ইরুংবম পাবুং, খুন্দ্রাকপম নুংনাং, খোমদ্রাম লৈশং) অমদি **মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা যুগ** (১৮৯১ দগী ঙসি ফাওবা) তা ৱারেংদা ইরম্বা লাইরিকশিং- নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন (১৯৩৫-) গী **সোভিয়েটকী লৈবাক্তা** (১৯৭৭), শোনী (১৯৪২-) গী **খোঙচৎ** (১৯৯৯), এলাংবম নীলকান্ত (১৯২৭-২০০০) গী **আমেরিকাগা উনবা** (২০০১) অমদি ডা. চোংথাম যামিনী দেবী (১৯৩৬-) গী **স্বর্গগী লৈবাক্তুদা** (১৯৯৪) অমদি **আমেরিকাগী খোঙচৎতা** (২০০১) -নচিংবা লৈখ্রে। মণিপুরী শৈরেংগী লামায়দদি ডা. যোদ্ধচন্দ্র সনসমনা অহানবনি। মণিপুরী সাহিত্যগী কবিরত্ন, মহাকবি অমদি সাহিত্যরত্ন অমত্তনা খুৎই অসিদা মায়পুননা চংশিল্লম্বা তৌদে।

## লৈচিল নোংকাই (২০০৪)ঃ-

মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা লমকোয়- শৈরেংগী টেক্নিক অমা মপুং ওইনা উৎনবা লাক্লরিবা- চাংয়েং তৌরিবা কবি (ডা.) যোদ্ধচন্দ্রগী

অনিশুবা শৈরেংগী লাইরিক্সি। লাইরিক অসি মপুং ওইনা কবিনা মাগী লমকোয় পুন্সিগী খোঙচত্তা থেংনরকপা থৌদোকশিং, মপুক্লিংদা ফাওরকপা থম্মোয় ঈহুলশিং, মতমদুদা খনখিবা ৱাখল অমদি অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সিগী হৌখ্রবা কাওঙমদ্রবা থৌদোকশিংবু নৌহৌননা নীংশিংবা -(মেমোইর) -নচিংবা পুন্নমকপু শৈরেংগী কেনভাসতা হাপ্তুনা ফেন্টাসি অমদি রিয়েলিটিগা লোয়ননা কেটালাইজ তৌরবা মতুংদা ফোটোগ্রাফিক সিন ওইনা পুথোরকপনি। অশেংবা থৌদোক্লা শৈরেংগী মশক লেপ্লবা লাক্লে। হেন্না চুল্লবা সাইন্টিফিক রিয়েলিটি অমনা শৈরেংগী য়াংলেন শরু ওইরি। পনবা য়াবা লমকোয় শৈরেং খরদি- 'ব্রহ্মপুত্র' (দিব্রুগড়ঃ দিসেম্বর ১১, ২০০১), 'উমিয়ামগী ঈপাক' (শিলং ঃ দিসেম্বর ২৫, ২০০২), 'কৈশাকোল' (এপ্রিল ১১, ২০০২), 'কুশিহারা তুরেল' (করিমগঞ্জঃ জুলাই ৭, ২০০৩), 'লুম্বু লুম্বু শানা নুংঙাইরকপা' (কোলকতাঃ জুলাই ১১, ২০০৩), 'ন্যুরনবরগগী মেপল ঊনাশিং' (ন্যুরনবরগঃ জুলাই ১৩, ২০০৩), অমদি 'থৱায়গী ময়ুম য়ৌরক্লবদা' (জুরিচঃ জুলাই ২৪, ২০০৩)- নচিংবা।

ইন্টরনেসনেলগী থাক্তা কবিনা ভারতকী ৱাংমদা ফোরেন কন্ট্রি খরদা চৎলুবদা থেংনরকপা সভ্যতা অমদি সংস্কৃতিগী ৱারীগা লোয়ননা ইরমদমগী মপাউ পুরিবা শৈরেং খরসিদা থেংনরি- ন্যুরনবরগকী ৱারী (সেকেন্দ ৱার্ল্ড ৱার মমাংদা হিটলরনা মাগী কন্সেন্ট্রেসন কেম্পদা খ্বায়দগী যীযু মশিং য়াম্না হাৎখিবা লমদম- সেকেন্দ ৱার্ল্ড ৱার মতুংদনা এন্টি-নাজিজমগী ঈহৌ লাক্তুনা 'ন্যুরনবরগ ট্রাইয়েল' পাঙথোকখিবা)- মসিদা কবিনা ন্যুরনবরগকী শান্তিগী মপাউ পুবা লৈচিলগী খোঙচৎ- (মসিদা ঈঙেলগী মৈশানা য়ৌঙমদে, আলপসকী অইংবা ঊনগী নুংশিৎ ফাওবা চংঙমদে হায়না ফোঙদোকপা মতাং), মহৌশা লাইরেন্বীগী খোঙচত্তা য়েনিং হুল্লিবা ঙাংশিনবা হৌরক্লবা মেপলস পাম্বীশিংগী ঊনাশিংগী চোইজাইনবা মশকপু শিংথাবা, ঈংনা মরা তপ্লবা লমদম অসিগী মীওইশিংনা থবক্তা (মথৌদা) পুক্লিং চংবগী মতৌ অমদি লাইরবা লৈত্রবা লমদম অমগী মশক উৎনবা লাক্লে। অসিগুম্বা য়ুরোপকী মমিং চৎলবা লমদম অসিগা মরাইবক থিরবী কবিগী পোক্লফম লমদম মণিপুরগা চাংদম্নরি। স্বর্গগা মালেমগা অনিগী খেন্নবগুম ন্যুরনবরগগা মণিপুরগা

খেন্নে- চাউখৎপদা, থবক্তা, শান্তিদা, মহৌশা খুৎশেমগী ঈচেলদা। পুম্ন মকসি ঙসিসু মতম লৈরি- শেমদোক্লবগী, শান্তি পুরক্লবগী, একটা লাক্লবগী। অদুবু কনানা তাবিগনি? কেল্লবা মেপল উনাশিংগা মণিপুরী মচাশিংগা চংদম্নবা তারক্লবরা? কবিনা 'ন্যুরনবরগকী মেপল উনাশিং' হায়বা শৈরেংসিগী অরোয়বা শরুক্তা মণিপুরী মচাশিংগী মনাকোঙ য়ৌনবা লাওরি-

হৌজিকমকসু থেঙদ্রিবনি, মতম লৈরিবনি
ঈ নক্তুবসু হুমাংগী হুমাং কখোকপা তাবনি
পুম্সি, ঐগী, ঐখোয়গী অমসুং মতমগী ইচিল ইনাওশিংগী
লোইখ্রগনি, মতৌগুম্না কেল্লবা মেপল উনাশিংগী
করি ওইহৌগদৌরি, হৌগৎলক্লিবা ইচা ইশুশিংগী ? (লা.১১৬)

কবিনা স্বীতজর্লেন্দগী জুরিচতা চৎলুবগী পাউদম অমসু 'থৱায়গী ময়ুম য়ৌরক্লবদা' হায়বা শৈরেংদা ইরি। কবিনা য়ুরোপকী লৈবাকশিং-ওতোবাহনসিদগী ন্যুরনবরগতা চৎলুবা, ন্যুরনবরগতগী বাসেল ফাওদুনা জুরিচ তাখিবা লম্বীগী খোঙচত্তা কবিনা মাগী মীৎয়েংদা উরকপা অশেংবা মশকশিং অদুনা পীরকপা থম্মোয়গী ঈহুল অমদি থম্মোয়দা ফাওরকপা আধ্যাত্মীকী ৱাখল- মীওইবনা শিরবা মতুংদা থৱায়না পায়খিগদবা অমদি থুংলুগদৌরিবা ময়ুম অদু জুরিচ লমদম অসিনি হায়না কবিনা কল্পনা তৌরি। জুরিচ লমদমগী ফজবা-নিংথিবনা কবিগী থৱায়- হকচাংবু হুমদুনা পুখিবগী মতৌ, লৈতাফম খঙহন্দবা- লাংতক্লবা ঈরাং- অমদি মেটাফিজিকেল এনজাইটি নত্রগা এঙ্গুইসগী মশক্তু উবা ফংই। কবিনা মশামক জুরিচ লমদমদা য়াওশিনখিদুনা- মাগী লৈশাদা তিনজনিংবগী ঈখৌলাংবা পোক্লি। কলিদাসকী **মেঘদুত** কাব্যদা শাগৎলিবা হিমালয় চীংখোংদা লৈবা কুবেরগী কোনুং- অলকাপুরগা স্বীতজর্লেন্দগী জুরিচকা কনানা হেল্লমগবা? কলিদাসকীনা মঙলান্দা শাগৎপা কবিগী কল্পনাগী সংসারনি। অদুগা ডা. যোদ্ধচন্দ্রগীনা অশেংবা মমিৎমক্না তশেংনা উরবা, মঙলাননি হায়বা য়াদ্রবা, তাইবঙ সংসার অমগী মশক্তুনি। অশেংবা ফোটোনি। পিকচরেক সিন অমনি। কবিনা খ্বায়দগী খোয়দাজবা লমদমনি। কবিগী ৱাহৈদা-

মঙলান অমগী মনুংদা মঙলান অমগুম ওইবা...
ঐগী থম্মোয় পুক্লিংবু হেক হেক শুক্মৎপা ...
কুইনা থিরক্লবা মতুংদা উবা ফংলে ঐ ঙসিদি তাইবঙদা দৃশ্য অসে

থব্বায়গী ময়ুমদো য়ৌরক্লমাল্লে খল্লক্লে থম্মোয় অসে। ...
পাইথোকখরে ঐগী থব্বায়সে হরাওনা। ...
শিরবা মতুংদা পাইখিগনি থব্বায়সিনা
ঐগী থব্বায়গী ময়ুমদুদা ঐনা মঙলান্দা উবা তত্তনা। (লা.১১৭/৮)

ভারতকী মনুংদা কবিনা কোয়রুবা লমদমগী মশক য়েকপদা, হৌখ্রবা থৌদোক্কী নীংশিং নুংশি মরী উৎপদা অমদি থম্মোয়দা চৈনা ফাওহনবা রোমান্তিক এগোনিগী পাউনিলখোলদা অঙাওবা ওইহল্লকপা মতাংদা- ইবা শৈরেং 'ব্রহ্মপুত্র' থোইদোক্লা শিংথানিংঙাই ওই। ট্রেভেল পোইত্রিগী টেক্নিক শিজিন্নরবসু, কবিগী নীংবা থুংখিদ্রবা, নুংশিবগীসু কাওঙমদ্রবা মফম অমা ওইরিবা ব্রহ্মপুত্র তোর্ব্বান- মসিনা কবিগী থম্মোয়দা পীরকপা হকথেংনবা অনুতাপকী চৈনা- ডা. কমলগী **মাধবী** (১৯৩১) দা অথেংবা অহিংগী মতমদা পুখ্রি মপানগী হৈনৌ মখোঙদা খোঙবা কোকিলগী কুহু খোঙবা খোঞ্জেলগী খায়ন-চৈনাদগী খক হন্থগদবা নত্তে। ব্রহ্মপুত্র তোর্ব্বানদি মাধবীদা য়াওবা রাসমণ্ডল পুখ্রি মপালগুম্বনি। কবিগী মেমোইরনা পীরকপা অনুতাপকী চৈথেং অমদি রোমান্তিক এগোনিগী মশক্তু য়েংসি।

হে ব্রহ্মপুত্র, থল্লল্লিবরা নঙনা ঙসিসু ঙাইহন্দুনা ...
নুজা মাঙদা ঐনা ঈকাঈনা পুক্লিং নুংশিখিবদো নীংশিংহন্নবগী ? (লা. ১২)

তৌফম খঙলত্ত্রবা, তাইনফম লৈরত্ত্রবা- নুংশিবগী মুর্ত্তিনা লাপথোকখ্রবা মতুংদা ওইরকপা ফিভমদু উৎনবা লাক্লবদা - অমুকসু কবিনা মখা তানা হায়রি-

খোয়শাওনরবা ঐগী থম্মোয়সিনা
তাইননিংলি নঙগী ঈচেলদা, নঙগী লৈঙোয়দা
লোয়শিনফম খঙলোইদবা ব্রাফম অমা পুশিল্লকখিবগী নুমিত্তুদা
মানা মা ওইখিদবদো
ঐনা ঐ ওইখিদবদো
মানা মপী শিঙ্গা ফমহৌবদো
ঐনা খৌনাউ কংনা হল্লকখিবদো। (লা. ১২)

কবিনা অরোয়বদা মাগী মশক তাক্লদুনা (হৌখ্রবা নুংশিবগী মরীদু উৎপগা লোয়ননা) হায়রি -

ঙমদ্রি ঙসি ফাওবা নীংশিংবগী কোঙ্গোইদগী নাছোকপা ...
মাবু নীংশিংলগা, ঈশানা ঈশাবু দন্দি পীজরগা পেঞ্জরি ঐনা। ...

খোঙ্গুল তাখ্রবনি ঐগী পুন্সিগী তোর্ব্বানগী লৈঙোয়থক্তা
থম্মোয়গী ঈথক ঈপোম অমদা ঈরাক্লখিবা, পুন্সিগী অহানবা থেংনখিবা
থব্রায় অমবু থব্রায় অমনা নুংশিবগী মীৎলু পিরাংবু উখিবা। (লা. ১২ / ৩)

'উমিয়ামগী ঈপাক' অমদি 'কৈশাকোল'- কবিগী লমকোয় খোঙচৎকা মরী লৈনবা, পুন্সিগী খোঙচত্তা লমদম্লুবা থৌদোক্তা শাগৎপা ট্রেভেল পোইট্রিগী খুৎইনি। 'উমিয়ামগী ঈপাক' হায়বা শৈরেংসিদা কবিনা খাসি লোন শিজিন্নরি। 'উমিয়াম' হায়বদি 'অচৌবা ঈপাক' হায়বনি। শিলং য়ৌগদবা কিমি ২৫ রোম ৱাৎলিঙৈদা লৈবা বাড়াপানী পাৎপুনি। মণিপুরগী মহৌশা খুৎশেম ওইরিবা লোক্তাক পাৎকুম্বনি। কবিনা মাগী পোক্লফম লমদম ওইরিবা মণিপুরবু থাদোক্লম্লগা শিলংদা লাকখিবা- নোংমা বাড়াপানী পাৎকী খুৎশেমগী ঈপাকপু য়েংলুবদা মীৎফম হোংবা য়াখিদবা- কবিগী তাইবঙ পুন্সিদা তপ্না-তপ্না নুংশিবগী, কপ্লিংবগী, পুক্লিং নুংওনবগী ঈথক্লা থুম্মৎখিবা- মমৈথঙদা শান্তিগী পাউজেল পুবা ঈপাক্লি হায়না কবিগী থম্মোয়দা ফাওখি- খল্লকখি। ইং ২০০১, জানুৱারী ১ দা কবিনা মাগী চান্নবী খাসি নিঙোলগা লোয়ননা মনাওনুপীসু য়াওনা বাড়াপানী য়েংবা লাকখিবা- মনাওনুপীনা খাসি লোন্দা শকখিবা-

কোসিম বরিত ইয়া থোহ ইয়াঙা, কুম্লো ফি ইম বরোহ শির্ত্তা
ইয়াথোহ ইয়াঙা হব উ স্লাপ উহাপ, ফি রৱাইনে জাৱ উম মাত। (লা. ৬৫)

(হে উচেক মচা হায়যু ঐঙোন্দা,মতমচুপ্পদা নঙদি করম্না হিংলিবনো / ঐঙোন্দা হায়যু নোংনা কন্না তারবফাওবদা, নঙদি ঈশৈ শক্লিবরা নত্রগা কনাগুম্বা অমবু কৌরিবরা')- ঈশৈ অসিনা কবিগী পুন্সিবু মীচেন চেক্লাচা অমগুম্না খঞ্জখিবা- অসিগুম্বা বাড়াপানী লমদমসে ঙসিদি যুমলোন্নবা লৈবাক্কী ঈথিল চংবদগী শান্তিগী মমি শাল্লক্লে, একটাগী অচেৎপা লীপুন্দগী তপ্না তপ্না নানথোকপা হৌরক্লে হায়বগী মীৎয়েং থল্লি। কবিনা অরোয়বদা মাগী মপুক্লিংদা ফাওরকপা Angst না পীরকপা বীচারগী রায়গী ৱারোল পীরদুনা হায়রি -

ঙাইখো উমিয়াম, ৱা অমা হায়গে,
ঐগীদি তোক্লো, নঙদি করিমত্তা খঙলমগদবা মান্দে।...
নঙগী নরমদমসিদসু মৈরীদো য়ৌরক্লে, চাকপা হৌরে হায়বসে? (লা.৬৬)

'কৈশাকোল' হায়বা শৈরেংসিদি নেরেটিভ ফোর্মদা শাগৎপা, ফোক টেল অমনা মপুংওইবা, মীওইবগী লমচৎতা শাগী ৱাখল চেল্লকপা অমদি

কৈশালবু সেদিষ্ট অমা ওইনা সিম্বোলাইজ তৌদুনা উৎনবা লাক্লুবা, মেমোইর অমদি ফ্লাস- বেক টেক্নিক শিজিন্নদুনা পোইটিক প্রোজ ফোর্মদা পুথোকপা ট্রেভেল -পোইম অমনি। 'ঈরুথেল' হায়না কৌনরম্বা - ঙসিনা 'কৈশাকোল' হায়না খঙনরবা খুল অমদা নোংমা কবিনা চৎলুই। খুলদুগী চিদাই অমদা নুমিদাংগী চাক্লেন মমাংগী ৱারীদা শরুক য়ারুবদা - খুলদুদা সরকারনা থারকপা ইম্ফালগী ওজা অমনা কৈশাকোল থোনখিবগী চাকঙাই ৱারী লিরকখিবা- (কৈশালনা শিং চনবা লাকপী লৈশাবী অমা ফাখিবগী মতাং, খুলদুগী অঙাং খুদিং কৈশালগী মচা ওইখিবা, খুলদুগী তুংগী চারোলগী মীশিংসু কৈশালগী মনম চেনখিবা- মমৈদা কৈশাকোল কৌখিবা)- ঙসিনা কৈশাকোলগী মীশিংসি মবুক ফবা, শকচু ফজবা, মোমোনতা নোক্লুনা লৈগনবা- মীওই কাঙলুপ অমা ওইরকপা- মদুনা কবিনা থাজনিংঙাই লৈত্রবা কৈশাকোল থোনখিবগী চাকঙাই ৱারী অদু তপ্পা তপ্পা কাওথোকখিবনা ফরে হায়বগী মীৎয়েং থল্লি। অরোয়বদা কবিনা কৈশাকোলগী মীশিংগী চরিত্র য়েক্লি -

*হৌজিক কৈশাকোলদা লৈরিবা মীশিংদি মবুক ফৈ থবক কল্লি*
*শক চু শারেপ-শাদা য়েংবা নুংঙাই, মোমোন মোমোন নোকল্লি ।...*
*খুল অতৈগা য়েংনরুবদা মখোয়গী য়ুমলৈ কৈরৈনা হেন্না ফজৈ*
থাজনিংঙাই লৈত্রবা ৱারী অসিসু তপ্পা তপ্পা কাউখিবনা হেন্না ফৈ। (লা.১০৬)

অরোয়বদা 'কুশিহারা তুরেল' অমদি 'লুম্বু লুম্বু নুংঙাইরকপা' হায়বা শৈরেং অনিসি য়েংবা য়াই। অহানবগী শৈরেং অসিনা কবিনা করিমগঞ্জদা লৈরিঙৈদা ইখিবনি। মণিপুরগী সেনাপতি জিলাগী চীংলক্তগী থেক্লা খোইনা হৌরকখিবা তুরেল অদুনা শিলচরদা 'বরাক' হায়না মমিং থোনখিবা, শিলচরদগী করিমগঞ্জ য়ৌরকপা মতমদনা 'কুশিহারা' হায়না খঙনখিবা- মমৈথংদা বঙ্গসাগরদা ইতিনখিবা তুরেলসিগী হৌরকফমগী ৱারী লিবগা লোয়ননা ঙসিদি বাংলাদেশ অমদি ভারতকী লমদা চেনবা তুরেল অমা ওইরে। মণিপুরদা য়াম্না পীক্লা ঈচেল তপ্পা চেলহৌবা তুরেলসিনা করিমগঞ্জগী লমদমসিদনা অচৌবা ঈপাক্তা ইতিনখিবগী মশক্তু উৎলি। কবিনা শৈরেংসিদা কুশিহারা তুরেলগুম, মীওইবা খুদিংমক (জাতি বিজাতি খায়দনা) অপুনবা শক্তম অমদা শাগৎপা পাম্বা, (নঙগী ঐগী মীগী হায়বা অপিকপা পুকচেলসি য়াওদবা) মালেমগী মফম খুদিংমকসি 'মালেম

ইমা ঙাক্তনি' হায়না লৌবা পাম্বগী ব্রাখল্লোন অমা উবা ফংই। কবিগী ব্রাহৈদা-

সমুদ্র ঈপাক য়ৌরগা
খল্লমগনি নঙদি অসিমগা
মফম খুদিংমক মালেম ঈমা ঙাক্তি মালেমগী
নোক্লিংদরা খায়দোক্লরিবা নঙগী, ঐগী, মীগী? (লা. ১১২)

অরোয়বা শৈরেং, 'লুম্বু লুম্বু নুংঙাইরকপা' হায়বসিদনা কবিনা কোলকতা সহরগী মফম খরদা চৎলুবা (মরুওইনা 'পিয়ারলেস ইন') -মদুদা থেংনরকপা হৈনদবা মশকশিং- মরুওইনা ভিক্ষা নিবা, মফি মরোল নিংথিনা শেৎপা ফংদ্রবা কয়া -'City of joy' হায়না কোলকতা সহরবু শিংথাবা পাল্লক্তবা, মতুংদা ডাক্তরগী শিনফমদা লৈরবা মতমদা নোংমা কোলকতাদা কনফরেন্স অমা য়াওবা চৎলুবা- মদুদা সুদিপ্ট অমদি দেবরতি কৌবা রিসেপসনিষ্ট অনিখক্না মাবু (অইবা) তরাম্না ওকপীখিবা- মখোয়গী মেনর অমদি এটিচুদ অদু কবিনা কাওথোকপা ঙমদবা- ইদেন গার্দেনদগী বিদ্যাসাগর সেটু ফাওবা চৎলুবগী নুংঙাইবা, মথম্মোয়না পেঞ্জবগী মতাং- অরোয়বদা বেঙ্গলিশিংনা মখোয়গী কলচরদা ঙাওজবা নচিংবা শিংথারি। শৈরেংসি কবিগী পার্সোনেল ভিয়ু অমা ফোঙদোকপগা লোয়ননা সবজেক্টিভ পোইত্রিরোমদা নকশিল্লি। কবিনা ইরিঃ

অঙকপনি বেঙ্গলগী বেঙ্গলীশিংনা নাৎলোমদা ঙাওজবা
করিসু মুন্না লৌনদে ভারতকী প্রধান মন্ত্রি অতুলনা লাকপদা
থেংনখি বিদ্যাসাগরগী সেটুদো ঙসিদি তীর্থগুম মীয়াম তিনবা। (লা. ১১৪)

মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ (১৯০৭-১৯৪৪) না সোনেট (খুদমঃ 'স্মৃতি', ইবাঃ দিসেম্বর ১, ১৯৩৯), খুমন্থেম ইবোহল (১৯২৪-১৯৮৮) না ইরোটিক পোইত্রি (খুদমঃ **নুংশি কৈন্যা কাদা**, ইবা ঃ নিংথৌকাবা, জুন ৫, ১৯৫০), আর. কে. শীতলজিৎ (১৯১৩-) না লিরিক পোইট্রি (খুদমঃ **ঈথৌ লাংবা**, নবেম্বর ১৯৪৯), হিজম অঙাংহল (১৮৯২-১৯৪৩) না মহাকাব্য (খুদমঃ **খম্বা থোইবী শৈরেং**, ইবাঃ ১৯৩৯-৪০, ফোঙবাঃ ১৯৬৪), লাইশ্রম সমরেন্দ্র (১৯২৫-) না মাগী শৈরেং খরদা আইরোনিকেল পোইট্রিগী মশক উৎনবা লাক্লবা, শ্রীবীরেন (১৯৪২-) না সিম্বোলিজম পুশিল্লকপা (খুদমঃ **তাংখুল হুই**, ইবাঃ ১৯৬৩), অমদি রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ (১৯২৫-১৯৮২) না

মণিপুরী শৈরেংদা অহানবা ওইনা মোদর্নিজমগী মশক পুশিল্লকপা (খুদমঃ 'অঙাওবগী ঈশৈরা?', ইবাঃ আগরটলা, দিসেম্বর ১৯৪১) - নচিংবদা শৈরেংগী অনৌবা মশকশিং উবা ফংলকখি। মতৌ অসিগুম্না ডা. যোদ্ধচন্দ্রনসু মাগী শৈরেং খরদা ট্রেভেল পোইট্রিগী টেক্নিক অমা নৌনা চাংয়েং তৌদুনা ইং ২০০০ গী মতুংদগী মথং মথং ফোঙবা হৌরক্লি।

শুপচিন্না হায়জবা তারবদি- মথক্তা পনখ্রিবা কবিশিং অসিনা মণিপুরী শৈরেংদা মশা মশাগী ফিদা কনবা ঙমজখিবগুম- মণিপুরী সাহিত্যকারশিংনসু অইবশিং অসিগী মফম পীবিবগা লোয়ননা মশক তাকনবা হোৎনখিবগুম- ডা. যোদ্ধচন্দ্র সনসমগী মফম অমা মণিপুরী শৈরেংদা পীবিবা মতাং চারে। কবি অসিগী শৈরেংগী দিক্সন অমদি খুৎই অমদি মফোঙদোক-নচিংবা অসিদা মখা তানা নৈনবা অমদি থিজিনবা হৌজিক হৌজিকমক দরকার ওইরবনি।

# য়েংখোম কে বি গী পোইটিক অস্পেক্ট

**Poetry: "If not asked, I know; if you ask me, I know not." - *St. Augustine***

**শক্তাক বারোলঃ**

অসামগী কাছাড় জিলাদা মণিপুরী সাহিত্যগীদমক্তা মপুঙ্গি কখোকখ্রবা লাইওইখ্রবা লময়ানবা সাহিত্যকার- নাওরিয়া ফুলো (১৮৮৮-১৯৪১) অমদি ঈরুংবম চন্দ্রসিংহ (১৯০৪-১৯৯৪) গী মতুংদা আশা অমদি শীংনবগা লোয়ননা চোংথোরকখিবা অহল ওইরবা কবিশিং- ঙারিয়ানবম নবদ্বীপ (১৯৩২-), শৌগাইজম ব্রজেশ্বর (১৯৩৬-), শগোলশেম ধবল (১৯৩৬-) অমদি খৈরুদ্দিন চৌধুরি (১৯৩৯-) নচিংবনা অসামদা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌ অমা শাগৎপা হৌখি। ঙসিদি মখোয়গী অবদান্না মণিপুরী সাহিত্য অসি বাংলা অমদি অসামী সাহিত্যগা লেংগোন্ননা চৎমিন্নবা হৌরক্লে। ইং ১৯৯২, আগষ্ট ২০ দা মণিপুরী লোন্না ভারত সংবিধানগী ৮শুবা সেদ্যুলদা চল্লক্লবা মতুংদগীদি - মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্যগী মফম অমা অসামদসু কনবা ঙল্লে। মতৌ অসিগুম্না য়েংখোম কে বি (কৃষ্ণ বল্লভ সিংহঃ ১৯৫৫-) সু মণিপুরী সাহিত্যদা ২১ শুবা চহিচাগী অহানবা দিকেদ অসিদা মপান লমগী শিলংদা কবি অমা ওইনা শক্তাক্লবা চংশিল্লক্লি। কাছাড়গী কমলাবন্দ খুঙ্গংদা পোকখিবা, বেড়াখালদা চাওরকখিবা- অদুগা ইং ১৯৭৮ দগী মেঘালয়গী নাগরিক অমা ওইদুনা শিলংদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরিবা- মেঘালয় লমদমদা মণিপুরী সাহিত্যগী য়েন্নিং হুনহল্লিবা -সাহিত্যগী মীরোল অমা শেমগৎলিবা- অরংবা থব্রান্মীচাক্কুম তোমথিন ঙাল্লিবা অইবনি। মহাক কবিনি।পুম্নমকসিগী মথক্তা লমকোয় -ৱারী ইবা অমসুনি। শিনফমনা-

পব্লিক হেলঠ ইঞ্জিনিয়ারিং দিপার্টমেন্ট, মেঘালয়গী ইগজিক্যুটিভ ইঞ্জিনিয়ারনি। মেঘালয়দা মণিপুরী সাহিত্যগী মফম অমা পুরক্লবা, শক্তাক্লবা অমদি মেঘালয়দা খুন্দারিবা জাতি পুম্নমক্তা খঙহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা সাহিত্যগী সেবক অমনি। সার্ব্বজনীন অসমীয়া নামঘর দূর্গা পূজা কমিটি, শিলংগী চহিগী চেফোঙ, **রূপাঞ্জলি** ( অহানবা ফোংবাঃ ১ /৪ শুবা ইশু, ওক্টোবর ১৯৯৪, সম্পাদকঃ শ্রীভুপেশ চন্দ্র কলিতা)গী এদিটরিয়েল বোর্দকী মেম্বর ওইদুনা ইং ১৯৯৪ দগী ঙসি ফাওবা মণিপুরী সেক্সনগী এদিটর ওইরক্লি। বাংলা, অসামী, হিন্দি, ইংলিস, নেপালি, গারো, খাসি, বোড়ো, মিজোনচিংবা লোন তরাদা ফোঙবা চেফোঙসিদা মণিপুরী সাহিত্যবু মশক তাক্লিবা লিটরেরি এক্তিভিষ্ট অমসুনি। **মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,** মেঘালয় (২০০৪) লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাঙ লৌবগা লোয়ননা পরিষদ অসিনা ফোঙবা চহিগী চেফোঙ, **মঙাল** (অহানবা ফোঙবাঃ নোংমাইজিং, নভেম্বর ১৮, ২০০৭) গী এদিটর ওইদুনা মীরমদা সাহিত্যগী চর্চ্চা তৌনবা হোৎনবগী থৌদাঙসু লৌরি। অইবগী হোৎনজমনগী মহে ওইনা ঙসিদি মেঘালয়দসু মণিপুরী সাহিত্যগী মফম অমা কনবা ঙম্লে।

য়েংখোম কে বি- মণিপুরী সাহিত্যগী শৈরেংগী লমদা থোইদোক্না শক্লাইরবা ইং ১৯৮০ মতুংগী কবিশিং- রাজকুমার ভুবনসনা (১৯৫১-), মোইরাংথেম **বর কন্য** ( ১৯৫৭-) অমদি শরতচান্দ থিয়াম (১৯৬১-) গুম্না পোকপদগী য়াওরক্লবা কবিগী প্রতিভা অদুনা চৈঙাক ওইরগা সাহিত্যদা শক তাকখিবনি। ডাঃ কমল (১৯০০-১৯৩৪), ডাঃ য়েংখোম ভাগ্য (১৯০৩- ১৯৮৮) অমদি ডাঃ যোদ্ধচন্দ্র সনসম (১৯৪৪-) গুম- মণিপুরী সাহিত্যদা খুদা অমা ফংবা ঙমখিবা -য়েংখোম কে বি নি। কবি অসিবু অহানবা ওইনা শক তাকখিবা লাইরিক্তি -**মালেমদগী হনগ্রবী থবায় অমদা** (২০০৬) হায়না মমিং থোনবা শৈরেং ২৫ গী এন্থোলোজি অসিনি। শৈরেংশিংসি কবিনা মীরমদা লৈরিঙৈ, জানুৱারি ১৯৭৬ তগী মার্চ ২৫, ২০০৬ ফাওবদা ইখিবা ঙাক্তনি। শাংলবা চহি ৩০ অসিগী মনুংদা কবি অসিনা থেংনখিবা অশেংবা থৌদোকশিং, থম্মোয়দা ফাওখিবা মরৈবাক নিংবগী ৱাখল্লোন, লৈখিদ্রবা কনাগী মফমদা কচ্চবা প্রার্থনা অমদি থম্মোয়গী তেংথা, নুংশিবদা লম্মুকনরবা পোলোয়গী

খোঙচৎনা পীরকপা চৈনখোল -(নীংঙমদবা, কাওবা ঙমদবা, তাশোন ওইহৌবা) নচিংবা ফোঙদোকপগা লোয়ননা মহৌশা খুৎশেমগী ফজবা শিংথাবা, পুন্সিগী ব্রাহন্থোক পীনবা লাক্লবা অমদি মথ্বায় পান্দবা পোৎপু তাইবঙ মীগুম্না লৌবা -পার্সোনিফিকেসনগী মশকসু য়াওরি।

## মরৈবাক নীংবগী ৱাখল্লোন-পেত্রিওটিজমগী মীৎয়েংঃ

ঙসি ফাওবদা মণিপুরী কবিশিংগী শৈরেংদা মরৈবাক নীংবগী মমি তাখিদবা য়াওখিদ্রি। কবি চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০), হিজম ইরাবত (১৮৯৬-১৯৫১), চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ (১৮৮৮-১৯৪৩), হিজম অঙাংহল (১৮৯২- ১৯৪৩) অমদি অশাংবম মীনকেতন (১৯০৬-১৯৯৬) নচিংবদগী হৌরগা ২১ শুবা চহি চাগী অহানবা দিকেদকী মনুংদা শক তাক্লিবা নহা ওইরিবা কবিশিংগী শৈরেংদা য়াম্না ময়েক শেংনা খুৎই অসি উবা ফংই। মসি জাতিগী সংস্কৃতিনা পীরকপা ফলনি অমদি মতমসিগী য়াওল ঈহৌনা শাগৎলকখিবা মশক অমনি। নীলবীর শাস্ত্রী (১৯২৭-২০০৫) না **খোংজোম তীর্থ** (খণ্ড কাব্যঃ ১৯৬০) অমদি লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল (১৮৯৫-১৯৬৬) না **নরসিংহ** (ড্রামাঃ ইবাঃ ১৯২২, শানবাঃ১৯২৫, ফোঙবাঃ১৯৪২) ফোঙলকপদা-মণিপুরীশিংগী থম্মোয়দা মরৈবাক নীংবগী মমি তমখ্রে। নৌনা সাহিত্যগী সেবারী ওইনা খোঙ থাংজিল্লক্লিবা অইবশিংগী পুক্লিং ৱাখলদসু মরৈবাক নীংবগী মচুনা শঙখ্রে। য়েংখোম কে বি সু মরৈবাক নীঙবা অমদি মরৈবাকপু নুংশিবা কবি অমা ওইনা হৌরকখি। মীরমদা লৈরবসু মণিপুরী জাতিগী শক্তম, নাৎ, ইতিহাস অমদি মীহৌরোলনচিংবগী মশক তাকপা পান্নকখি। মদুনা মরৈবাক নীংবা শৈরেং ইবা হৌখি। মাগী পনবা য়াবা শৈরেং খরদি -‘বরাক তোর্ব্বান্দা গম্ভীর সিংহ’, ‘টিকেন্দ্রজিৎ’ অমদি ‘ইন্দু প্রভাগী খুভমদা’। অহানবগী শৈরেংদা মণিপুরনা অৱাগী মখুৎতা চহি তরেৎ খুন্তাকপা (১৮১৯-১৮২৫) গী মতমসিদা মণিপুরগী নিংথৌ মচাশিং- চৌরজিৎ, মার্জিৎ, গম্ভীর সিংহ অমদি নরসিংহনচিংবনা কাছাড় লমদমদা চংজফম লৌখি- মমৈথংদা মণিপুরগী নিংথৌমচাশিং অসিনা কাছাড় নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র (১৮১৩-১৮৩০) বু ইং ১৮২৩ দা মাইথিবা পীদুনা কাছাড় অপুম্বা জয় তৌরগা- চৌরজিৎনা ভুগ্রিপার (টিলাইন),

মার্জিৎনা হায়লাকানদি (জাবির বন্দ দা কোনুং শেমদুনা পানখিবা) অমদি গম্ভীর সিংহনা গুমরাহ্দা নিংথৌ ওইরম্বা- চন্দ্রপুরদা মণিপুরগী নোংচুপ হারম ঙাক্লবা মৈতৈ থানা থল্লম্বা-নচিংবা ঐতিহাসিক থৌদোকশিং অদু লোৎশিন্দুনা থল্লগা- গম্ভীর সিংহনা বরাক খোঙনুংদা তারিবা নুংপাক অমদা খুৎশু থাংলেন ফেংদুনা মণিপুরবু অৱাগী মখুৎতগী অমুক্তং কনবা ঙমদুনা. নীংতম্বী মণিপুর অমা ওইবা ঙম্লবা ৱাশকখিবা- গম্ভীর সিংহগী আশা অমদি অচেৎপা নিংথৌ মচা ওইবগী ৱাশক অদু উৎনবা লাক্লবনা কবিগী মপুং ওইবা মীৎয়েং থল্লি। কবিগী ৱাহৈদা-

হে ইমা লাইরেম্বী
বরাক লৈমা পুকতম্বী
ঙসিগী নঙগী গর্ভদা
নুংপাক অসিগী মথক্তা
গম্ভীর সিংহ ঐনা ৱাশকচরি। (লা. ১৮)

মখা চত্থরকপদা- কবিনা গম্ভীর সিংহগী থৌনা অমদি শিংনবা অমগী মখা পোন্না ৱাশকখিবগী পান্দমবু শিংথারি -

ঙসি কোরৌ নুমিৎতা
য়েক্লবা তুম্না হাৎলমগে
নিংতম ফিরাল য়ুংলমগে, ...
নিংতম উপাল থারমগে
বরাকী লৈহাওদা,
নিংতম মৈরা থাল্লমগে
নিংথি তোর্ব্বান্দা। (লা. ১৮/১৯)

মণিপুরবু অৱাগী মখুৎতগী কন্নবা হোৎনবদা গম্ভীর সিংহনা লৌখিবা থৌদাঙ অমদি কাছাড় লমদমদা চেল্লক্লগা মণিপুরী লান্মী শেমগৎতুনা মনাও ইবুংঙো নরসিংহগা লোয়ননা অৱাবু মাইথিবা পীদুনা নিংথি তুরেল ৱাংমা ফাওবা তানখায়খিবা- মণিপুর ইতিহাসকী লমায়দা সনাগী অরংবা মচুনা ঙসি ফাওবা ইদুনা লৈরি।

কবিনা মখা তানা ইরি -

তোংজৈ মরিলদা নাম্বজগে
শ্রীহট্ট দগী কবো ফাওবা
লমজেল থানা চেনজগে,
বরাক তুরেলদগী নীংথি তুরেল
হঙ্গৎনদুম ঈরোইজগে, ...

বদরপুরদগী কবো ভেলি
শম্বল ৱাংনা খারমগে, (লা. ১৮/১৯)

মতাং অসিমক্তি নীলবীর শাস্ত্রীগী "নিংথি তুরেলদা গম্ভীর সিংহ" হায়বা শৈরেংদু নীংশিংহল্লি। নীলবীর শাস্ত্রীগী শৈরেংসিদনা গম্ভীর সিংহনা অৱা লাম্মীবু মাইথিবা পীদুনা নিংথি তুরেল ৱাংমা ফাওবা তানখায়খিবা- মণিপুরগী নিংতম্বগী লানঙম ফিরাল থেৎতুনা নিংথি তুরেলদা ময়াম্বুং চৌরজিৎনা খুদোল ওইনা পীবা বজ্র সিংহ থাংশাংদু চামদুনা মৈতৈ নিংথৌ মচাশিংগী অচেৎপা ৱাশক অমদি থৌনা, মরৈবাক নিংবা অমদি মায়োক্নবা লানফমদা শিবা কিদবা- মগুণ অদু উৎপনা মপুংনি। শৈরেংসিদগী খুদম ওইনা পরেং খরদং লৌখৎচরি -

ঙসি নিংথি তুরেলদা
জগোয় শারি ঈথকনা...
মৈতৈ নিংতম ফিরালনা
নোংদোল থক্তা পাইরিবা...
বজ্র সিংহ থাংশাংনি
য়াম্বুং চৌরজিৎকী খুদোলনি...
ৱাশক্লম্মী য়াম্বুংদা
য়েক্না মাইথি পীদুনা
ঈ তৈরবা থাংশাংসে
চামগে নিংথি তুরেলদা...
মৈতৈ স্বাধীন পীরবা
নিংথি তান্না লাক্লিবা।

কবি অনি অসিগী মীৎয়েং- মপুংদা মান্নে- মরৈবাক নীংবগী ৱাখল্লোন ফোঙদোকপনি। কবি য়েংখোম কেবিগীনা কাছাড়গা মণিপুরগা লৈনবা মরীদু উৎপগা লোয়ননা গম্ভীরসিংহনা বরাক তম্পাক্তা লৈরিঙৈগী ইতিহাসকী খোঙচৎ অমবু নীংশিংহনবনি। অদুগা কবি নীলবীর শাস্ত্রীগীনা- গম্ভীরসিংহনা অৱা লান ঙমদুনা ফেব্রুৱারী ১, ১৮২৬ তা অৱাশিংবু নিংথি তুরেলগী নোংচুপ থংবা নাকলদগী নোংপোক থংবা তুরেল ৱাংমা লান্না তাম্ভোক্তুনা ময়াম্বুং চৌরজিৎনা খুদোল ওইনা পীরকপা য়েক্নবা হাৎপগী ঈতনা মচু শংজিল্লবা বজ্রসিংহ থাংশাংদু নিংথি তুরেলদা চামদুনা নীংতম্বী মণিপুর অমগী লমগী অরোয়বা ঙমখৈ য়াৎখিবা- ইতিহাসকী পন্দুপ অমবু নৌহৌনা ফোঙদোকপনি। য়েংখোম কেবি গীনা

মণিপুরনা অৱাগী মখুত্তা লোইলম ওইনা লৈরিঙৈ, গম্ভীরসিংহনা কাছাড় লমদমদা চংজফম লৌদুনা লৈরিঙৈ, মরৈবাক মণিপুরবু অৱাগী মখুত্তগী অমুক্তং কন্দুনা নীংতম্বী মণিপুর অমা শেমগে হায়বগী পান্দম অমদি- 'বরাক্কী লৈহাওদা নীংতম উপাল থারমগে, নিংথি তোর্ব্বান্দা নীংতম মৈরা থাল্লমগে অমদি বদরপুরদগী কবো ভেলি ফাওবা শম্বল ৱাংনা খারমগে' হায়বসিনা মহাক্কী লেংদ্রবা অচেৎপা ৱাশক ওইরি। ৱাশক অসিগী মরুমদা গম্ভীরসিংহনা অৱাবা অমদি খুদোংথিবা কয়া মায়োক্নরবা মতুং, জুন ১৮২৫ দা (কালেন থাগী ২৪ নি পানবা) মণিপুরগী নিংথৌ খুভম ফংখি। ফেব্রুৱারী ২৪, ১৮২৬ তা বৃটিশকা **যান্দবু সন্ধি**গী সহি তৌনখি। জুন ১৮২৫ দগী জানৱারী ৯, ১৮৩৪ ফাওবা লাংথবান্দা কোনুং শেমদুনা পানখি। মনাও ইবুংঙো নরসিংহনা যুবরাজ ওইখি। ঙসি ফাওবদা মৈত্রবাক্তা গম্ভীরসিংহ নরসিংহ অনিগী মরৈবাক নীংবগী মশক অমদি মচিন মনাও অনীগী নকশিন্নবা নুংশিনবগী মরী অদু কাওবা ঙম্নদ্রি। শৈরেংসিদা কবি য়েংখোম কে বি না সাহিত্যগী চাংয়েং অমগা লোয়নবা খুৎই অমা পুথোক্লি- তুংদা থোক্লকপা য়াবা ৱাফম্বু ফোঙদোকপা (**এক্সপ্রেসন ওফ ফ্যুচর**)-ইতিহাসতা তুংগী ৱা হায়বা -(তুংলমচৎতা ওইরকপা য়াবা ৱাফম্বু ফোঙদোকপা, অসি য়াম্না তাংনা থোকই। মসি ইতিহাসকী অচুম্ববু কল্পনাগী মচুনা শংজিনবনি- সাহিত্য কলাগী পোৎ ওইনা উৎনবা লাক্লবনি। মসিগী প্রমানদি-

তোংজৈ মরিলদা নাহুজগে
শ্রীহট্ট দগী কবো ফাওবা
লমজেল থানা চেঞ্জগে,
বরাক তুরেলদগী নিংথি তুরেল
হঙ্গৎনদুম ঈরোইজগে, ...
বদরপুরদগী কবো ভেলি
শম্বল ৱাংনা খারমগে। (লা.১৮/১৯)

খুদমসিনা মণিপুরগী ইতিহাসকী মশক অমা হোংহল্লে। কবি য়েংখোম কে বি দা লৈরিবা হিষ্টোরিকেল সেন্স নত্রগা **পর্স্পেক্টিভ** অদু ইতিহাসকা চুশিন্নদ্রে। মতাংসিদা কবি চাউবগী ঐতিহাসিক উপন্যাস, **লবঙ্গলতা** (১৯৩৪) নীংশিংহল্লি। উপন্যাস অসি- মৈদিংঙু খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) মতমগী মপুংওইবা থৌদোক্তা শাগৎলগসু কবিগী কল্পনাগী চরিত্র

অনি- লবঙ্গ অমদি কুঞ্জলতানা মরুওইবা শরুক য়াহনবা, ফিদমগী মশক ওইবা নুংশিবগী সংসার অমা শেমগৎনবা লাক্লবা, ট্রেজেদিনা পোলোই ওইহনবা, সোসিয়েল মিলিউদা নীংখা তম্বা অমদি বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপধ্যায় (১৮৩৮-১৮৯৪)গী ঐতিহাসিক রোমান্স- **দুর্গেশনন্দিনী** (১৮৬৫) অমদি সার ৱাল্টর স্কোট্ট (১৭৭১-১৮৩২) গী **ইভানহো** গী মমি তাবা, মওঙ লৌবা নচিংবগী মতাং থেংনৈ। পুন্নমকসি কবিগী কল্পনাগী সংসার অমবু শাগৎপনি। ইতিহাসনা বিচার তৌবা য়াদে। কবিগী নুংগী নেকেদনেস রিএলিটি অমবু ফোঙদোকপনি। কবি য়েংখোম কে বি সু কবি চাউবগী সাহিত্যগী স্বভাব অসি থাদোকপা ঙমদে।

'টিকেন্দ্রজিৎ'- হায়না মমিং থোনবা শৈরেং অসিদি কবিনা মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা নোক্লা ফাঁসিগী শগাইদা কাখিবা বীর টিকেন্দ্রজিৎ (১৮৫৫-১৮৯১) কী থৌনা লিংজেল অমদি নীংতম্বগী ফিরেপ অদুবু শিংথাবগা লোয়ননা সহিদ অসিগী মফমদা কবিনা ভক্তি কচ্চরি। মার্চ, ১৮৯১ দা মণিপুরগী নিংথৌ মচাশিংনা মখোয় মশেল খৎনবদা বৃটিশনা খুদোংচাবা লৌরগা- নীংতম্বী মণিপুরবু নিংথৌকাবা নুমিৎ, এপ্রিল ২৭, ১৮৯১ দা মীনাই য়োৎহ্লিং চলহনখিবগা লোয়ননা মরৈবাক্কীদমক্তা থৌদাঙ য়ারম্বা মরৈবাক নিংবা অথৌবশিং-খোংজোম লান্দা (এপ্রিল ২৩) পাউনা ব্রজবাসি (১৮৩৩-১৮৯১), চিংলেনম্না, হৈরাংখোঙজানচিংবা লানফমদা থৱায় কৎখি। খোংজোম লান লোয়রবা মতুং, আগষ্ট ১৩, ১৮৯১গী নুংথিল পুং ৫ তাবদা থাঙ্গাল জেনরেল অমদি বীর টিকেন্দ্রজিৎ মখোয় অনীবু ইম্ফালগী মপান কাংজৈবুংগী ফৈদাপুংদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। অসিগুম্বা মীনুংশি লৈত্রবা বৃটিশ মচাশিংগী অরোয়বা খুৎলাই ওইনা শিজিন্নরিবা 'ফাঁসি' তৌবগী দন্দি অসিনা নীংতম্বা পামজবা- মণিপুরীশিংগী থম্মোয়দা চৈনা ফংহনখি। মীওইবগী থম্মোয়দা লৈরিবা নীংতম্বগী ৱাখল অসিদি মীনা মীবু হাৎপনা কৈদৌঙৈদসু নমথবা ঙল্লোই। বীর টিকেন্দ্রজিৎনা মংজরম্বা মঙ, শাগৎচরম্বা আশা অমদি নীংতম্বগী ফিরেপ অসিদি নোংমা নোংমগী মণিপুরী খুন্নাইদা লেংদনা ৱামৈগুম্না ওমচাক্লনা লৈহৌই। মদুনা কবিনা হায়রি-

নঙগী ঙক্তা
ফাঁসিগী কোঙ্গোয়,

যেক্লবা মালেশকী
অরোয়বা খুৎলাই
অরেম্বা তাখি
ময়ায় মাংখি
নণ্ডগী নিংতম্বা
ফিরেপকী মাংদা।(লা. ২২)

কবিনা অথৌবসিগী ফিদম্সু পাম্মী- মাগী নীংতম্বগী ফিরেপ্পু থাজে। মদুনা 'ফাঁসিগী কোঙ্গোয়' না খক নীংতম্ববু মুন্দুনা লৌবা, নীংতম্ববু খোঙ্গাওনবা অমদি নীংতম্বগী ৱাহন্থোক লৈহন্দবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। ঙসি পীক্ল-পীক্লবা লোইলম ওইরম্বা লৈবাক কয়াসু নীংতম্বা ফংখ্রে। নীংতম্বগী ঈশৈ শকচবা ঙমখ্রে। মসি মীনা মীবু ইকায় খুম্নবা উৎপা- মীনা মীগী মমল অমদি মশক মুন্না খঙলকপগী অচৌবা খুদম অমনি। মীনাই ওইনা হিংগদবগী, লেনগদবগী, পুন্সি লোয়বা ঙাইগদবগী শরুকপুদি মীকুপ অমত্তং ওইরবসু নীংখা তম্না হিংজরম্লগা মরৈবাক্কী নীংতম লানফমদা শিখিবনা শরুক চাম্মা হেল্লি হায়বা ৱাখল্লোনসি ঙসিগী মীরোলদা কবিনা মন্ত্র ওইহল্লি। 'জননী জন্মভুমিশ্চ স্বর্গাদপি গরীয়সী'- পোক্লফম লমদম্না স্বর্গদগী হেন্না ৱাংই- মদুনা পোক্লফম লমদমগীদমক্তা থৱায় থাবদি লেপ্লমক সনাতন ধর্ম্ম ফংলবনি। অথৌবা বীর টিকেন্দ্রজিৎনা মরৈবাকপু যেক্লবগী মখুত্তগী কন্নবা হোৎনবদা লৌখিবা থৌদাঙ- লৌনম চাওবা বৃটিশনা মাবু নমদুনা ফারগা ফাঁসি তৌখিবসিমক মালেম পুম্বগী ওইনা মরাইবক থিরবনি। মনীংতমজবা লৈবাক অমদা অকনবনা অচুম্বা শকপা- মীশিং য়াম্বনা শোখরবা কাংলুপপু খোঙ্গাওনবীবগী অত্যাচার অমনি। মসিদি মীওইবগী ধর্ম্ম নত্তে- শাহিং চাবা শাগী লিচৎ-শাজৎনি। অসিগুম্বা বৃটিশকী নম্ফু লমলৌ, বিচার তৌদনা মী হাৎপগী চৎনবী-নচিংবা থৌদৌ অসিবু ঙসি ফাওবা মণিপুরীশিংগী থম্মোয়দা য়েক্নুনা লৈখ্রে। **পেট্রিওটিক** ডে হায়দুনা আগষ্ট ১৩ খুদিংগী মরৈবাক নীংবগী থৌরম ইম্ফালগী মপান কাংজৈবুংদা চহি খুদিংগী পাঙথোক্নুনা লাক্লি। মসি মণিপুরীশিংনা পাংদবগী থৌনা- লমন খুম্বগী ৱাহন্থোক নত্তে- মরৈবাক নীংবা অথৌবা টিকেন্দ্রজিৎ অমদি থাঙ্গাল জেনরেলগী মফমদা ইকায় খুম্নবা উৎপনি- মীতৈগী থৌনা লিংজেল অদু নৌহৌননা নিংশিংবনি। মদুনা ঙসিদি সহিদ ওইখ্রবা অথৌবশিং অসি মণিপুরীশিংগী আইকোন অমা ওইরবনি। মরম

অদুনা কবিনা অথৌবা বীর টিকেন্দ্রজিৎকী মফমদা ভক্তিগা লোয়নননা প্রার্থনা কচ্চরকই -

হে বীর
হে অঙম্বা
নঙবু নিংশিংজে
নঙবু খুরুমজে। (লা. ২২)

'ইন্দুপ্রভাগী খুভমদা'- হায়বা শৈরেংসিদি কাছাড় অমদি মণিপুর-লৈবাক অনীসিগী ইতিহাসকা তৎন-থানবা য়াদ্রবা অমদি য়াম্না নকশিন্নবা মরীদু উৎপনি। নেসনেলিজম অমদি নেটিভিজমদা শাগৎপা শৈরেংনি। মণিপুরগী নিংথৌ মধুচন্দ্র (১৮০১-১৮০৩) গী মচা ইবেম্মা ইন্দুপ্রভাবু কাছাড়গী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্র (১৭৮০-১৮১৩) দা ইং ১৮০২, লমতা থা (মার্চ) দা থাজখি। (লৈবাকপোকপা নুমিৎ, এপ্রিল ১৭, ১৮০২ দা লাবন্যচন্দ্রগী মচা ইবুংঙো ফাইরাবা অমদি হাওবম নোংথোনবা অনিনা লমজিংদুনা কাছাড় লৈবাক্তা থিনখি।) কৃষ্ণচন্দ্রনা নোঙ্গাখ্রবদা- মনাও ইবুংঙো গোবিন্দচন্দ্র (১৮১৩-১৮৩০) না মতৈমা ইন্দুপ্রভাবু তালোই ওইনা লৌশিনখি। মণিপুর অৰাগী মখুত্তা মায়থিবা ফংদুনা ইং ১৮১৯ দগী ১৮২৫ ফাওবা চহি ৭ খুন্তাকখি। মতমসিদা কাছাড়দা লাঞ্জেন্দুনা শৈদাংফম লৌদুনা লৈরিবা মীতৈ নিংথৌ মচাশিং চৌরজিৎ (১৮০৩-১৮১৩), মার্জিৎ (১৮১৩-১৮১৯) অমদি গম্ভীরসিংহ (১৮২৫-১৮৩৪) না কাছাড়গী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রবু ইং ১৮২৩ দা মায়থিবা পিদুনা কাছাড় অপুম্বা লৌশিন্দুনা- চৌরজিৎনা ভুগিপার (তিলাইন), মার্জিৎনা হাইলাকান্দি অমদি গম্ভীরসিংহনা গুমরাহ দা পাল্লম্মী। গোবিন্দচন্দ্রনা থুপখ্রবদা, আগষ্ট ১৪, ১৮৩২ দা বৃটিশনা কাছাড় লৌশিনখি। মখোয়গী সাসন মখাদা লৈখি। উপায় লৈত্রবী, ঙাকপী শেনবীনবা য়াওদ্রবী, লুখ্রা ওইহৌরবী মহারানী ইন্দুপ্রভানা মপাম লমদম মণিপুরদা নরসিংহ (১৮৪৪-১৮৫০) না পাল্লিঙৈ, যুমশকৈশা নুমিৎ ফেব্রুৰারী ২২, ১৮৪৯ দা মাগী য়োকচবা মচানুপাগা লোয়নননা লাকখি। নিংথৌনা মাবু তরাম্না ওকপীখি অমসুং মচানুপা অদুবু নগুণ থাংবীখি। মতম খরা লৈরবা মতুংদা এপ্রিল ১৩, ১৮৪৯ দা কাছাড়গীদমক্তা মণিপুর থাদোকখি। মানা চৎখিবদা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী নুপীশিংদা কায়নবগী খুদোল ওইনা শেল অচোইবা

খরা পীরম্মী। মহারাজ নরসিংহনা ইন্দুপ্রভাদা অওং-অউন চাউনা তমদুনা মাগী খোঙবুরোই মনাই-মশলশিং থাদুনা কাছাড় তান্না থিলহনখি।

কবিনা শৈরেংসিদা- লাইবক থিরবী কাছাড় লমদম (মমাংঙৈদা হিরম্বা লৈবাক হায়না খঙনরম্বা)গী ডিমাসা জাতিগী মহারানী অসিগী ফজবা, মথৌনা, মতিক মগুণ শিংথাবগা লোয়ননা হিরম্বা লৈবাক্তা খাসপুর কোনুংদা কৃষ্ণচন্দ্রগী মহারানি ওইদুনা মতিক মঙাল নাইখিবী- মৈতৈ নিংথৌ মচানুপী ইন্দুপ্রভানা লৈমা মহারানী ওইরিঙৈগী মতমদুবু শৈথারি।-

মৈতৈ লৈকোলদা পোমখিবী
ফজবগী ঙমখৈ লৈতবী
মথৌনাদা ময়েং তাদবী...
মধুচন্দ্রগী মচা ইবেম্মা...
কৃষ্ণচন্দ্রগী কোনুংদা
নাইতোম ঙানখিবী লৈমনি। (লা: ২০)

মখা চত্থরকপদা- কাছাড় নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রনা নোঙ্গাখ্রবদা মনাও ইবুংঙো গোবিন্দচন্দ্র (১৮১৩-১৮৩০) না নিংথৌ ওইখি। মতৈমা ইন্দুপ্রভাবু লৈমা মহারানী ফমথোল পীখি। লাইবক থিবদি -গোবিন্দচন্দ্রনা ইং ১৮৩০ দা মৈতৈ নিংথৌ মচাশিংগী মখুৎতা নোঙ্গাখ্রবদা -ইন্দুপ্রভাগী খুৎতা কাছাড় লমদমগী মরাইবক লেপ্পা তাখি। মপুরোইবনা লৈখিদ্রবা মতুংদা- কাছাড়গী মহারানী ইন্দুপ্রভানা হাংলবা মপুরোইবগী সিংহাসন অদু মহাক্না ফংফম থোকই হায়দুনা মতমদুগী **ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনি** (১৬০০) দা দাবী তৌরম্মী। অদুবু বৃটিশনা খুৎকল পাঙ্গল্লকপা মতম ওইবনা মখোয়না কাছাড় লৈবাক অসি ইং ১৮৩২ গী আগষ্ট ১৪ দা লৌশিনখি অমসুং মখোয়গী শাসন মখাদা থমখি। মমৈথংদদি মহারানী ইন্দুপ্রভাগী অধিকার মৎপীখ্রে। ইন্দুপ্রভানা নোঙ্গাখ্রবা মতুংদদি কাছাড় লমদমগী, ডিমাসা জাতিগী অরোয়বা নুমিৎ তাখ্রে। মালেমসিদা মখোয়গী মফম থম্বীরমদ্রে। ঙসিদি অহোমগী ইতিহাসনা মুৎশিল্লক্লবা মতমসিদা কাছাড় লমদমগী ডিমাসা জাতিগী ইতিহাসনা মমাংঙৈগী হৌখ্রবা থৌদোকশিংগী ৱারী লীবা নত্তনা করিদি উপাই লৈরিবগে? ইতিহাসনা নীংশিংবগী স্মৃতি চিহ্ন ওইহৌরে। কবিনা শৈরেং অসিগী অরোয়বা শরুক্তা কাছারগী অৱাবা ঐতিহাসিক পাউদমবু থম্মোয় শোক্লা ঙসিগী মীরোলদা তল্লি- তুংলমচংকী

নোংদম থীবা ডিমাসা জাতিগী মরাইবক্কী মশক য়েকলি-

গোবিন্দচন্দ্রগী অরোইবা য়াহিপতা
মদোমতা পুহৌরি লৈবাক্কী পোৎলুম
হিরন্বা কোনুংগী অরোইবা থব্রায়
ইন্দুপ্রভা মহারানী
ডিমাসা জাতিগী মৈ মুৎখি
কছাড়ী ইনাৎকী নুমিৎ তাখি
ইন্দুপ্রভানা নোঙ্গাখিবদা,
হিরন্বা লৈবাক্না শিখিবদা। (লা. ২১)

শৈরেং অসিগী লোইশিল্লকপা অরোয়বা পরেং খরদা নেতিভিজমগী মমি তারি। কবিনা হায়রিবা অসি য়েংসি-

'সনাগী কাছাড়না পোকখিবদো
হিরন্বগী মোংফমদনি
ইন্দুপ্রভাগী খুভমদনি। (লা.২১)

শৈরেং অসিদা মহাভারতকী ইপিসোদ অমা য়াওরি, ইতিহাসকী থৌদোক খরগী মমি তারি, ইন্দুপ্রভাগী চরিত্র য়েক্লি। রাজী সেথকী ব্রাহে 'নেতিভিজম মিন্স এ রিটন টু দ রুটস' (**নেতিভিজমঃ এসেজ ইন ক্রিটিসিজম**, ১৯৯৭, লা.১০২) হায়বদু নিংশিংহল্লি। কবি য়েংখোম কে বি গী শৈরেংসু মীৎয়েং অসিগা মরী লৈননা য়েংবা য়াই। মখা তানা নৈনবা য়াবা মতাং অমনা -কবিনা পুখৎলক্লিবা ইন্দুপ্রভাগী চরিত্র অসিনি। মহারানী অসিদা ফিদমগী মশক ওইবী নুপী অমগী চরিত্র শাগৎপগা লোয়ননা নুপাগুম্না থৌনা ফবী, মরৈবাক নীংবী- ফেমিনিষ্ট নুপীশিংগী আইকোন ওইনা য়েক্লি। মণিপুরগী নিংথৌ- নিংথৌখোম্বা (১৪৩২-১৪৬৭) গী রানী, লিঙ্গোইঙম্বী, গম্ভীর সিংহ (১৮২৫-১৮৩৪) গী রানী, কুমুদিনি, গৌরশ্যাম (ঃ১৭৫৩ / ১৭৫৯, ১৭৬২ / ১৭৬৩) গী মচা ইবেম্মা ফোংনা লোৎপী- ইং ১৭৬৮ দা তেখাও নিংথৌ স্বৰ্গ দেব রাজেশ্বর (১৭৫১-১৭৬৯) দা থাজখিবী -রানী কুরঙ্গ নয়নী-নচিংবগা থাক মান্ননা ইতিহাসতা মফম কন্দুনা লৈরি। দিল্লিগী সুলটান ইলটুমিষ্ট (১২১০-১২৩৬) গী মচা ইবেম্মা সুলতানা রেজিয়া (১২৩৬-১২৩৯), ঝান্সিগী নিংথৌ গঙ্গাধর রাওগী রানী লক্ষ্মী বাই, সিংহল নিংথৌগী মচানুপী, চিতোরগী রানা রতন সিংহগী রানী পদ্মীনি, তেখাওগী মপুরোইবা নীংবী, মপুরোইবা গদা পানি (তেখাওগী নিংথৌ ওইখিবা)

গীদমক্তা মথ্বায় শিন্নখ্রবী জয়মতিনচিংবগা থোইনা খেন্নবা লৈতে। মীৎয়েং অমরোমদা হায়রগদি হিষ্টরিকেল করেক্টরশিং অসিনা ঙসিগী মীরোলদা (২১ শুবা চহি চাগী অহানবা দিকেদ অসিগী হৌরকপদা) ফেমিনিষ্ট মুভমেন্ট অমা শাগৎপদা ঙসিগী নুপীশিংনা মুর্ত্তি ওইনা লাৎপা য়াবা, ফিদম লৌবা য়াবা, মরৈবাক নীংবগী ব্রাখল্লোন লৈবা অমদি নুপাগা নুপীগা অনিগী খেন্নবা লৈতে (নুপানা ঙম্বদু নুপীনসু ঙম্মী) হায়বা মীৎয়েং উৎলম্বা -নচিংবা উবা ফংই। মরমসিনা ঙসি ফাওবা মখোয়গী মমিং, মতিক মগুণ, থৌনা লিংজেলনচিংববু শক শোন্নরিবীনি, শিংথানরিবনি।

## ত্রেজিক এন্দিংনা পোলোয় ওইবা রোমান্টিক এগোনিঃ

মণিপুরী শৈরেংদা নুংশিবা কায়নবগী, নীংবা কায়বগী, থম্মোয়দা চৈনা ফংহৌবগী অমদি নুংশিবীনা মশাবীবু থাদোক্তুনা লাইরমলেনদা তিনখিবগী, লৌন-লৈনবা য়াদবা (মরুওইনা য়েক থোকনবা, জাতি ধর্ম্ম তিন্নদবা, মরী মতা ওইবা নচিংবা) গী থম্মোয় শোকনা মপাও তমজবগী শৈরোলনা মপুং ওইদুনা শৈথাবা কবিশিংগী মশিং শিংথাবদা লোইরোই। রোমান্টিক কবি খুদিংমক নুংশিবা কায়নবগী, কায়না মৈশা লাংবগী (থম্মোয় লাইমন ওইহৌবগী) চৈনা ফাওদবা লৈরল্লোই। পি বি শেলি (১৭৯২-১৮২২) গী ব্রাহৈ, 'Our sweetest songs are those that tell of saddest thought' (***To a skylark***) হায়বদু নীংশিংদবা ঙমদে। রোমান্টিক কবি ওইনা পোক্লগা রোমান্টিক কবি ওইনা তাইবঙপান থাদোকখ্রবা-নীংবা কায়বগী চৈনা ফংখিবা মণিপুরী কবিশিং- ডা. কমল (১৯০০-১৯৩৪), খুমন্থেম ইবোহল (১৯২৪-১৯৮৮), সরত অরাম্বম (১৯৩৩-১৯৭৮) অমদি তোকপম ইবোমচা (১৯৪২-১৯৭০) নচিংবনি। ইংরেজি সাহিত্যদা জোন কিট্‌স (১৭৯৫-১৮২১), লোর্দ বাইরন (১৭৮৮-১৮২৪) অমদি ব্রিল্লিয়ম ব্রার্দস ব্রার্থ (১৭৭০-১৮৫০) গুম-কায়নবগী ঈশৈ শকখিবা ঙাক্তনি। সংস্কৃট কবি কলিদাস (৩৪০-৪০০) না মাগী কাব্য, **মেঘদুত** (৩৭৫) তা শক্লাইদবা ইঙা ইঙেনগী অপাইবা লৈচিলদা কায়না মপাও চেনখিবগুম, পর্সিয়ান কবি, ওমর খয়াম (১০৫০-১১২৩) না **রুবাইয়ত** (১৪৬০/৬১) ইখিবগুম, হিন্দি কবি, হরিবংশ রায় বচ্চন (১৯০৭-২০০৩) না **মধুশালা** (ইবাঃ ১৯৩৩/৩৪,

ফোঙবাঃ ১৯৩৫) ইখিবগুম, মণিপুরী কবি, খুমন্থেম ইবোহলনা **থম্মোয় পাউদম** (১৯৬৬) ইখিবগুম-কবি য়েংখোম কে বি নসু 'নুংশিববু হাৎলুরবদা', 'নীংশিংবা', 'আশাগী য়েন্নিং', 'হৌখ্রবা মীৎকুপ অমদা', 'মালেমদগী হনখ্রবী থৱায় অমদা' অমদি 'তাজমহল' নচিংবা শৈরেংশিং ইখি। ডা. কমলগী 'চির বিদাই', 'বিশ্ব প্রেম', 'নীরব রজনী' অমদি 'নির্জ্জনতা', কবি চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০) গী 'তোনু লাইজিংলেম্বী' অমদি 'পি থাদোই' নচিংবগী শৈরেংশিংদগী তোঙানবা মশক অমা শাগৎনবা লাকনরি। লেটিনগী **মহাকবি** পেত্রার্ক (১৩০৪-১৩৭৪) না ইং ১৩২৭ তা বোলোগনাদা মহৈ তম্লিগৈদা থেংনখিবী নুংশিজখিবী, থম্মোয়দা মমি তাখিবী লোরা-ঙসিদি নুপী ওইবী অমদি মপুং ফাবী অমগী ফিদম্লফম সিম্বোল ওইহৌরে। দান্তে (১২৬৫-১৩২১) গী মহাকাব্য, **দ নিউলাইফ** (১২৯৩) দা য়াওবী নায়িকা বিত্রাইস- কবিগী নুংশিবী অমগী মুর্ত্তি ওইনা শাগৎপা অমদি মোগল নিংথৌরেল শাহজাহান (১৫৯২-১৬৬৬) না মাগী চান্নবী মমতাজ (১৫৯৩-১৬৩১)গী মোঙফমদা শারিবা নীংশিং খুভম, **তাজমহল** (১৬৩২-১৬৫০)- ঙসিদি নুংশিবগী স্মৃতি চিহ্ন ওইহৌরে। মদুনা কবি য়েংখোম কে বি গী শৈরেংশিং- মপুংদা হৌখ্রবা থৌদোকশিংবু নীংশিংবনি, অনুতাপকী চৈনা খাংজবনি। থুংনখ্রিবা থৱায়শিংগী তেংথাখোলনি। পোত্থাফম খণ্ডদ্রবা, লৈতাফম লৈরক্ত্রবা, পুন্সিনা শান্তি থিরকপদা মরুভুমিগী সংসার অমদা খোঙদাফম ওইরুব্বগী পোলোয়গী মশক্কু উৎপনি। ত্রেজিক এন্দিং অমগী পিতি এণ্ড ফিয়ারগী ৱারোয়শিন পীবনি। কবিনা 'তাজমহল' হায়বা শৈরেংসিদা ইরি -

মপুরোইবা কায়নখ্রবী কনানা
অঙৌবা ফিজোল হোংদুনা
ইংলবা থাবলগী মরুমদা
মদোম তুমিন্না ফম্লগা
কায়না মৈচাক কয়া নীংশিংদুনা
পীরাং শিন্থরিবা তাজমহল। (লা. ৫২)

অমুকসু কবিনা মখা তারদুনা হায়রি -

নুংশিবগী মফমদা মাইথিরবা
নিংথৌরেল শাহজাহান অঙম্বনা

নংবু (তাজমহলবু) শাক্কি থল্লগা
মমতাজবু শোন্দুনা য়েকখিবা
আত্মাগী নুংশিবা পাউদমদুমদি
তাইবং থম্মোয়দা লৈহৌরনি, তাজমহল। (লা. ৫৩)

শৈরেং অসিমক্তি- এলাংবম রজনীকান্ত (১৯২৯-২০০০) গী ‘‘তাজমহল’ (ইবা: ৪.৫.১৯৫৩) হায়বা শৈরেং অদু নীংশিংহল্লি। শৈরেংদুদা কবি রজনীকান্তনা ইরি-

নুংশিবগী নাকোং খুদিংদা লোৎনা থুপ্পা লাক্লবা
ফোংঙমদ্রবা ৱাহৈনা মথং মথং পাউমেন্নরক্লবা
থম্মোয় কয়া কয়াগী অচিকপা মীৎয়েংনা
য়েংইদো নংগী নুংঙৌগী মন্দির।

অমুকসু মখা তানা ইরিবসি য়েংসি-

ইকায় থিবনা নুংশি মশক খঙদ্রিবী ওইহল্লবী
নীংঙমদবনা লোৎনা থুপনা তেংথাজরবী
অনুতাপনা মৈশা লাংলক্লবী নুজানা
অথেংবা থাবলগী অহিংদা
প্রেমগী মন্দিরদা তপ্পা তপ্পা কাখৎলগা
য়াম্না ইকাই হঙ্গোইনা শোনজবগুম
‘চান্ন থোইরবা হৌগৎলো’ হায়না থোঙ থিনবগুম
শাহজাহানগী অরোইবা মীৎয়েংদা
তাজমহল নংবু কোল্লগা মীৎকী পীগা লোয়ননা
‘মমতাজ’ হায়না অমুক্তং শোল্লম্বা
নুংশা মপী অমা লৈহৌরে নংগী থম্মোয়দা।

কবি অনি অসিগী মীৎয়েং অমদি ৱাখল্লোন অসি মপুংদা মান্নে, থোইনা খেন্নবা লৈতে। য়েংখোম কে বি গী খুৎই অমদি মফোঙদোক্তনা মোর্দন সেন্সিবিলিটি অমগী মশক্তা শাগৎনবা লাক্লে। অদুগা এলাংবম রজনীকান্তগীনা ত্রেদিসনেল ওই- রোমান্টিক পরম্পারাদগী নাম্থোকপা ঙমদে -হিষ্টরিকেল পর্সপেক্টিভদগী লিটরেরি ভেল্যুনা হেন্না ৱাংনা লৈ।

কবি য়েংখোম কে বি গী অতোপ্পা শৈরেং অনি- ‘মালেমদগী হনখ্রবী থৱায় অমদা’ অমদি ‘নুংশিববু হাৎলুরবদা’ কবিগী পার্সোনেল দাইরি অমগী মশক্তা শাগৎপা- কল্পনাগী সংসার অমনি। য়াম্না সবজেক্টিভ ওই। ইমোসন অমদি ফিলিং অনিগী কেটালাইজ তৌরগা পুথোরকপা শৈরেংগী মশকনি। অহানবগী শৈরেংসিদা কবিনা থম্মোয় শেংনা অমকপা

অমত্তা য়াওদনা নুংশিজখিবী কনাগুম্বী অমগা পুন্সিগী ওইনা কায়নখি। (সমাজগী চৎনবীগী অচেৎপা লিপুল, মরী মতা ওইবগী লৌনা লৈনবা য়াদবা মতাং, অপোকপী পলেমগী অকনবা য়াথঙনা মরম ওইখিবা)- তোঙানবা যুম্মাক শাগৈ অমদা মাগী চান্নবীনা চৎখি। মমৈথংদা- থম্মোয়গী লায়না অমদগী মাগী চান্নবীনা পুন্সি লোমখি- তাইবঙপান থাদোকখি। মৈতৈ নুপীদি- নুংশিবগীদমক্তা পুন্সিবু শিন্নবা ঙম্মী অমদি থব্বায় থাবদা চিংনবা লৈতে। মাইনু পেমচানা মশাবী বোরচাওবা মশুংলাংগী- থৌরি য়ান্দুনা পুন্সি লোমখি। মণিপুরী সাহিত্যদসু হিজম অঙাংহল (১৮৯২-১৯৪৩) গী উপন্যাস, **জহেরা** (১৯৬৪) দা কুঞ্জোনা মাগী চান্নবী মুস্লিম নিঙোল জহেরাবু মখুৎমক্তা হাৎখি। ইংরেজি সাহিত্যদনা ৱিল্লিয়ম সেক্সপিয়ার (১৫৬৪-১৬১৬) গী দ্রামা, **ওথেল্লো** (১৬০৪) দা দেসদেমোনাবু রুমালনা ৱাথোক ওইহল্লগা, চিংনবগীদমক্তা কল্লক খম্বন চাওরবা ওথেল্লোনা- "I will kill thee/ And love thee after" (**Othello**:1604) হায়না দেসদেমোনাবু হাৎকে থল্লকপা মীৎকুপ্তা ৱারেপ লৌদুনা হাৎখি। শাহিং চাবা শাগা মান্নবা লিচৎতুদি য়েংখোম কে বি গী শৈরেংগী দর্শনদা উবা ফংদে। কবিগী দর্শনদি অধ্যাত্মিক্কী ওইবা- আত্মাগী নুংগী ওইবা নুংশিবগী মরীদুনি- থব্বায় ফাওবা কখোকপা ঙম্বা স্বার্থত্যাগকী মশক্তুনি। ডা. কমলগী **মাধবী** (১৯৩১) দা ধীরেন মশুংলাংগীদমক্তা মপোক অমগী আশাদা লাইনিংবী ওইদুনা ত্যাগ তৌখ্রবী মাধবীগী পুন্সি- ঙসি ফাওবদা মণিপুরী নুপীশিংগী থম্মোয়দা লেংদনা লৈরি। কবিগী শৈরেং অসিদনা- কবিগী য়েন্নিং হুল্লকপা মতমদা যৌবন পুন্সিগী অয়ুক্তা থেংনখিবী- স্বগগী অপশারাগুম নীংথিজবী অমদি ফ্রেঞ্চ লাইয়েকপা -লিওনার্দো দা ভিন্সি (১৪৫২-১৫১৯) গী **মোনালিসা** (১৫০৪) দগী হেন্না ফজৈ খনজখিবী- পুন্সিগী হরাও নুংঙাই কয়াদা অমদি ধর্ম্মগী ওইবা লাইনিং লাইশোনগী থৌরম কয়াদসু শরুক য়ামিন্নদুনা লাকখ্রবী- কবিগী চান্ন-থোইরবী অদুগী ইতিহাস ওইহৌরবা পুন্সি শক্তম মতেক অমবু নিংশিংবগা লোয়ননা- কবিবু তাক্লমদনা ৱাখল লায়না অমদগী খাংঙুথক্তা পুন্সি লোমখিবা- তাইবঙপান থাদোকখিবা- ট্রেজিক এন্দিং অমগী পোলোয়গী মশক্তু উৎকী মপৈ ওইনা থেংনখিবা - খম থেংনা ৱাবা পনখৈ অমা মায়োক্লখিবা মতাং- মদুনা রোমান্টিক

আইরোনিদগী এগোনি ওইহল্লকপা- অনুতাপনা চাক্লবা দুষ্যন্তগা পাংখক ওইরকপা পুন্সিগী মশক্তু উৎপনি। কবিগী শোকচিল্লবা হকচাংগী ফিভম-খঙহৌদনা হোংলকপা অওনবা মশক- অদু য়াম্না নিংঙমদবা ৱাহৈনা (সোলিলোকি ওইনা)মাগী চান্নবীগী মফমদা ফোঙদোকপনি। -

ঐগী পুন্সিগী খোঙচৎ লেপখ্রবোই নিংই
নঙগী পুন্সি খোঙচৎনা লেপখ্রবদা।...
লৈকং ওনখ্রবনি, থৱায় য়াওদ্রবনি
নঙনা থাদোক্লস্না মালেম অসিমদি। (লা.৪৪)

অমুকসু কবিনা থম্মোয় শোক্লা শোঞ্জরকই-

মৈ থাদোক্লম্লে লোইনমক
উৎকী মপৈ অদুমতং ঙাইহৌরে। (লা. ৪৫)

মসিদি অয়ৌবী অমদি অরোয়বা কায়নবগী পনখৈনি। কবিগী পুন্সি অমদি থম্মোয়দা পীবা খ্বায়দগী ৱাবা চৈনা অমনি। ইংরেজি সাহিত্যগী রোমান্টিক কবি, ৱার্দস ৱার্থ (১৭৭০-১৮৫০) না মাগী চান্নবী লুসিনা কনাসু তাক্লমদনা তাইবঙপান থাদোকখ্রবদা- মোঙফমদা য়াহিপখ্রবদা- কবি অসিগী পুন্সিদা সধারন মীয়ামগা খেন্নবা- অৱাবা অমা ফাওখিবদু নিংশিংদবা ঙমদে। মাগী ৱাহৈদা-

She lived unkown, and few could know
when Lucy ceased to be
But she is in her grave, and O!
The difference to me! (The Lost Love)

মমৈথংদা কবিনা থম্মোয়বু থেমজিনজরকই। পুম্নমকসি তাইবঙ লীলানি, ঈশ্বরগী খুৎশেমগী খুৎশেমনি খল্লকই- মহৌশাগী চৎনবী নীতিগী কায়বা য়াদবা খোঙচৎনি হায়বদু থাজরকই। মীওইবদি অমর নত্তে। পুন্সি হায়বসিগী অহৌবা অমদি অরোয়বা লৈ। শিবনা পচ্ছুংনি। মদুনা অরোয়বদা কবিনা মশাগী ফিরেপ লৌরদুনা হায়রি-

লীবদা লোইররোইদৌবা ৱারীদুসু
মতম্না মচেৎ-মচেৎ পুদুনা চৎখি।
ঙকই, অদুবু ঙক্লিংঙাই করিসু লৈখিদে
মহৌশানি হায়না অদুম লৌবা তাখি। (লা.৪৫)

মীৎয়েং অসি এথেনিয়ান ফিলোসোফর, এরিষ্টোটল (৩৮৪-৩২২ বি.সি.) গী ট্রেজেদিগী ৱারোয়শিনদা পীরিবা- 'পিটি এণ্ড ফিয়ার' গী

মতুংদা ওইরকপা 'কেথারসিস' গী মশক্তুগা নকশিন্নে। মসি লাইবক্তা তম্লকখ্রবা ফলনি।

'নুংশিববু হাৎলুরবদা' হায়বা শৈরেংসিসু কবিগী পার্সোনেল লাইফতা থোকখিবা **এপিসোদ** অমগী পাউদমনি। মসিদা মপুং ওইনা ফোঙদোক্লিবদি- রোমান্টিক লোঙ্গিংসনা আইরোনি ওইরকপা- নুংশিবগী মফমদা থুংনসি হায়না ব্রাশক্লখিবা- কায়নবনা মহুৎ শিনখিবা- সমাজগী চৎনবীনা শম্বল ওইখিবা- মাগী চান্নবীবু থানিংদনা থাদোকপা তাখিবা- অশেংবা নুংশিবগী মরীবু থদৎতুনা ওইদবা লৌনম্বা তাহনখিবা- কবিগী নুপা থোকপা ঙমখিদ্রবা- মীচেন ওইখিবা যৌবন মতমগী পুন্সি খোঙচৎ- মসিনা মরম ওইরগা নুংশিবী মাগী মফমদা মীনমখিবা- মীনমখিবদুগী পাপতুনা পোলোয়দা দোশি ওইনা চাক্তুনা অনুতাপকী চৈনা ফংখিবা- শোকচিল্লবা মীমান্নদ্রবা খ্বায়দগী ব্রারবা ফিভমদুগী ট্রেজিক সিন অমবু সাহিত্যগী কেনভাসতা পিকচরেক সিন ওইনা পুথোক্লি। কবিনা নীংঙমদবা উত্তুনা লৌনম তৌবিরম্লবী মাগী চান্নবীগী মফমদা মশাগী মরাল য়াজরদুনা নুংশিবগী অশেংবা মরীদুবু থদৎখিবগী মরমসু পীরদুনা হায়জরিবসি য়েংসি -

ঙসি ঐগী কোকথক্তা পুরিবা পাপকী পোৎলুমসে
ঐনা নুংশিববু হাৎলুবগীনি।
থাশি নুমিৎকী অহিংদা
থাবল পুরক্কনি ব্রাশক্লম্বা থাজদো
নঙ ঐগী কায়নবগী শম্বলদুনা
অপনবা, অকায়বা ওইখ্রমালে।...
মীনম্বগী লৈচিলনা কুপ্লবা লাম্মী ঐনা
সমাজগী থৌরবা থাঙ পায়দুনা
নঙবু হাৎখিবনি, হে নুংশিবা। (লা. ১৭)

কবিনা মাগী চান্নবীগী মফমদা মীরাইরুবগী, লৌনম তৌরুবগী মহৈ ফংলবা মতুংদা মশাগী ওইরক্লিবা ফিভম অমদি শোকচিল্লবা মশক্তু উৎলদুনা মখা তানা হায়রি-

নঙগী যক্তগী কুন্দদা চাকখিবা মৈদুনা
ঐগী থম্মোয় চাকথেক্লা মৈশা পীররি,
নঙগী চাকঙমদ্রবা হকচাংদগী থোকখিবা মৈখুনা
ঙসি ঐগী সংসার মমখরে।
নঙগা কায়নবগী সমুদ্রদা-

ঈরুপলিবা ঐগী মিৎ অনিসিনা
মালেমগী ফজবা উবা ফংদরে। (লা.১৭)

অনুতাপকী চৈনা ফংলবা কবিনা মাগী চান্নবীগী মফমদা লৌনম তৌরুবা, চান্নবীগী অশেংবা মক্রুবা থম্মোয়বু মীরাইরুবা, মীচেন ওইদুনা চান্নবীগী থম্মোয়বু মচেৎ তানা কায়হনখিবা- ওইদবা নমথাক্কী তৌশিন্নবা ৱাশক্লা থাজহনখিবা- পুম্নমকসিগী দোষ কনানা ফংগনি? দোষনা দোশি ওইদুনা ঙসিদি কবিগী সংসার মমহনখ্রে। মদুনা কবিনা-

ঙসি ঐগী কোকথক্তা পুরিবা পাপকী পোৎলুমসে
ঐনা নুংশিববু হাৎলুবগীনি। (লা.১৭)

হায়না ফোঙদোকপা নত্তনা করিদি উপায় লৈরি! অমুকসু মখা তারি-

মীনম্বগী লৈচিলনা কুপ্লবা লান্মী ঐনা
সমাজগী থৌরবা থাঙ পায়দুনা
নঙবু হাৎখিবনি, হে নুংশিবা। (লা.১৭)

কবিনা 'নুংশিবা' হায়বা আত্মাগী ওইবা লোয়নাইদ্রবা থম্মোয়নুংদতা লৈবা মশক অসি লৈখা তাহনখি, থুংনবগী ৱাংমদা কায়নবনা পোলোয়গী পচ্ছুং শেমখি। ৱাংম-ৱাংমগী পুন্সি ঈচেলদা চৎনখি। মতাংসিদা কবিনা নুংশিবা হায়বা অসি অহিংবা তাইবঙ মীগুম্না পার্সোনিফাইদ তৌদুনা উৎলি। অসিগুম্বা নুংশিবা মাংহনবসি হাৎপগা মান্নে। আত্মাগী ওইবা মরীদু থদত্তুনা- খাংঙমদবা চৈনা অমা পীরম্বসি নুংশিববু হাৎপনি। মপানথোংগী ফিজিকেল ওইবা মশক্তু নত্তে, মসিদি নুংদা লৈবা স্পিরিচুয়েল সোল অদুনি। মসিদি মী হাৎপদগী হেন্না চাওবা মরালনি। ঈশ্বরতনা দন্দি পীগদবনি। অসিগুম্বা মরালগী দন্দি অসি কনানা ফংফম থোকপগে? ৱাহং অসিগী পাউখুমদি কবিনা পীবা তারবরা? তশেংনা হায়বা তারবদি- কবিদি পাপ চেল্লবনি- তাইবঙপান থাদোকখ্রবী মহাক্তুদি পুন্যগী লম্বীদা চৎখ্রবনি। মদুনা কবিদি তাইবঙপানসিগী চৎনবীগী ৱাংমদা লৈখ্রবনি। অঙাওবগা পাংখকনি। অলেক্স কমফোর্টকী ৱাহৈদা 'লুনাসি ইজ এ নোর্ম, সিনিসিজম ইজ এ দ্যুটি' (**রোমান্টিসিজম**, ১৯৬২, লা.২৭৩) হায়বদু ওইরবনি।

কবিগী অতোপ্পা শৈরেং খরা- 'নীংশিংবা', 'আশাগী য়েন্নিং' অমদি 'হৌখ্রবা মীৎকুপ অমদা'- নচিংবা অসিদি ট্রেজেদিদা য়ুম্ফম ওইদে।

রোমান্টিক লোঙ্গিংস, মেমোইর, ইনফিনিটি ওফ লভ -নচিংবগী মীৎয়েংদা শাগৎপনি। রোমান্টিক এগোনিগী মশকসু য়াওরি। অহানবগী শৈরেংদা কবিনা মাগী মতম অমগী চান্নবীবু নীংশিংবনি। অহল ওইশিল্লক্লবা কবিগী পুন্সিগী খোঙচত্তা- তাইবঙগী চৎনবীসু অহোংবা লাকখ্রে। অদুম ওইনমক কবিগী থম্মোয়দগী মাগী মতম অমগী চান্নবীবু নীংশিংদবা ঙমদে, কাওগে খনবসু ঙমদে। মদুনা কবিনা মাগী চান্নবীবু কাওবা ঙমদবা ইনফিনিটি ওফ লভ-কী মশক অদু অসুম্না ফোঙদোক্লি-

চহিনা মরোল থুপ্লদা
পৃথিবীগী লৈরোলদা চংখ্রবা
নিংশিংবগী অমৃত ঈচেলদো
লান্মৈ চাকপদসু য়াওখিদ্রে। (লা.২৬)

অমকপা য়াওদ্রবা অশেংবা নুংশিবা, অমর ওইরবা নুংশিবা অমদি আত্মাগী ওইবা নুংশিবা- নুংশিবা অহুম অসিনা তিল্লবা কবিগী থম্মোয়গী নুংশিবা -কবিগী পুন্সিগী অরোয়বা মীকুপ ফাওবদসু মুৎনাইদবা নুংশিবা ওইহৌরে। 'আশাগী য়েন্নিং' হায়বা শৈরেংদনা কবিগী মঙলান্দা মাগী কায়নখ্রবী চান্নবীনা তৎতনা কায়হৌরি। হৌখ্রবা পুন্সিগী ইতিহাস ওইহৌরবা ৱারীশিং অমদি থৌদোকশিংনসু কবিগী ৱাখল মঙলান্দা মঙফাওনহন্দুনা কবিগী পুন্সিগী মীৎকুপ খুদিংদা ঈরাক্লহল্লি। মসিনা কবিগী থম্মোয়দা লাংতক্লহল্লি। চান্নবীগা কায়নখ্রবা মতুংদদি কবিগী পুন্সিনা পুন্সিবু মশক খঙলকই অমদি নুংশিবগী মগুন, মতিক ময়াইসু খঙলকই। কবিনা হায়রি -

ঐগী ৱাখলগী মঙলান্দা ...
কায়নবদা মাংখ্রবা নুংশিবনা
থম্মোয় থোংদা হন্না ফুররবদা ...
পুন্সিনা পুন্সিবু মশক খঙলকপদা
থম্মোয়দা থম্মোয়না হংলখি
অৱাবা অমদি নুংঙাইবগী মরক্তা
নুংশিবগী শক্তম্না লেপ্লরবদা
কায়নবনা থুংনববু কৌরগা
নঙবু ঐগীনি হায়ররি। (লা.৩১)

মসি নুংশিবগী লোয়নাইদ্রবা মশক্লা থম্মোয়দা পীরকপা ঈথিলনি। স্বিজ সাইকিয়াত্রিক, সিগমন্দ ফ্রয়াদ (১৮৫৬-১৯৩৯) অমদি সি.জি. য়ুং (১৮৭৫-১৯৬১) না হৌদোক্লম্বা ড্রিম সাইকোলোজিগী ৱাখল্লোন অদু

কবিগী শৈরেংসিদা মমি তারি। তাইবঙপানসিদদি ওইথোক্লরোইদবা মঙফাওনররোইদবা পুন্সিগী মশক্তু মঙলান্দদি ওইথোকহল্লি-মঙফাওনহল্লি। মদুনা কবিগী দ্রিম পিকচরদুগী মুর্ত্তি অমা কবিগী পুন্সিগী সংসার অমদা শাগৎপনি। মঙগী ব্রাবু তাইবঙদা অওইবা মান্না ফোঙদোক্লি। মসি লায়না অমনি। রোমান্টিক কবিশিংগী হৌনশানি। পাশ্বে উরক্রবা, উপায় লৈরক্রবা অরোয়বা মীৎকুপ্তা ফংহৌবা খাংঙমদ্রবা চৈনাগী মশক্লি। রোমান্টিক এগোনিনি। অশিববু খৌরাংনা ঙাইবা পান্নকপগী অহানবা খোঙজংনি। ডা. কমলগী ব্রাহৈদা-

অনুতাপনা চাক্লবা থম্মোয়সিবু ঈংহন্নবা
নিদ্রা কদায়, শান্তি কদায়-কদায় থাবল?
খঙলে অনাবনা হেনজিল্লক্লবদা
অরেম্বনি হিদাক, অরেম্বনি সেবা
মৃত্যু মুক্তি মতমতনা হিদাক্লি অথোয়বা।(নীরব রজনী)

অদুগা Albert Camus (1913-1960) গী মীৎয়েংদনা- 'Real despair means death, the grave or the abyss', (**Modern Tragedy**, 1966, p.176)

## নুংশিবগী দর্শণঃ বিশ্বপ্রেম অমদি স্বার্থ ত্যাগঃ

শিবা হায়বসিনা পুন্সিগী অরোয়বা পোলোয়গী পন্থুংনি। হিংববু তাথিরকপগী অমত্তা ঙাইরবা উপায় হায়ববু শিবনি। ৱিল্লিয়ম সেক্সপিয়ার (১৫৬৪-১৬১৬) গী ট্রেজিক প্লে, **রোমিও এণ্ড জুলিয়েট** (১৫৯৫) দা কায়নগদবগী শরুক শিখিবনা শরুক চাম্মা হেল্লি খন্দুনা রোমিও অমদি জুলিয়েট শিমিন্নে। শরতচন্দ্র চট্টোপধ্যায় (১৮৭৬-১৯৩৮) গী উপন্যাস, **দেবদাস** (ইবাঃ ১৯০১, ফোঙবাঃ ১৯১৭) দা পার্ব্বতিগী থোঙ্গালগী খোঙনাংবট মখোঙদা দেবদাসনা য়ু ঙাওবা অমা ওইনা ঈ ওদুনা শিখি। মীওইবনা খম থেংনা ব্রারক্লবা মতমদা, তুংগী আশা উরক্রবা মীৎকুপ্তা-শিববু উপায় ওইনা শিজিন্নে। মদুনা 'শিবা' হায়বসিনা অরোয়বনি- পুণ্যগী লম্বী চৎপনি হায়না লৌনৈ। লাইরমলেন্দদি- মায়াগী সংসার, তাইবঙগী অপাম মীহৌ, জাতি বিজাতিগী খেন্নবা, ধর্ম্ম, অধর্ম্মগী অখুবা মীৎয়েং লৈতে। আত্মাগী অশেংবা মরীদু মফমদুদা লেংদনা লৈ। মীৎয়েং অসি 'মালেমদগী হনখ্রবী থব্রায় অমদা' হায়বা শৈরেংদদি ময়েক শেংনা মমি

তারি। কবিগী মীৎলমদা উখিবা- অদুগা উপায় লৈরক্তবা অরোয়বা মীৎকুপ্তা মথন্তা শোঞ্জখিবা-

মৈ থাদোক্লল্লে লোইনমক
উৎকী মপৈ অদুমতং ঙাইহৌরে (লা.৪৫)

ৱাহৈ খরসিনা অকিবা ফংলবা ট্রেজিক ক্লাইমেক্স অমগী মশক য়েক্লি। কনাগুম্বা প্রেমিক অমনা মাগী চান্নবীগী হকচাংনা মৈ থাদোক্তুনা উৎকী মপৈ ওন্দুনা লৈরল্লবদা করি ওইগনি? হেমলেটকী ৱাহৈ-'টু বি ওর নোট টু বি' (হেমলেটঃ ১৬০১)- কবিনা সোলিলোকি অসিগী ৱাহঙ্খোক ঙাইখিবা তারিব্রা?

'হৌখ্রবা মীৎকুপ অমদা' অমদি 'অঙকপা মতৌ'- শৈরেং অনীসিসু রোমান্টিসিজমগী য়ুম্ফমদা শাগৎলবসু মনুং য়ৌশিনবা নুংশিবগী দর্শণ উৎপদি ঙমদে। অহানবগী শৈরেংদা- কবিগী হৌখ্রবা পুন্সিগী যৌবন মতমগী নুংশিবগী নীংবা থুংখিদ্রবা মশক্তু নৌহৌনা নীংশিংবনি। মসিদা কবিনা মাগী পুন্সিগী খোঙচত্তা কনাগুম্বী অমবু থেংনখি। মাগী থাজবদা অমদি মাগী নুংশিবদা কবিগী থম্মোয়সু মচু শংখি। কায়নগনি খঙনা খঙনা কবিনা মাবু থম্মোয়শেংনা নুংশিখি- কায়নবনা পোলোয়সু ওইখি। কবিগী ৱাহৈদা-

নঙগা করিগীবু খঙনরম্বা
কায়নগনি খঙনা খঙনা,
আশাগী অরোইবা চেনাদা
ৱাহৌদোক কয়া ইগে খনখি। (লা.৩৭)

অমুকসু মখা তারি-

ৱাখলগী কাচিন্দা লোৎখ্রবা নঙবুদি
অদুম ফংবা ঙমখিদ্রে। (লা.৩৮)

অনীশুবা শৈরেংসিসু কায়নবনা য়ুম্ফম ওইবা নুংশিবগী নীংশিং মুর্ত্তি অমা শাগৎপনি। মসিদা খেন্নবা হায়ববু কবিনা মাগী কায়নখ্রবী চান্নবীবু নিংশিংবনি। কায়নবগী শিঙ্খিবা মিৎলু অনীগী পিরাংগী ঈচেল, পীরাংনা চোৎলবা মিৎলু অনীগী ৱারীনা- নীংঙমহৌদবা থৌদোক কয়া ওইখি। কবিগী যৌবন পুন্সিগী ইতিহাসকী শরুক অমা ওইনসু লৈখি। তুংলমচৎতনা কবিগী থম্মোয়দা মেমোইর ওইহৌবা- হৌখ্রবা থৌদোক ৱারীনা কবিগী পুন্সি খোঙচত্তা লমদল্লকপনি- কবিগী দে ড্রিমগী পীকচর

অমা উৎপনি। কবিগী পুন্সি দাইরিগী লামায় ফাক্কুনা কায়নবগী শাংলবা লম্বী অদুদা অমুক নৌহৌনা চৎকে খল্লকপা মিৎকুপ্পুনি। মসি নীংবা থুংখিদ্রবা নুংশিবগী মচরিৎনি। কবিনা ইরি-

ইতিহাসকী লৈরায়দা
হন্না হন্না য়েররবদা
নিংশিংবগী মচাক কয়ানা
লেপ্পনা মচু শঙলরি
কায়নবদা ময়েক চামখ্রবা
মল্লবা চেনা অমদা। (লা.৪১)

কবিগী নুংশিবদি থুংনবা নত্তে, থুংনগে হায়দুনা নুংশিখিবসু নত্তে- কায়নববু ঈখৌলাংবা, কায়নবনা নুংশিবগী পোলোয় ওইবা মশক্তুবু লাংতক্লনা ঙাইজবনি। নুংশিবগীদমক্তা পুম্নমক কখোকপা ঙল্লবসু- নুংশিববু পুন্সিগী মীৎকুপ খুদিংদা নীংশিংদুনা লৈরবসু- তুম্বা চাবা মঙলান ফাওবদা নুংশিবগী সংসারদা ঈরাক্লদুনা লৈরবসু- থুংনবগী ৱাংমদনি। কায়নবগী মশক্তু য়েকপনা কবিগী পান্দমনি। 'কায়নবনা নুংশিবগী খ্বায়দগী ৱাংলবা আদর্শগী মশক্লি'- মসি কবিনা থাজে। মসিনি কবিগী পামজবা মতৌ- পুন্সিগী ফিরেপ। তাইবঙপানসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্তা নুংশিবগী লম্বী থি- পঙ্চুংগীদমক্তা অৱাবা, খুদোংথিবা কয়া মায়োক্লে- পলেম পচৌ অমদি শাগে নাতৈ ফাওবা শিংনদুনা চৎলি- কায়নবনা কৈদৌঙৈদসু অমৃতনি খন্না তরাম্না ওকখিবা লৈখিদ্রি। অদুবু কবি অসিনদি পুন্সিগী ওইনা থম্মোয়নুংদা মুর্ত্তিগুম্না লাত্তুনা লৈহৌগদবা নুংশিবদু পাম্মী। কবি চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০) অমদি ডা. কমল (১৯০০-১৯৩৪) গী বিশ্ব প্রেমদা থাজবা কবিনি। খুদম ওইনা- কবি চাউবগী 'পিথাদোই' শৈরেংদা নোংবান্না তাইবঙদা ৱাইথুংনবা ফংখিদ্রবী থাদোইবু খোইরেন্তক্কী পাম্বা কৈরেলগী খয়াত্তা য়াইবী থৱায় থাখ্রবা ফাওবদা মাগী- আত্মানা চেক্ল পিথাদোই ওল্লগা থাদোই থাদোই হায়না কৌদুনা নুংশিবগী প্রনয় সঙ্গিৎ শকখিবা- অসিগী মতৌ কবিনা থাদোকপা ঙমদে। চাউবগী শৈরেংদা ফোঙদোক্লিবা অমর প্রেমগী দর্শণদি-

কৌখো নপুক্রিং পেন্না
থাদোই থাদোই পি-থাদোই।...
'মালেম থুংনা কোয়দুনা
নীংঙমদবা খোঞ্জেলনা...

খঙলে চেক্লা খঙজরে
প্রকৃতিনা থারকপনি নঙসে
তশ্বীনবা বিশ্বপ্রেম।

ডা. কমলগী 'বিশ্ব প্রেম' শৈরেংদনা স্বার্থত্যাগ তৌবনি। নুংশিববু য়েক্লবগী মফমদা থম্মোয় শেংনা মখুৎ পায়দুনা শিন্নবনি। কুন্দো পরেংদগী হেন্না মমল য়াম্লবা শনরিক পরেং- য়েক্লবগী ঙকশমদা শিবিবনি। ডা. কমলগী বিশ্ব প্রেমগী দর্শণদি-

শনরিক পরেং নুংশিবগী
হুক্তোক্তুনা নুংশিবগী ঙকশমদগী
য়েক্লবদা শিবিবা ঙম্লবা
প্রেমিক কৌই নুপাদু অশেংবা।

কবিনা খনজৈ- থুংনবা তারবদি নুংশিবগী মগুণ মাংশিল্লকই- মমৈথংদা অপাম্বা ওইরকই। মসিদি ফিদমগী ৱাংমদনি- আদর্শ য়াওদ্রবা মায়াগী নুংশিবনি- কাম (লষ্ট) নি। মসিদি ৱাবনগুম্বগী কায়দানি। লৈতাঙ্থেম রামসিংহ (১৯২৩-১৯৮৮) গী উপন্যাস- **জাৎ ওনবা** (১৯৫৪) দা মৈতৈ পাখঙ নবকিশ্বরগা বামোন নিঙোল যামিনীগা চীংদা জাৎ ওন্দুনা পুন্সি লৈপুল শেমখিবগী নুংশিবগী মচরিৎতুনি। পুম্নমকসি শিবগী মীৎকুপ্তুবু খৌরাংনা ঙাইরিবা কবিগী পুন্সিদদি নকশিনবা য়াররোইদবা পনখৈ অমনি।

## এলেজিঃ অৱা তেংথা শৈরেংঃ

লৈখিদ্রবশিংগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলিগা লোয়ননা তেংথাজবা-মখোয়গী মতিক মগুণবু শক শোন্দুনা অৱাবা ফোঙদোকপগী চৎনবী-অঙনবা মতমগী মণিপুরী রোমান্টিক কবিশিংনা মপুংওইনা খুত্থারম্মী। মখোয়গী শৈরেংগী লাইরিকশিংদসু এলেজিদা ইবা শৈরেং অমত্তং ওইরবসু য়াওবা থেংনৈ। মসি কবিশিং অসিনা লৈখিদ্রবশিং অদুগী মফমদা সন্মান, শ্রাদ্ধা, নীংশিংবা অমদি ভক্তি কচ্চবগী মশক্লি। পুখ্রম্বম পরিজাৎ (১৮৭২-১৯৪২),কবি চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০), হিজম ইরাবত (১৮৯৬-১৯৫১), মীনকেতন (১৯০৬-১৯৯৫) অমদি খুমন্থেম ইবোহল (১৯২৪-১৯৮৮)- নচিংবনা মায়কৈ অসোমদা চংশিন্নবা হোৎনরম্মী। ২১শুবা চহিচাগী অহানবা দিকেদ অসিগী মনুংদনা কবি য়েংখোম কে বি না ট্রেদিসনেল পোইটশিং অসিগী খুৎই অসিবু নৌহৌনা লৌশিল্লগা-

মশাগী ওরিজিনেলিটি অমগা লোয়নন্না ক্রিয়েটিভ আর্ট ফোর্ম অমদা মোর্দন সেন্সিবিলিটি য়াওনা পুথোরক্লি- এলেজিগী সংসার অমা। অঙনবা মতমগী কবিশিংগী ব্রাখল্লোনসু থাদোক্তবা- অনৌবা খুৎই অমবুসু শাগৎনবা লাক্লবা- 'অরি অনৌ অনিগী লংদাইগী মশক' অমা পুরক্লি। তশেংনা হায়বা তারবদি- অসিগুম্বা খুৎই অমদি মফোঙদোক অসি ঙসিগী মণিপুরী শৈরেংদা মোর্দন পোইটশিংনা ইবা লেপ্লখ্রবনি। থম্মোয় শোঙ্থবগী মহুত্তা, তেংথা নাওইনা কপ্পগী মহুত্তা - বুদ্ধি লৌশিংনা নুংগী ওইবা মশক্লা ইঙ্গিৎ নত্রগা সিম্বলনা, ইমেজরি নত্রগা মেটাফোরনা উৎননবা লাক্লরে। মসিদি সাহিত্য নৈনরোয় খরতগী ওইবনি। সধারন মীচমগীদি খক ওইবা য়াবা নত্তে। মদুনা এলেজি হায়বসিমক্তবু- '... mournful contemplative, especially it laments a death' (Sylvan Barnet & others, eds., **An Introduction to Literature,** 1961, p. 368) হায়না অখণ্ড অহেশিংনা মোত পীনরিবনি। কবি য়েংখোম কে বি- সধারন মীয়ামগী অইবনি। মদুনা মীচমগী ওইবা লোন্দা পুদাদা, অচম্বা সুর অমদি ছন্দদা এলেজি ইবা হৌরকখি। কবিনা মাগী শৈরেং লাইরিকসিগী অহৌবদা 'কচ্চবা' হায়না মমিং থোনবা ব্রাহৌ অসিদা মনুং মতম চাদনা লৈখিদ্রবী মচেম মধুমালতী (১৯৫৩-১৯৮৪) গী স্মৃতিদা থম্মোয় শেংনা লাইরিকসি কচ্চদুনা মঙ্গলাচরণ তৌজরি। মসিনা এলেজিগী অহৌবা শরুক ওইরগা- 'হয়েংগী নুমিৎ', 'ইতিহাসকী ইন্দিরা' অমদি 'কায়নবগী মীৎকুপ অমদা' হায়বা শৈরেংশিং অসিনা লাইরিকসিগী এলেজিগী শরুক অমা ওইরি।

'হয়েংগী নুমিৎ' (ইবাঃ জুন ২৩, ১৯৮০)- হায়বা শৈরেংসিদা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ওইরম্বী ইন্দিরা গান্ধী (১৯১৭-১৯৮৪) গী তুংগী আশাগী মঙাল ওইরম্বা মচানুপা অতোনবা সঞ্জয় গান্ধী (১৯৪৬-১৯৮০) না জুন ২৩, ১৯৮০ দা ইখঙ খঙহৌদনা প্লেন কায়বগী থৌদোক অমদা লৈখিদ্রবদা -ইন্দিরানা ভারতকী রাজনীতিগী থৌরম থৌদা কাওবমখৈ মচাগী নুংশিবদা মচাগী কায়না-মৈনা হেনখিবনা ঙাওখিদুনা-

*ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা*
*তোপ তোপ্লা ইচা লমহেনবা*
*ইমাবু ব্রারৌনা চৎখ্রবোই,*
*ঙন্না য়াহিপ তানখ্রবোই।...*

হল্লকখো লাউনে অমুক্তদি
ইমাগী তম্পাক্তা শান্নরখো।
কাউবা ঙমদেনে পলেমদি। (লা.৯)

হায়না তেংথারি। শৈরেংগী পরেং খরসি- 'নুংঙাইবগী মনুংদা অৱাবা' হায়বা পুখ্রম্বম পরিজাৎকী এলেজাইক পোইম অদু নীংশিংহল্লি। পরিজাৎকী শৈরেংসিদনা রাবনগী মচানুপা বীরবাহুনা মায়োক্লবা লানফমদা পুন্সিনা বালিদান কৎখ্রবদা নুংগুম্লবা রাবনগী থম্মোয়দা মচা নুংশিবগী বাৎসল্য প্রেম পোকখি। মচা কায়নবগী মৈনা চাকখি। ইন্দিরা গান্ধীসু মচানুপা সঞ্জয় গান্ধীনা লৈখিদবদা ফাওরিবা অৱাবা কয়া অসিগা থোইনা খেন্নবা লৈতে। পরিজাৎনা মচানুপা বীরবাহু লৈখিদ্রবদা তেংথারিবসি য়েংসি-

হা বিধি নোংদম্বা!
তাইবংপান হায়বা অসিদি
নংগী লীলা শান্নফমনি
মীনা ৱাবা অসিবু
নংদি য়েংবা নুংঙাইবোই
মচানা ৱাবা ঊরগা
মপানা হেন্না ৱারীবনি।...

'ইতিহাসকী ইন্দিরা'' (ইবাঃ ওক্টোবর ৩১, ১৯৮৪) হায়বা শৈরেংসিনা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ওইরম্বী ইন্দিরা গান্ধী (১৯১৭-১৯৮৪) না ইখঙ খঙহৌদনা ওক্টোবর ৩১, ১৯৮৪ দা মাগী পার্সোনেল গার্দশিংগী নোংমৈ গুলিদা পুন্সিগী অরোয়বা য়াহিপ তানখি। মীনুংশি য়াওদ্রবা শাগী লিচৎ অসিনা মরম ওইরগা ইন্দিরাজিনা সংসার থাদোকখ্রে তাবদা কবিগী থম্মোয়দা নিংঙমদবা ফাওখি। গান্ধীজিনা লৈখিদবদা জৱাহরলাল নেহরুনা 'দি লাইট হেজ গোন আউট' হায়না তেংথাজখিবগুম-কবিনা তেংথারি-

ভারতকী থাউমৈ
পৃথিবী থুংনা ঙাল্লম্বা
মাংখরে মুৎখরে ঙসিদি (লা. ১২)

হায়না তেংথাবগা লোয়ননা নেহরু (১৮৮৯-১৯৬৪) গী মমোম ওইনা ফংজখিবা, গান্ধীজি (১৮৬৯-১৯৪৮) গী লমজিং মখাদা মাগী ফিদমদা-পুন্সিগী ফিরেপ ঙাকখিবী ইন্দিরানি হায়না ফোঙদোক্লি। ইন্দিরানা ভারতপু মালেম অসিদা শক্তাক্লবা হোৎনরম্মী। মাগী মতিক মগুন অমদি লৈঙাক

থৌরমনা ভারত অসি ঈংনা শান্তি ওইনা চান্ন-চিন্ননা পাল্লম্মী। অদুবু মপুদা ওনশিনবা মীনাইগী খুৎতা ইন্দিরাগী পুন্সি লোমখি। মতাং অসিবু কবিনা পেন্দবা ফোঙদোক্লুনা হায়রি-

মপুদা হুইনা চীকখিদে,
মীবুদি মীনাইনা হাৎখরে,
ইন্দিরা গান্ধী নোঙ্গাখরে,
ঙসি কোরৌ নুমিত্তগী
ইতিহাসকী ওইখ্রে। (লা. ১৩)

ইন্দিরা গান্ধীনা লৈখিদবসি ভারতনা যুগ কয়া চংনা হোৎনদুনসু মেনখৎপা ঙম্লরোইদবা অচৌবা যুগ পুবা মাংজবা অমনি। ইন্দিরাদি ভারতকী ইতিহাসকী থৱানগুম মঙাল নাইরবী চরিত্র অমা ওইহৌরবনি। অশাংবম মীনকেতননা পন্দিৎ নেহরুনা লৈখিদবদা তেংথাজখিবদু - মতাংসিদা নীংশিংবা য়াই। কবিগী তেংথাখোলদি-

অহিংশাগী মশক্তম
বাবুজীগী মশায়োল
শান্তিগীনা লাঙ্ঙান
রাষ্ট্র জগৎকী ফিদম
ভারতকী মায়রোং
পন্দিৎ জৱাহরলাল নেহরু
নোঙ্গাখরে-
মাংখ্রে শক্তি
তাকখ্রে আশা
মুৎখ্রে ধ্রুবতারা (কপ্পু ইমা কংলৈপুং, কনসি পেন্না ঙসিদি )

কবি য়েংখোম কে বি গীনা -

বাপু গান্ধীগী মরুমদা
পুন্সিগী ফিরেপ ঙাকখিবা,
লৈম ফমদা ফমখিবী
লৈবাক ঙাকপগী থৌরমদা।
ইন্দিরা নত্রগা ইন্দিয়া
খেৎনবা লৈতবা মীংলেননি।
ঙসিদি ইন্দিরা কদায়!
হয়েংনা ইন্দিয়া কদায়দা! (লা. ১৩)

'কাইনবগী মীৎকুপ অমদা' হায়বা শৈরেংসিদি কাছাড় লমদমগী মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা -ইরুংবম চন্দ্রসিংহ (১৯০৪-১৯৯৪) না সেপ্টেম্বর

৭, ১৯৯৪ দা তাইবঙ চেংজেল লোইদুনা মপু মাগী খুয়া তানখ্রবদা - কবিনা সাহিত্যকার অসিবু নীংশিংদুনা নীংঙমদবগা লোয়ননা তেংথাজবনি- থম্মোয় শোক্লা অৱাবা ফোঙদোকপনি। লময়ানবা সাহিত্যকার অসিনা হিংলিঙৈদা মণিপুরী লোন্না ভারত সংবিধানগী ৮ শুবা সেদ্যুলদা চনখিবা নুমিৎ, আগষ্ট ২০, ১৯৯২ দা -'ঐদি হৌজিক পেল্লে, ঐ হৌজিক শিরবসু য়ারে' হায়দুনা হরাও নুংঙাইবগী ঈথক্কা ঈরোইননা কবিগী মফমদা ফোঙদোক্লম্বা- মজাতিগী লোন অমদি সাহিত্যবু অসামগী কাছাড় লমদমদা বাংলা অমদি অসামী সাহিত্যগা থাক মান্ননা পুখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাঙ য়ারম্বা-সাহিত্যকার অসিগী অবদান শিংথাদুনা লোইবা নত্তে। মণিপুরী সাহিত্যগীদমক্তা পুন্সিগী য়াচংবা মতম ফাওবা খুৎতা খোর্জে পায়খিবা- লাইপোক ওইখ্রবা চন্দ্রসিংহনি। কবি মীনকেতনগুম সাহিত্যগী থৌদাঙ য়াখিবা -মহৈ য়ানখিবা মপোকনি। মাগী মতম লোইরদুনা ঈশ্বরগী খুয়া তানখিবসিনা কাছাড় লমদমগী মণিপুরীশিংগীদি লমজিং মৈরা মুৎখ্রবনি। কবিগী ৱাহৈদা-

মৈরা মুৎখ্রবা লমজিংবনা
নোংলৈ নুংশিৎকী শাফুলক্তা
কদোমদা চৎকনি খনজানরি। (লা. ৩২)

ঈরুংবম চন্দ্রসিংহদি পোকপগী মহৈ য়ানখ্রবা- মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসকী লমায়দা সাহিত্যকার অমা ওইনা লাচনখ্রবা- অমর ওইখ্রবা অইবনি। কবিনা মখা তারি-

নীংতম্বগী সমুদ্রদা তাওদুনা
নুংঙাইবগী অতিয়াদা পাইদুনা
পোকপগী মহৈ য়াল্লে খনখিবা।...
লেপ্তবা মালেমগী লৈরোল শেম্বদা
ইতিহাসকী ফিজোলনা
মতম চানা ফিরোই হোংখরে,
শাংলবা পুন্সিগী চায়রবা ৱারীশিং
খোমজিন থুপচিনবদা মায় পাকখরে। (লা.৩২)

কবি চন্দ্র সিংহনা হিংলিঙৈ মতমদা মঙজরম্বা মঙলান অমদি আশা চাউনা খনজরম্বা- পুম্নমক্কু তাইবঙদা অচুম্বা ওইরকখি। অশেংবা পুন্সিগী খোঙচৎতা থেংনখি৷ নুংশিখিবা কবিনি। কবি অসিগী লেংদ্রবা মীংচৎকী উরোঙনা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈমায়দা খিন্দুনা লৈহৌরগনি হায়বগী দর্শণ

য়াওরি মীৎয়েংদি মান্নদ্রবসু কবি অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ (১৯০৭-১৯৪৪) গী 'স্মৃতি' (ইবাঃ দিসেম্বর ১, ১৯৩৯) হায়বা সোনেট অদুগী অরোয়বা পরেং খরদু নীংশিংবা য়াই -

মীওইপোক্কী লাইশিংগী অফ' থৌগী মনিনে
মাঙফদ্রবা ফম্বান্দা খিল্লম্লবা উরোংনে
বিশ্ব তাইবং পানবনা কপ্পা কপ্পা লোইখিনি
নুংদা ইবা ঐখোয়না নোক্লা নোক্লা লৈহৌনি।

মণিপুরগী লৈহাউদা পোকখিবা- মাগী লৈশাদা চাউরকখিবা- শক্লাইখিবা কবিশিংনসু মণিপুরী সাহিত্যগী লৈখিদ্রবা কবিশিংগী মফমদা থম্মোয় শোক্লা তেংথাজবা-এলেজিগী শৈরেং কয়া ইদুনা ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়নননা প্রার্থনা কচ্চখিবগী মতাং কয়াসু থেংনৈ। মীনকেতন্না মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা উপন্যাসকার অমদি কবি, ডা. কমলনা লৈখিদবদা তেংথাজখিবা- 'কমলদা', খুমন্থেম ইবোহলনা নোঙ্গাখ্রবা কবি চাউবগী মফমদা কচ্চবা প্রেমাঞ্জলি- 'নোঙ্গাখ্রবা কবি' (ইবাঃ ১৯৫০), রা.কু. ঝলজিৎ (১৯২৪-) নসু মাগী ওজা কবি চাউবনা লৈখিদবদা থম্মোয় শোক্লা অৱাবা ফোঙদোক্লুনা কপচখিবা-'চাউবা কবিনা লৈতবদা' (ইবাঃ ১৯৫০) অমদি রা.কু. মধুবীর (১৯৪২-২০০৪) না মাগী **নুংশিরবা মরুপ**, মণিপুরী সাহিত্যগী উপন্যাসকার, লোইতোংবম পাচা মীতৈ (১৯৪৩-১৯৯০) না ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবদা নুংহিক্লনা কপচখিবা, 'পাচা লৈখিদবদা' (ইবাঃ ১৫.৫.১৯৯১)-নচিংবা লৈখ্রে। পুন্নমকসিদগী কবি য়েংখোম কে বি গী এলেজি অসিনা মশক্তা, মওঙদা, খুৎই অমদি মফোঙদোক্তা খেন্নৈ- তোঙান্না লৈ। শুপচিন্না হায়জরবদা- কবি য়েংখোম কে বি -মণিপুরী শৈরেংগী রোমান্তিক পরমপারাদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রবা- ত্রেদিসনেল আইদিওলোজিবু পামজবা রিভাইভেলিষ্ট অমনি। রোমান্তিক কবি ওইরুবনা- অৱাবগী, কায়নবগী ঈশৈ শক্লিবা প্রিয়ে থাদোইগুম্বনি। নোংমদি মণিপুরী সাহিত্যগী শৈরেংগী ঈচেলদা কবিগী খোঞ্জেল অমা তাবা ফংলকখিগনি।

## গোপেশ্বর ঔগ্রীথেনবগী শৈরেংদা মতমসিগী মশক

**মতমসিগী** সমাজগী মশক, চৎনবী অমদি ৱাখল্লোনবু মণিপুরী শৈরেংদা মপুং ওইনা উৎলিবা গোপেশ্বর ঔগ্রীথেনবা (চন্দ্রখোঙ, থৌবালঃ ১৯৫২-) মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা ইং ১৯৮০ দগী খোঙ থাংজিনবা হৌরকখি। তাইবঙ সাহিত্য লুপ, চন্দ্রখোঙ (১৯৯৯) গী তাইবং সাহিত্য পব্লিকেসন্সনা পুথোকপা চহিগী ওইনা ফোঙবা সাহিত্যগী চেফোঙ, **তাইবং লীকফম** (নভেম্বর, ২০০০) গী এদিটর ওইখ্রে। মশানা ইবা শৈরেং খরা- থম্বালনু সাহিত্য মরুপ, য়াইরিপোক (জানুৱারি ৩, ১৯৯৩) কী থা ৬/৬কী সাহিত্যগী চেফোঙ, **থম্বালনু** (জুন, ১৯৯৩) অমদি চহিগী চেফোঙ, **থম্বাল** (এপ্রিল, ২০০৪), মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল (জানুৱারি ১৬,১৯৯৬) গী থা ৬/৬ কী চেফোঙ, **য়েন্নিং** (সেপ্টেম্বর, ১৯৯৭) -নচিংবদা ফোঙখ্রে। **অঙাঙবা থম্বাল** (২০০১) অমদি **লমজিং মৈরা** (২০০৪)- নচিংবা এন্থোলোজি অনীসিদসু শৈরেং ফোঙখ্রে। কবি অসিগী **ঙসিগী লৈবাক্লে** (২০০৬) হায়না মমিং থোনবা- শৈরেং ৫৮ গী পুনশিনবা লাইরিক অসি ইং ২০০৬, মার্চ ২০ দা ইম্ফালগী কংলাদা ফোঙখ্রে। লাইরিক অসিদা সাহিত্যগী সংস্থান অমা ওইরিবা **কংলৈপাক লোয়ন শিল্লোন অপুনবা মরুপ** (কলম: ২০০২) না সাহিত্যদা পীবা মনা **সোমানন্দ লৈশাংথেম নীংশিং লোয়ন-শিল্লোন মনা**- অহানবা ওইনা ইং ২০০৭ দা পীখ্রে। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিং অসি কবি অসিনা মার্চ ২০,২০০০ দগী ফেব্রুৱারি ২৮,২০০৬ ফাওবদা ইখিবা ঙাক্তনি। চহি ৬ অসিগী মনুংদা কবিনা উখিব, থেংনখিবা, থম্মোয়দা মমি

তাখিবা অমদি খনখিবা- মণিপুরী সমাজগী মশক, চৎনবী, ৰাখল্লোন অমদি মতম মতমগী ওইখিবা ফিভম মওঙ -নচিংবা অদুগী ফোটোগ্রাফনি। খুঙ্গং পুন্সিগী মশক্কা ঈরোয়নবা ঙসিগী সমাজসিগী মশকশিং অদু মাগী শৈরেং লাইরিকসিদা মপুং ওইনা উৎনবা লাক্লরি।

**ঙসিগী লৈবাক্লে** (২০০৬)- লাইরিক অসিগী মীংথোলসু ওইরিবা 'ঙসিগী লৈবাক্লে' - ঙসিগী, হৌজিক হৌজকমক্কী মণিপুরী সমাজগী মমি তারিবা -অখাঙ কনবী মৈতৈ নুপী কয়াগী মশক য়েক্লিবা- নুপী সমাজনা ঙসিগী মণিপুর অসিদা কদায় ফাওবা থৌনা ফনা থৌদাঙ য়াবগে হায়বদু উৎলিবা- শৈরেংনি। আমর্দ ফোর্সেস স্পিসিয়েল পৱারস এক্টকী মখাদা লাঞ্জদ্রবা মীওই কয়া মরাল শিজিনবীরি, কয়া অমনা পুন্সি লোমহনখ্রে। অসিগুম্বা চিরবা মতমসিদা মৈতৈ নুপীশিংনা তুমিন্না খাঙদুনা লৈথোকপা ঙম্লক্রে। মখোয়সু মমা ওইবীশিংনি। মীওই লাক্ষ কয়াগী মমাংদা মখোয়না মরাল লৈজদ্রবা মচা লাক্ষ কয়াগী মথ্বায় কনবা পাম্লকখি। মখোয়দা কালেনগী মৈশা থৌওইদে। দিসেম্বর ১২, ১৯৩৯ গী নুপী লান নিংশিংই। থৌনা ফবী নুপী কয়া কালেন্থাগী লৈবাক্লেগুম চোংথোরকই। কবিনা মৈতৈ নুপীবু 'মতমগী লৈবাক্লে' ওইনা সিম্বলগী মশক্তা শাগত্তুনা অসুন্না উৎলকই-

হেনগৎহল্লে কালেনগী মৈশা
মৈশাগী মৈথেংদা
লৈত্রক চৎলে।
মালেমগী লৈমায়।
মতমসিদা থিনগৎলকই
অখাঙ-কনবী
ঙসিগী লৈবাক্লে কয়া কয়া
মীওই লাখ কয়াগী মীৎমাঙদা। (লা.৪৭)

কবিনা মণিপুরী শৈরেংদা সিম্বল শিজিন্নদুনা ঙসি ওইরক্লিবা অমদি ওইখ্রবা মণিপুরগী সামাজিক অবস্থা উৎনবা লাক্লে। 'মৈখু চুখ্রবা হকচাং', 'ঐখোয়গী ফুঙ্গা', 'লাই-ফদিবী' অমদি 'হুই মমৈ পানবা' -নচিংবা শৈরেং খরদসু সিম্বলগী চাংয়েং তৌরি। মতমসিগী পুন্সি মহিং অমদি সমাজগী মশক য়েক্লি। ঐখোয়না মণিপুরী শৈরেংগী ইং ১৯৭০ গী মমাঙদা থেংনখিবা লাইশ্রম সমরেন্দ্র (১৯২৫-) গী 'হুরানবা মচা' অমদি শ্রীবীরেন

(১৯৪২-) গী 'তাম্বুল হুই' -নচিংবদগী গোপেশ্বর ঔগ্রীথেনবগী 'ঙসিগী লৈবাক্নে' না মশক্তা মওঙদা অমদি ব্ৰাখল্লোন্দা খেন্নবা উবা ফংই।

কবি গোপেশ্বর ঔগ্রীথেনবগী মতমসিগী মমি তাবা শৈরেং খরগী ব্ৰাখল্লোনসু মখা তানা নৈনবা দরকার ওই। মাগী পনবা য়াবা শৈরেং খরদি- 'হৌজিক্কী তাইবঙ', 'মতমগী লৈমায়'থক', 'মপু পান্দবা শায়োকশঙ' অমদি 'মহৈ' -নচিংবনি। 'মহৈ' হায়বা শৈরেংসিদা উৎলিবসি য়েলহৌঙৈদগী লৈমিন্নরক্লবা মীওই কাঙলুপকী মরক্তা নৌনা তোঙান তোঙান্না তাবা পাম্নরকপা (মীঙ্গৌ পাম্নরকপা) অমদি তোঙানবা ফিরেপ অমা থম্নবা হোৎনরকপা- মসিদগী ব্ৰাথোক ওইরক্কুনা শান্তি ফংদ্রবা ইরমদম অমা ওইরে হায়রি। মমৈথংদদি ইরৈচাশিং অসি শারাক নংলবা য়াউমচাগা পাঙ্খক ওইরগনি হায়বগী থাজবা থম্বগা লোয়নমা নুংনাংবা ফোঙদোক্লি। কবিগী ব্ৰাহৈদা -

ঈ-মশেল মরক্তা,
খাইবুং খাইবুং তারে,
মিংগৌগীদমক...
উরুম ফংদ্রবা ইরমদমনি;
নুংশা-মালংদা য়াইফৌ ফৌরিবা।
ইরৈচাশিং ...
ওইরে, হৌজিক্তি
শারাক নংলবা য়াউ মচা। (লা.২)

মতাংসিদা কবিনা ফ্যুচরিজমগী ব্ৰাখল্লোন অমা পুশিল্লকই। মণিপুরী প্রজাদা ব্ৰাখল্লোন অসি মাংজৌননা খঙহনবা পাল্লি। তুংগী ফিরেপ অমা ঙল্লিঙৈদা থমহৌবা দরকারনি। ফ্যুচরিজমগী ব্ৰাখল্লোন অসিমক্তি মীরমগী সাহিত্যদা ঈহৌ অমগা লোয়ননা ইং ১৯১০ দগী হৌখ্রবনি। সাহিত্যদা অহানবা ওইনা পুশিল্লকখিবদি- **MAYAKOVSKY** নি। মানা রসিয়ান সাহিত্যদা মেনিফেষ্টো অমগা লোয়ননা ইং ১৯১২ দা ফোঙখিবা- **POSHCHOCHINA OBSHCHESTVENNOMU VKUSU** (Eng. 'A slap in the Face of public taste') দা চাংয়েং তৌখি। মায়া কোভসকিগী ব্ৰাখল্লোন অসিবু কবি গোপেশ্বর ঔগ্রীথেনবনা মাগী শৈরেংদা অহানবা ওইনা চাংয়েং তৌখিবনি। 'হৌজিক্কী তাইবঙ' শৈরেংদনা ঙসি ঙসিমক্কী মীওইশিং অসিগী হিংবগী মতম খঙবা ঙমশিল্লক্তবা, হৌজিক নত্রগা ঙসি হায়বগী

ব্রাফম লৈশিল্লক্তবা -মীওইবা খুদিংমকসি অশিবগী পোৎলুম অমা পুদুনা চৎলি - অশিবগী থৌদোক কয়াসু তোয়না থোক্লি- (অহল নহা অঙাং হায়বগী খেন্নবা লৈতনা) -মীহাৎ-মীপুন, মীশি-মীনাগী থৌদোকসু মীৎকুপ কাংদনা মালেমসিদা তত্তনা থোক্লি হায়বদু উৎনবা লাক্লরি। মসি মতমসিগী চৎনবী ওইরক্লি। নুংশিবা ঈশৈগী সুরগী মহুক্তা অশিবগী মীকপ মীরাওখোলগী খোঞ্জেলনা মহুৎ শিনখ্রে। মসিদি লমদমসিগী ট্রেজিক সিচুয়েসন অমবু ফোটোগ্রাফিক সিন অমদা উৎপগা পাঙ্খক্লি। কবিনা অসুম্না ফোঙদোক্লি -

মংগুম তোয়রি।
অশি-অনানা য়াকাইরোল শক্লি
নাহেখোন্না তান-থারি।
মিকপ-মীরাওখোলগী সংকীর্ত্তননি ;
নুংহিক খোন্না গন্ধ-চন্দন য়েনবা!
খুৎফম নাইরবা লৈমায়'থক্তা! (লা.৫৫)

কবিগী শৈরেংদা য়েংবা য়াবা মশক অমনা মরৈবাক নীংবগী ব্রাখল্লোন ফোঙদোকপা - পেত্রিওটিজমগী মীৎয়েং অসিনি। মণিপুরী শৈরেংদদি নীলবীর শাস্ত্রী (১৯২৭-২০০৫) গী মমিং পনবদা মতিক চাই। মাগী **অহিং লিক্লাং** (শৈরেংঃ ১৯৫১) অমদি **খোঙজোম তীর্থ** (খণ্ড কাব্য: ১৯৬০) -নচিংবদা মরৈবাক নীংবা পেত্রিওটিজম অমদি নেস্নেলিজমগী ব্রাখল্লোনগী মমি নিংথিনা তারি। কবি গোপেশ্বরগী শৈরেং খরদসু মরৈবাক নীংবগী ব্রাখল্লোন অসিদা ইবা অমদি মসিগী মমি তাবা শৈরেং খরা থেংনৈ। মাগী 'আগষ্ট থা' হায়বা শৈরেংদা ঈঙ্গিৎ ওইনা ইং ১৮৯১ গী আগষ্ট ১৩ দা কাংজৈবুংগী ফৈদাবুঙদা মরৈবাক মরমদমগীদমক্তা নোক্লা নোক্লা ফাঁসিগী শগাইদা কাখিবা বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমদি থাঙ্গাল জেনরেল অনিগী মশক য়েক্লবা হোৎনরি। মখোয়না মজাতিগীদমক্তা কখোল্লস্বা স্বার্থ ত্যাগকী মশক অদুসু উৎলি। শৈরেংসিদা অসুম্না ইরি -

কখোকপগী থৌনা-ফুদোংবা,
অথৌবা কয়া
কল্লক মাঙদা লেন্নররে।
মৈরা কত্তুনা ঈরাৎনরিবা
কুমওন মশিং য়াল্লগা মগুন হেনবা;

তিংখংনা শৌ শাবা খোঙফমদগী
ফাঁসী' সগাই কাখিবা
মিংচৎ উরোং খিল্লমলে
মরৈবাক নীংবগী লৈমায়দা। (লা.৫২)

'মূৎনাইদবা' হায়বা শৈরেংদসু ঙসিগী মীরোলদা নিংতম ৱাখল্লোনগী নীংশিং লৈমায়দা থৌদাং য়াখিবশিংগী মশক অদু উৎনবা লাক্লরি। কবিনা ইরি-

য়েক্ল মায়রোং য়াখিবশিং...
অমম্বদা মঙাল পীরিবা। (লা.৫০)

অতৈ শৈরেংশিং- 'থৱায় হাপ্লীবা' অমদি 'মৈ চুখৎলবা হকচাং'- নচিংবা শৈরেং খরদসু মরৈবাক নীংবগী মমি তারি।

অরোয়বদা -কবিগী শৈরেংদা উৎলিবা মমা ওইবীগী মশক অসি নৈনবা য়াই। 'ইমাগী হকচাং' হায়বা শৈরেংদা কবিনা মেটাফর শিজিন্নদুনা য়েলহৌঙৈদগী লৈমিন্নরক্লবা কাঙলুপ অনিখক্কী মরীদু ফৎচিল্লক্লে হায়না ফোঙদোক্লি। ঐখোয়গী অপুনবগী শক্তম মাংথরক্লে, ঐখোয়গী অমত্তা ওইবগী লীংজেল লৈরক্লে। মমৈথঙদদি ইরমদম অসি অশিবগা পাঙখক ওইরক্লনি হায়বগী থাজবা থল্লি। 'থৌনা ফবী', 'মমাগী পুকচেল' অমদি 'তীলকোক লায়কোক' -নচিংবা শৈরেংদসু নুপী ওইবীগী শক্তম্বু মমা অমা ওইবগী মুর্ত্তিদা শাগত্তুনা- মমা অমা ওইবগী তোঙান তোঙানবা ফিদমনিংঙাই ওইবা মশক্তু উৎলি।

## রাজামনি নোংথোম্বগী গীতি-কাব্যদা ভক্তি অমদি শৃঙ্গার রস

**রাজামনি** নোংথোম্বা (১৯৫০-)- মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মেঘালয় (২০০৪) গী প্রসিদেন্টগী থৌ পুরিবা সাহিত্য সেবক অমনি। মহাক কবিনি, উপন্যাসকারনি, পুম্নমকসিগী মথক্তা ৱারীমচা ইবা অমসুনি। মাগী ফোঙখ্রবা লাইরিক খরদি- গীতি কাব্যদা **ঈশৈ ময়েক** (ভোল্যুম ১ঃ২০০৩), **নোংমদি লাক্কে ভিক্ষারী ওইনা** (২০০৪), **লমদমসিনি মণিপুর** (২০০৫), **গোকুলগী অমুবা থাজা** (২০০৪), শৈরেংদা- **বাড়াপানী ঈথৎতা** (২০০৩), **খোঙ্গুল লীবা** (২০০৫), **উমং লাইরেম্বীগী তেংথা** (২০০৫) অমদি উপন্যাসতা- **হল্লকখিনি** (২০০৬)- নচিংবনি। ইং ১৯৭০ দগী সাহিত্যদা কখোল্লবা অইবা অমা ওইনা খোঙ থাংজিনবা হৌরকখি। ইবগী মপুং ওইবা থবক অমদি লাইরিক ফোঙদুনা অইবা অমা ওইনা শক্তাকপা হৌখিবদি- শিলংগী বাড়াপানীদা মেঘালয়গী নাগরিক ওইরবা মতুং- কুনমাথোইশুবা চহিচাগী অহানবা দিকেদ চংলকপদগীনি। মণিপুরী সাহিত্যবু মপাল লমদা শক্তাল্লবা লাল্লবদা অমদি মেঘালয়গী শিক্ষা বিভাগতা মণিপুরী লোনগী মফম অমা কন্নবা হোৎনবদা চাউনা মায়পুনরিবা সাহিত্য কর্ম্মী অমনি।

কবি অসিগী ভক্তি অমদি শৃঙ্গার রসতা মপুং ওইনা শৈথাবা গীতি কাব্য, -**গোকুলগী অমুবা থাজা** (২০০৪)- হায়বা ঈশৈ শৈরেং ১০০ গী পুনশিনবা এন্থোলোজি অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লৈরি।

### গোকুলগী অমুবা থাজা (২০০৪)ঃ

গীতি-কাব্য অসি পন্দুপ অনি থোক্লা খাইদোক্লুনা নৈনবা য়াইঃ ১)

ভক্তি প্রেমগা লোয়ননা ঈশ্বরগী মফমদা চংজবা অমদি ২) শৃঙ্গার রসনা মপুং ওইরগা নুংশিবগী তোঙান তোঙানবা শক্লোন উৎপা।

রাজামনি নোংথোম্বগী গীতি-কাব্য অসিগী মপুং ওইবা মশক অসি ভক্তি প্রেমগা লোয়ননা ঈশ্বরগী মফমদা চংজবা- ঈশ্বরগী মতিক মগুণ শক শোনবগা লোয়ননা ঈশ্বরগী তোঙান তোঙানবা শক্তম মুর্ত্তিশিংদু উৎপনি। মসিদা মরুওইনা-শ্রীকৃষ্ণগী অঙাং ওইরিঙৈদগীনা তাইবঙপানবগী মবুংঙো ওইরকপগী শক্লোনশিং য়াওরি। মসিগী মথক্তা কবিনা ঙসি ঙসিমক তাইবঙ মীওইশিংনা নীংন-লাৎনরিবা মহাদেব, গনেশ, দূর্গা, সরস্বতি অমদি ব্রহ্ম- নচিংবগী চরণ থম্বালদা ভক্ত অমা ওইনা মনাই ওইজবা পাম্বা, পূজা তৌজবা পাম্বা অমদি প্রার্থনা কচ্চবনি। মীৎয়েং অমরোমদা য়েংলুরগদি বিশ্ব কবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর (১৮৬১-১৯৪১) গী **গীতাঞ্জলি** (১৯১০) দা উৎলিবা ৱাখল্লোনদু নৌহৌননা রাজামনিগী অহৌবদা য়াওরিবা লাইশোল ঈশৈ (ভজন) দা প্রভাব তারি। মহাকবি বাল্মীকি, ব্যাস অমদি কলিদাসকুম্না -এপিক শৈরেংগী অহৌবদা মঙ্গলাচরণনা শৈহৌ ওইবগুম্না কবিগী ঈশৈ শৈরেং 'লেংশিনবিরো হে প্রভু' হায়বা শৈহৌ শৈরেংসিদা মঙ্গলাচরণ য়াওরি। কবিনা প্রার্থনাসিদা অসুম্না শক শোঞ্জরি-

> লেংশিনবিরো হে প্রভু!
> ঐগী থম্মোয় মন্দিরদা।
> লৈজবা খরদং কচ্চরি,
> নঙগী খুয়া থম্বালদা।
> তাকপীয়ু অচুম্বা লম্বী ,....
> ভক্তি মশক খঙহনবীয়ু। (লা.১)

'প্রভু! খিকপীরো থৌজানগী ঈরিক' হায়বা ঈশৈ শৈরেংসিদসু কবিগী প্রার্থনা য়াওরি। ভক্ত অমনা থম্মোয় শেংনা ভক্তি প্রেম শ্রদ্ধাগা লোয়ননা মবুংঙো মাগী মফমদা চংজদুনা অয়োন-অরান পুম্বা ঙাকপীনবা প্রার্থনা কচ্চরি-

> **তোল্লবা ননাইগী থম্মোয়নুংদা,**
> **মোমোন নোক্লা লেংশিনবীয়ু,**
> **ভক্তিগা লোয়ননা পূজা কচ্চগে।**
> **লানখিবা পুম্না ঙাকপীয়ু। (লা.৪)**

কবিগী অতোপ্পা ভক্তিগা লোয়নবা লাইশোল-ঈশৈ (ভজন) খরদি শিব মহাদেবগী মফমদা চংজবা খুদম- অমদি মতিক মগুনবু শৈথাবদা- ‘হে ভোলেনাথ! হে শিব সঙ্কর’ অমদি ‘ভম ভম ভোলেনাথ’-

পীনহৈবা মবুংঙোনি নঙদি,
ভক্ত কয়াবু চানবীরিবা,
নিরু নিরু খুদিংদা,
থৌজালগী বর পীনবীরিবা। (ভম ভম ভোলেনাথ, লা.১১)

শ্রীকৃষ্ণগী তোঙান তোঙানবা শক্লোন খরবু মুর্ত্তি ওইনা য়েকপগা লোয়ননা মাগী মতিক মগুণ, তৌবা ঙম্বা শক্তি অমদি প্রেমগী শংশংবা স্মৃতিচিহ্ন ওইনা উৎপদা-

হে ঘনশ্যাম! হে মুর্লিধারি’-
‘খুত্তা মুরলি কোক্তা চুড়া,
নপুর মখোলদা রাগ পুরিবা,
সুদর্শন চক্রনা পাপীবু লানবিবা,
অৱা-নুংঙাই অনিগী মপু। (হে ঘনশ্যাম! হে মুর্লিধারি!, লা.৩)

নুংশিবগী অয়ৌবী শৃঙ্গারগী মতাংদনা- ‘থম্না খেঞ্জোং য়াওদনা’ হায়বা ঈশৈ- শৈরেংদা ওইনা চাওবী রাধিকাগী মফমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা চংজিরি-

তনিক তনিকপা খোঞ্জেন্না,
থেমজরি রাধে পুক্লিংগী ৱাহৈনা,
কৃষ্ণনা পামজবদি প্রেমতনি। (লা.৮)

শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙৈ- অপোকপী মমাইবেম্মা যশোদাগী বাৎসল্য প্রেমগী মশক য়েকপদনা- ‘যশোদা মমাগী নাওশুম ঈশৈদা’ হায়বা ঈশৈ- শৈরেংসিদা উবা ফংই। ভজন অসিগী অহৌবদা কবিনা শক্লি-

যশোদা মমাগী নাউশুম ঈশৈদা,
নন্দলালা নুংঙাইনা তুমখুল তাল্লি।
নুংশিনা য়েংজরি মচাবু পেন্না। (লা.৯)

লাইরিক্কী মীংথোলসু ওইরিবা- ‘গোকুলগী অমুবা থাজা’ হায়বা ঈশৈ শৈরেংদনা গোপীশিংগী থৱায় ওইরিবা- রাধাগীনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু মীৎকুপ অমত্তা উদবদা রাধানা লৈঙমদবা-অভিসারিকাগী ৱাখলদা রাধাগী পুক্লিং হকচাং পুম্বা লুপচবা- মবুংঙো মাগী প্রেমগী মায়া লাংদা কুপখিবনা- মবুংঙো মাবু থিবদা ইকায় ইকি ৱাংমা লাল্লকপা -মীমাং পোমাং খঙলক্তবা -নুংশি শৈহৌরকপগী- রোমান্তিক লোঙ্গিংস অমগী মশক্তু উৎলি।

মবেন্মা রাধেনা মবুংঙো মাগী ৱাখলদা লাংতক্লবা অমদি ঈখৌলাংবা পুক্লিংগী লৈতাদ্রবা ফিভমসি য়েংসি-

গোকুলগী অমুবা থাজা !
গোপীশিংগী থৱাই ওইরিবা,
ককঙাওনরে নঙবু থিবদা ...
শিল্লম খঙদা শিল্লংনরে।...
মায়াগী লাংনা কুপখরে,
ইকাই ইকি খঙদরে রাধে। (লা.১১)

'বিন্দাবনগী থৱাই গোপাশিংগী শান্নরোই' হায়বা ঈশৈ-শৈরেংদদি শৃঙ্গারগী মশক য়াওদরে। ভক্তি প্রেম শ্রদ্ধা-না মপুং ওইরগা কবিগী প্রার্থনানা অরোয়বনি। মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ভক্তশিংনা ভক্তিগা লোয়ননা চংজরি। মবুংঙো মবেন্মা (রাধা-কৃষ্ণ) অনিবু তাইবঙপান অসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংগী অমম্বা অমদি অঙানবগী মশক্লি হায়না লৌরি। অতৈ লাইশোল ঈশৈ খরা-'ওঁ গনেশ নমঃ ওঁ গনেশ নম', 'ওঁ ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর', 'খুরুমজরি ইমা সরস্বতি' অমদি 'জয় জয় জয় দুর্গা ইমা' - নচিংবদদি গনেশ, বিষ্ণু, সরস্বতি অমদি দুর্গানচিংবা লাইরেন্মা লাইরেম্বীশিংগী মফমদা প্রার্থনাগা লোয়ননা চংজবা অমদি মখোয়গী মতিক মগুণ-শক্তিবু শৈথাবা অমদি শক-শোনবনা মপুং ওইরি।

কবিগী খ্বায়দগী মনুং য়ৌশিনবা-পুন্সিগী ৱাহন্থোক অমা পীনবা লাক্ল রিবা -শিবা চংবগী চক্রনুংদা তাইবঙ মীওইবনা হিংলিবগী মতাং অমদি অন্তকালগী মতমদা স্ব-পরিবার পুম্নমক্না থম্মোয় শোক্না অৱা-তেংথাগী ধ্বনি-মরী মতা পুম্বগী পীরোয়নবা পীরাংগী শোক্লবা মাইথোঙ-তিংগাকোক ওইবা মশক নচিংববু নেকেদনেস রিএলিটি অমদা উৎনবা লাক্লরিবা-ঈশৈ-শৈরেংদি-'পুন্সিগী অরোইবা খোঙচৎতা' হায়বসি থোইদোক্না নীংশিংবা য়াই। মসিদা কবিনা মাগী পুন্সিগী অহৌবা অমদি অরোয়বগী মশক য়েক্লি। কবিনা অশিবগী ৱাখল খল্লকপা, মীওইবগী পুন্সিসি অমর নত্তে হায়না থাজরকপা অমদি অশিবগা শকখঙনরকপগী মীৎকুপ্পুদা ওইরকপা য়াবা এলেজিগা লোয়নবা ত্রেজিক সিন অমনি। কবিনা মপুক্লিংগী অরোয়বা ৱা ফোঙদোক্লদুনা হায়রি-

পুন্সিগী অরোইবা খোঙচৎতা,
করি পুগে খল্লিবনো ?

লাকপদা করিসু পুরক্তে,
হনবদা করি পুগনি।...
খুৎখৎ তোইনা কৌরক্লে,...
হকচাং পোলাংসু কায়নরে,
কপহৌরি মরী-মতা মরুপ-মপাং। (লা.২১)

কবি অসিগী গীতি-কাব্য অসিদা উৎলিবা মশক অমনা-শৃঙ্গারনা মপুং ওইবা রোমান্তিক লিরিক খরা অসিনি। মসিদা কবিগী নুংশি শৈহৌ, নুংশি পোলোয়, কায়নবগী মৈচাক (রোমান্তিক এগোনি), মহৌশা খুৎশেমগা কবিগা লৈনবা মশকশিং- মহৌশা খুৎশেম্মু শিংথাবনা মপুং ওইবা অমদি কবিগী ৱাখলদা ফাওরকপা পুন্সি পোলোয়গী মতমদা ওইরকপা য়াবা মতাং অমদি পেন্দবা ফোঙদোকপা -নচিংবনি। কবিগী নুংশিবগী শৈহৌদি খম্বা, মজনু অমদি রোমিও ফাওবদগী থাক ৱাংনা লৈ। কবিদি নুংশিবগীদমক্তা থৱায় থাবা ঙম্মী। নুংশিবগীদমক্তা পূম্নমক কখোকপা ঙম্মী। মসিগী প্রমানদি- 'থৱাই ওইনা কৎলম্মু হায়বরা' হায়বা শৈরেংদা উবা ফংই। নুংশিববু তম্বীরম্লগা চৈনা পীরম্মী হায়বগী মতাংদনা- 'নুংশিবদি নঙনা কাইহৌরম্লগা', কায়নবগী মশক অমদি কায়নবগী ফিভম য়েকপদনা- 'হন্দক মপোক লাংওনসিদা', 'চৎলোকো নঙদি লমলানবী ওইনা', 'চুরম্মু মৈরীদো নঙগী খুৎনা', 'মৈরী থোক্তনা তাঙ্গোই ওল্লবরা' অমদি 'কায়নবা অহিং শাংলবা অহিং' নচিংবা। অরোয়বগী ঈশৈ অসিদা কবিনা লম্লানবী ওইখ্রবী মাগীদমক্তা কায়ন-মৈচাক পুহৌরিবসি য়েংসি-

কায়না অহিং শাংলবা অহিং,
ঐগী কপ্লনবা চিক্লবা অহিং,...
নীংশিংবনা চাকহল্লে মৈচাক হাপ্পুনা,...
কায়নবনা থৎলবা নুংশি লম্বীদা।... (লা.৯৯)

অদুগা-মহৌশা খুৎশেমগী ফজবা শিংথাবদা- 'ফজৈদকো নোংঙাল্লমদাই নঙসে', 'চীংগী থম্বাল উথম্বাল', অমদি 'থারিকথা লৈশাৎ তমহৌরো' অমসুং কবিনা অশিবগী ৱাখল খল্লকপা মতাং হায়বদি -শিরবা মতুংদা ওইরকপা য়াবা আত্মাগী ঈখৌলাংবা মশক্তু -ইমাজিনেটিভ ভিঝন অমদা উৎনবা লাক্লবা মতাংদনা -'য়েংলক্কে পেন্না লাইরৈপাক্তগী' অমদি 'ঐখোয় অনি লাকমিন্নখিবা' -মসিদা হকচাং পোলাংগা আত্মাগা অনিগী অরোয়বা কায়নরমদাইগী মশক্তু য়েক্লি।

খুদমঃ নুংশিরবা হকচাং পোলাং !
ব্রারৌরনু নঙনা ঐবু,
মতম লোইরে হল্লগে,
ননিং থুংদে ব্রারৌনুকো। (লা.৭৮),

'উন্নসিকো নোংমা ঐখোয়', 'ঐনা হয়েং শিবদা' অমদি 'থব্রাই চেল্লা! পাইরগেরা' -নচিংবদা পুন্সিগী ব্রাহল্লোক অমদি নুংশিবগী নিংবা থুংখিদ্রবা পেলহৌদ্রবা মশক্তু য়েক্লি। মসিদা কবিগী তোপ তোপ্পা কৃয়েটিভ আর্টকী মশক অদু উবা ফংই। পুন্সিগা নুংশিবগা কৈদৌঙৈদসু লাপথোক্লবা য়াদে- 'লভ ইজ ইটরনিটি' হায়বদুগী ব্রাখল্লোনগী মমি তারি। কবিগী গীতি-কাব্যগী মশক অসি মখা তানা নৈনবা দরকার ওইরি।

# ক্ষেত্রি রাজেনগী শৈরেংদা মেস্কুললিন ব্রার্দ

'A **metaphor** is a figure of speech in which a comparison is made between two objects by identifying the one with the another.'

- *Burns & Mc Namara, **Literature: A Close Study**, 1983, p.169*

ইং ২০০০ গী মতুংদা মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা আশা অমদি শীংনবগা লোয়ননা চোংথোরকখিবা নহা ওইরিবা কবি ক্ষেত্রি রাজেন (থৌবাল: ১৯৬৬-) গী মমিং নৌহৌনা শক্তাকপা য়ারক্লে। মাগী অহানবা ওইনা ফোঙখিবা শৈরেং লাইরিক, **নোংলিক** (নভেম্বর, ২০০৩)- থোইদোক্লা মশক নাইখি। (শৈরেং লাইরিক অসি **Raindrop** হায়না ইংরেজিদা ডা. রোবিন্দ্রো ইরোম্না হন্দোক্লুনা ইং ২০০৭ দা ফোঙখ্রে।) কবি অসিগী অনীশুবা ওইনা **মূর্তিশিংগী মমি** (দিসেম্বর, ২০০৫) কৌবা শৈরেং লাইরিক অমসু ফোঙলক্লুনা মশাগী মফম অমা মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা শরুক য়ানবা হোৎনরক্লি। মাগী শৈরেংশিংসিগী মপুং ওইবা মশক্তি- ঈংনা তপ্পা লিরি খোইরি ওইনা চেঙ্বা ঈচেলদু নত্তে। শান্তি লৈত্রবা- হিংনা হিংনা শিরবা, মপাঙ্গল মথৌনা লৈজদ্রবা, ঙসিগী মীওইশিংগী পুন্সিগী মশকপু ট্রেজিক আইরোনি, সেন্স ওফ এবসর্দিটি অমদি মেটাফর নচিংবা টেক্নিক শিজিন্নদুনা শৈরেংগী কেনভাসতা অয়েকপা লাইগুম্না উৎপনি। পোষ্ট- মোদর্নিজমগী মচল্ল অমা ওইরিবা ফেমিনিজমগী মমিসু তারি। মোর্দন সেন্সিবিলটি অমনা মপুং ওইদুনা শৈরেংগী য়ুম্ফম শাগৎলি। অইবনা মাগী পুন্সিদা থেংনখিবা অমদি মনাকোঙনা তাখিবা অশেংবা থৌদোক খরগী এক্সপরিয়েন্সকা লোয়ননা

সেকেন্দরি ইমাজিনেসনগা পুনশিল্লগা, কেটালাইজ তৌরগা পুথোরকপা মশক অমসু উবা ফংই। মেস্কুলিন ৱার্দ হায়বদি নুপা থোকপা মতিং লৈবা ৱাহৈগী মফম অমদি শিজিন্নবগী হৈশিংবা উবা ফংই।

## মেটাফরঃ মূর্ত্তিশিংগী মমিঃ

ঙসিগী মীওইবা- অশিবগা পাংথক ওইরে। হিংনা হিংনা শিরবা, মথ্বায় পান্দ্রবা অশাবা মুর্ত্তিগা মান্নরে। মপাঙ্গল মথৌনা য়াওদ্রে। অশিবগা খেন্নবা লৈত্রে। তশেংনা হায়বা তারবদি মীওইবগী পুন্সিসিমক অশাবা মুর্ত্তিশিংগী মমিনি হায়না অইবনা লৌরি। মসিদা মেটাফরগী ফজবা মশক অমা পুথোকপগা লোয়ননা মেস্কুলিন ৱার্দ শিজিন্নদুনা শৈরেংগী শাফু পীনবা হোৎনরি। খুদম অমত্তং পীবা তারবদি- লাইরিক্কী মীংথোলসু ওইরিবা- 'মুর্ত্তিশিংগী মমি' হায়বা শৈরেংসি পনবা য়াই। শৈরেংসিদা ইরি-

মুর্ত্তি
মমি কয়ানা শান্নরি
অমম্বা মরক্তা মনিং তম্না
মতমগী মূর্ত্তিশিংনা
ঐখোয়গী সহর অমদি খুঙ্গংশিং। (লা.২৩)

মতাংসি মীওইবনা মশানা মশাবু মশক তাকচবা ঙমদ্রবা, হিংলিবরা নত্রগা শিরবরা হায়বসু খঙদ্রবা- মূর্ত্তিশিংগী মমি ওইনা শাগৎলি। মসি মতমসিগী চপ-চারবা শক্তম অমনি- ইমেজরি অমগী মশক্লি। 'অমনবা ফুরা', 'ঐ মূর্ত্তি অমনি', 'অরোইবা ৱাহংগী খোঞ্জেল' অমদি 'অশিবা নুমিৎ'- নচিংবা শৈরেংশিংদসু মীওইবগী পুন্সি মশক্কা মূর্ত্তিশিংগী মমিগা চাংদম্নদুনা, অমত্তা ওইনা লৌবা- মান্নবা মশকশিং অদু উৎনবা লাক্লরি। অতৈ অতোপ্পা- 'মুশি মুশিরবা থাউমৈ' অমদি 'পুন্সিগী নুংথঙ মখোলদা' হায়বা শৈরেংশিং অসিদদি পুন্সিগী হিংবগা থবক্কা লৈনবা মরীদু উৎপনি। মীওইবনা নোংমদি শোয়দনা অশিবগী খায়াত্তা চংখিনি- পুন্সিসি অমর নত্তে- শিবা নাই হায়বা হিন্দুগী দর্শণ শাস্ত্রগী মমি তারিবা শৈরেং, 'মুশি মুশিরবা থাউমৈ' দা মীওইবনা অহল মতম ওইশিল্লক্কুনা অরোয়বা অন্তকালগী মতম ঙাইদুনা লৈবা- 'অরোয়বা মীৎকুপ' অদুবু মুশি মুশিরবা থাউমৈ ওইনা লৌরি। মসিদা অইবনা শিজিন্নরিবা মেটাফর অমদি ইমেজরীগী মশক অসি য়েংসি। অনৌবনি, চাংয়েংনি-

পুন্সিগী থাউমৈ
মুশি মুশিরবা থাউমৈ
দোশিসু পুমথরক্লে
থাউসু য়াওশিল্লক্লে,
অমম্বসিদা নীংখায়রক্লে
তপ্না তপ্না মূর্ত্তিশিং,
ঙাইরিঙৈ ঙসিদি অরোইবা মীকুপ। (লা.২০)

অদুগা 'পুন্সিগী নুংথঙ মখোলদা' হায়বা অসিদনা লাইফ এন্দ ব্রার্ক হায়বদুগী মমি তারি। পুন্সি অসিমক থবক্লি- থবক য়াওদনা মীওইবনা হিংবা ঙমদে, হিংবদা শেলগী মথৌ তাই অমদি শেল তানবদা থবক চংই হায়বা মার্ক্সিজমগী ব্রাখল্লোনগী মমি তারি। অইবগী শৈরেংসিদা শিন্মীশিংগী অব্রাবা উৎলি। শিন্মীগা থবক্কা থানবা য়াদবা মশক্তু য়েক্লি। মদুনা শিন্মীগী পুন্সিদি থবক্লি, অব্রাবা খাংবনি, অব্রাবগী পোৎলুম থাংবনি- অব্রাবগী নম্বোদু থাংবা ঙমদদুনা মমৈথংদদি নম্বোদুনা নল্লগদবা পুন্সি মহিং মরেল অমগী চরিত্র শাগৎনবা লাক্লবনি। মসিদি শেঞ্জাও পায়বা কাঙবু অমদি ইন্দষ্ট্রিয়েলিষ্টশিংনা নেৎথবিরবা মীওই কাঙলুপ অমগী মশক্লি। শোত্থরবা মণিপুরী খুনাইগী পুন্সি মহিং অদু উৎপনি। মতাংসিদা কবিনা ফোঙদোক্লিবসি য়েংসি-

পুন্সিগী নুংথঙ মখোলদা
পোৎলুম পুরিবা উটশিং মরুভুমিগী লম্বীদা।
মতমসিদা
মীশিংনা ঘড়ীগী কাটাগুম
চৎলি তুমিন তুমিন
হিংবগী পুসি লম্বীদা খোঞ্জেল থোক্তনা। (লা. ২২)

মথক্কী শৈরেং অসিগা মীৎয়েং মান্নবা 'অনৌবা নুমিৎ' হায়বা অসিসু মতাংসিদা পঞ্জনিংই। মসিদা শিন্মীশিংগী অব্রাবা পুন্সিগী মহিং মরেল অদু উৎপগা লোয়ননা মখোয়গী মথৌনা অমদি মথৌদা পুক্লিং চংবা- থবক্কা মখোয়গীদি শিনফমনি হায়না লৌবা- ব্রাখল্লোন অদু উবা ফংই।

খুদম- শিন্মীশা!
মাঙদা লৈরে শারবা মৈশা
খীংলক্লে কাংশিগী মখোল
নাকোং শীংজা য়ৈনা
পোৎথাদ্রবা নঙগী শিছাদা। (লা. ৫৬)

শৈরেংসিদা কবিনা 'কাংশি মখোল' বু শিম্মীশিংগী 'ব্রার্ক এণ্ড লাইফ' ওইনা উৎনবা হোৎনরিবা মীৎয়েং অসিমক শিংথানিংঙাই ওই।

## ফেমিনিজমঃ পোষ্ট-মোদর্নিজমগী মশক অমাঃ

ক্ষেত্রি রাজেনগী শৈরেং খরদা ফেমিনিজমগী মফম অমসু চাওনা কন্দুনা লৈরি। মসি পোষ্ট- মোর্দনিজমগী মশক অমনি। নুপী ওইবিগী মশকশিং- নৌজরিবী নুজা অমা ওইনা, করিগুম্বদা মমা ওইবীগী মশক্তা, করিগুমদনা অখাঙ কনবী থৌনা লৈবী মৈতৈ নুপীগী মশক- সতীত্ব ধর্ম্ম ঙাকপদা, পুন্য চেল্লবী মালেমগী মমাগী মূর্ত্তি ওইনা, মচাগী হাকন্দা শিবা চংবা কিদ্রবী ভৈরীবীগী মশক্তা- পুম্নমকসিগী মথক্তা মালেমসিদা নুপী অমা ওইনা লেপচনবা থৌদাঙ লৌরিবা তোঙান তোঙানবা শক্তমদা শাগৎপা মুর্ত্তিশিং য়াওরি। মসিদা পনবা য়াবা শৈরেংদি- 'পুনশিল্লু শম্বুলদু চেৎনা'- মসিদা মৈতৈ নুপীগী থৌনা লিংজেল উৎপগা লোয়ননা মমা ওইবীগী মগুণ- সতীত্ব ধর্ম্মবু চেৎনা শাগোন্নজবা অমদি মচাগী হাক্কন্দা শিবা চংবা কিদনা লাহুৈংনবা ঙম্বী নুপীগী চরিত্র য়েক্লি।

খুদম- নখোয়দি মমানি
নখোয়দি মৈতৈ নুপীনি
পুনশিল্লু শম্বুলদু চেৎনা
থাঙ্গৎলু মৈরা নখোয়গী শেংলবা লাইশঙদুদা। (লা. ৫)

মতাংসি হিজম ইরাবত (১৮৯৬-১৯৫১) গী 'ডিসেম্বর ১২' হায়বা শৈরেংদু নীংশিংহল্লি। ইরাবতকী শৈরেংদনা-

শম পুনশিল্লু দেবী
ইফা ফারিবদো।
ডিসেম্বর ১২ অমা হৌখ্রে,
ডিসেম্বর ১২ অমা লাক্লে-
কাউরব্রা ?
থাজব্রা শম পুনগনি হায়বা?

নুপীগী চরিত্র শাগৎপদা, নুপীগী মগুণ শিংথাবদা, নুপীবু মালেমগী মমা অমা ওইনা য়েক্লবা হোৎনবদা- ক্ষেত্রি রাজেনগী কৃয়েটিভ আর্টকী ফজবা মশক উবা ফংই। 'নিঙোল' হায়বা শৈরেংদা য়েংসি। মসিদা নুপী ওইবগী আইদেন্টিটি তাক্লবা লাক্লবগা লোয়ননা নুপী ওইবীগী মগুণ অমদি মথৌনা মরিংজেল উৎনবা লাক্লরি। মসিগী মথক্তা নুপীদি মমানি- মালেম পুম্বগী

মমাগী শক্লোন পুরিবীনি হায়বা মীৎয়েংসু থল্লি।

খুদম- নিঙোল!
হায়েংদি নহাকসি-মমানি,
জাতিগী মমানি
পুম্নমক্কী মমানি।
অমুকসু নহাক্তি
লৈনি অদুগা মৈনি, নুঙনি। (লা. ৫২)

'অকঙবা ঊনাগী নাউশুম' দনা মমা ওইবীশিংনা পীক্লিবা মচাশিংগী মতৌদা পেঙে। মচাগী খোঙজি মখোলদা লাংতক্লহল্লবা মমা ওইবীগী থম্মোয়গী পোত্থাফম ওইজে। মমাদি মচাগীদমক্তা হিংবসু ঙম্মী, শিবসু ঙম্মী। মচাগী আশাগী আশাদা অখাং কনবী ওইরবীনি। মদুনা কবিনা হায়রি-

মমাগী থম্মোয় !
মরোল ফাওনা নিল্লি ঙসিসু
হৈনা খোঙথাঙদা থোরক্লিবা
খোঙজী মখোলদুদা
উরক্লি
অশংবা ঊনাগী নাউশুমদুসু। (লা. ৪৪)

অদুগা 'মতমগী মমা' হায়বসিদনা ঙসিগী মালেমসিগী মমা অমা ওইবা তারবদি- মাগী থম্মোয়দা পুম্নমকপু মচাগুম্না নুংশিবা ঙম্বা, খনবা ঙম্বা মমা অমা ওইবগী মগুণ লৈবগা লোয়ননা মচাগীদমক্তা থৌনা লিংজেল পুথোক্তুনা শিবা চংবগী লংদাইদা লেপ্পা তাই- মায়োক্লরক্লিবা শাফু খুদিংদা লাল্লেংনবা তাই হায়বগা লোয়ননা ৱাখল থেনবী নুপীনা কৈদৌঙৈদসু মালেমগী মমা ওইবা ঙম্লোই হায়বগী মীৎয়েং থল্লি। কবিনা হায়রি-

ওইবা তারবদি মতমগী মমা
কপ্পা তেংথাবা হৈবা তাই।...
খ্বাঙচেৎ মচি লাংবা তাই
মখুত্তা মৈরা পায়দুনা। (লা. ৫৯)

কবিগী মীৎয়েংসি অনৌবা রিভোলুসন অমনি। গ্লোবেলাইজেসনগী মশক অমনি। সেরিয়সনেস অমগা লোয়নবা এক্সপরিমেন্ট অমনি।

## মোর্দন সেন্সিবিলিটিগী মশকঃ

ক্ষেত্রি রাজেন- ঐখোয়গী ঈরক্তা হিংলিবা নহা ওইরিবা অইবা অমনি। মদুনা মাগী শৈরেং খরদা ঙরাং ঙসিগী পুন্সি মহিং অমদি সমাজগী

চৎনরোলনা পীরকপা ঈথিলশিং- মরুওইনা মতমসিগী মশক অমা য়াম্না তশেং তশেংনা উৎনবা লাক্লরি। মসিদা 'অকিবা', 'অশি ফমুংসিদা', 'ফাগি অমা', 'মমিৎ ঙাঙলবা নুমিৎ', 'তীঙ্খ্রোক' অমদি 'ৱাহং' নচিংবা শৈরেংশিংসি পনবা য়াই। 'অকিবা' হায়বা শৈরেংসিদা মীওইবগী রাইট মৎপিখিবগী মশক উৎপগা লোয়ননা মমৈথংদা মীওইবনা শান্তি পান্নকপা, 'শকখঙনদ্রবা লানফম' দনা ইশানা ইশাগী হৌরকফম থিবগী মহুত্তা ঐখোয় মশেল হাৎনরকপা, 'অশি ফমুংসিদা' হায়বসিদনা মীওইবসি হিংবগী অর্থ লৈরক্তে, অশিবগা মান্নরকলে- মদুনা 'কু' বু 'অশি ফমুং' ওইনা সিম্বলিক ফোর্মদা উৎপসিমক শীংথানিংঙাইনি। 'অশিবা নুমিৎ' হায়বা অসিদসু ঙসিগী মীওইবনা হিংবা পান্নক্তবা, মশানা মশাগী মোঙফম শেমজদুনা শিবা পান্নকপা- মখোয়দা 'মঙাল' হায়বদু উবা ফংলক্তবা, লৈখা তারকপগী এবসর্দ ওইরকপা মশক অদু উৎলি। মসিদা 'অমম্বা' গী মশকপু সিম্বলিক ফোর্মদা 'অশিবা নুমিৎ' ওইনা পুথোক্লি। অদুগা 'ফাগি অমা' হায়বা শৈরেংসিদি- সেরিয়সনেস ওইবা এক্সপ্রেসন অমনি। মসিদি শাথিবা শৈরেংগী লিচৎনি। মণিপুরী শৈরেংদা কনাগুম্বা কবি অমত্তনা অসি য়ৌনা চংশিনখিবা লৈখিদ্রি। শ্রীবীরেন (উরিপোকঃ ১৯৪২-) ফাওবনা উখিবদি হিংবগা পুন্সিগা মরী লৈনহন্দুনা- 'পুন্সিগী মমল ভাবনা লেপ্পনি' (**তোল্লবা শাদুগী ৱাখলঃ** ১৯৭০) হায়না লৌখি। অদুবু ক্ষেত্রি রাজেনদি- অশিববু ফাগি ওইনা লৌবনি- শান্নপোৎ ওইনা লৌবনি। ঙসিগী মীরোলনা হিংববু ফাগি ওইনা খল্লকপা, শিবগী পুংজা অমদি মীৎকুপ হায়বদু লৈরক্তবা, শক্তি পায়বশিংনা মী অমবু অচুম অরানগী বিচার তৌদনা হাৎনিংলকপা পূংজাদা শিবগী দণ্ডি পীবা ঙল্লকপা, মঙদা ওইবা য়াবা অকিবগী শকলোনদু তাইবঙদা অওইবা ওইরকপা অমদি পুন্সিসি মোঙফমগা খেন্নরক্তবা মশক্তু উৎলি। কবিগী ৱাহৈদা-

অশিবা!
নঙসি ঙসিদি ফাগি অমনি। ...
ঙসিদি মমা মপাগী মমাঙদা হাৎপিরি মচাশিংবু...
পুন্সি হায়বসি ফাগি অমনি।...
অশিববু শান্নপোৎকুম শান্নরিবা
হিংববু ফাগি তারক্লিবা। (লা.২৯)

'মমিৎ ঙাঙলবা নুমিৎ' তনা অকিবা তমথিবগী মশক অমবু মেটাফর অমদি

ইমেজরিদা ফোঙদোক্লবা লাক্লরি। 'মীওইবা' দনা মীনা মীগী লীচং চৎলক্তবা- পাপকী লম্বীদা খোঙ থাংজিন্নবা লাক্লরকপা অমদি নত্তবা লম্বীদা চৎলিবা মীওইশিংগী চরিত্র য়েক্লি। অরোয়বদা কবিনা মীওইবসি শিরবা মতমদদি পুম্নমকসিগী খেন্নবা লৈতে- পাপসু পূণ্যসু, অফবসু ফত্তবসু পোলোয়দদি মান্নে হায়বদু উৎলি। 'তীল্লোক' হায়বা শৈরেংদা মশাগী ঈজ্জৎ-সনমান য়েংদবা মীওই কাঙলুপ অমগী মশক তাক্লবা হোৎনরি। 'ঐ অমসুং পুন্সি' দনা কবিনা মশানা মশাগী মশক খংজরক্তবা, তৌফম খঙলক্তবা, পুন্সিগা মাগা (কবি)-মখোয়নিগী লাপথোক্লরকপা মরী অদু উৎপগা লোয়ননা অশিবনা ঙাইদুনা লৈবগী মওঙ অদু মঙ হাদা থোকপা থৌদোক্লুম উৎনবা লাক্লরি। মসিদা সেন্স ওফ এবসর্দিটিগী মমি তারি। কবিনা মশামক্কী মূর্ত্তি শাগৎলদুনা হায়রি-

হিংনা হিংনা শিরবা
পুন্সিগী খোঙচত্তা। ...
নুমিৎসু তাখ্রে
হামজিল্ল' তোর্বান্দা চৎলিঙে'
হৌজিক্তি চোকথরক্লে। (লা. ৪৬)

'ব্রাহং' হায়বা শৈরেংদা অইবনা নীংতম্বগী ব্রাহং, থবক ফংদবগী ব্রাহং, অরানবনা অচুম্বা ওইরকখিবগী ব্রাহংশিং অদুগী পাউখুম ফংদ্রবা ব্রাহং কয় অমনা অকেনবা ঊনাগুম্না তাদুনা লৈবগী মশক অদু উৎলি। মসি মতমসিগী ব্রাহংনি। ঙসিগী সমাজনীতিগী, রাজনীতিগী, অর্থনীতিগী মশক তাকপা ব্রাহংশিংনি। পাউখুম লৈত্রবা ব্রাহংনি। লোইবা নাইদ্রবা ব্রাহংনি। কবিনা হায়রি-

হৌজিক্তি
লোইবা নাইদ্রবা ব্রাহং
পাউখুম ফংদ্রবা ব্রাহংশিংনা
অকেনবা ঊনাগুম
মাঙদা তাদুনা লৈরি।...
নীংতম্বগী ব্রাহং।...
চাবা ফংলক্তবগী ব্রাহং।...
বুটনা নেৎথৎপিরবা খাংঙমদ্রবা চৈনাগী ব্রাহং।.
অরানবা চাম্মা চাম্মা
অচুম্বা ওইরকপগী ব্রাহং। (লা.৬৩)

## কবিগী মীৎয়েং-শান্তি অমদি য়েনিংথাঃ

মশক নাইবা সাহিত্যগী খুৎইদা কবিগী ওইবা মীৎয়েং নত্রগা পান্দম য়াওদবা লৈতে। মসিনা মপুং ফাবা মশক অমা ওইহল্লক্রবগী মচাক ওইরি। মদুনা ক্ষেত্রি রাজেনগীসু মশাগী ওইবা তোঙানবা মীৎয়েং অমা পীনবা লাক্লরি। পনবা য়াবা শৈরেং খরদি- 'ঐদি মীনি' - দা মীওইবগী থম্মোয়দা মীনুংশি লৈহনবগা লোয়ননা শান্তি পুরকপা পামজবা অমদি অনৌবা য়েনিংথা অমবু লাংতক্লনা ঈখৌলাংবগী মমি তারি। 'মঙালগী নোংলীক' তনা ঙসিগী তাইবঙপান্সি শান্তি লৈরক্রে, মদুনা অমুক হন্না ঐখোয় মশেলগী মরক্তা শান্তি লৈনা হিংমিন্নবা পাম্বগী মীৎয়েং থল্লি। 'লাক্লরোইদ্রা য়েন্নীংথা হায়বদু' দনা অনৌবা য়েনিংথা অমবু ঈখৌলাংনা ঙাইজবগী মশক অমা উৎলি।'অহাঙবা চেনাদু' হায়বসিদনা ব্রাকচিংগী নোং খিক্লকখিগনি অমদি য়েনিংথা লাকখিনি হায়বগী আশা তৌরি। মতাংসিদা কবিনা হায়রি-

ইশিল্লু
ব্রাকচিংগী নোং খীক্লকখিগনি
য়েন্নীংথাদুসু লাকখিগনি
ঐখোয়গী ইতিহাস লামায় খুদিং
ইরমসি থৌনা ফবগী মিনুংশি লৈবগী
চুখৎলমসি মৈরাশিং অমম্বসিদা
ঐখোয় তুংগী অঙাংশিংগীদমক। (লা. ৬৪)

কবিগী আশা মাঙবা লৈত্রি, শান্তি পামজবগী ঈখৌলাংবা লাংতক্লবা লৈরি- অনৌবা য়েনিংথা অমগী আশা তৌরি। ব্রাকচিংগী নোং খিক্লকপা ঙাইরি। তুংগী মীরোলদা 'মঙাল' অমা পীবা পামলি।

ক্ষেত্রি রাজেন- নহা ওইরিবা অইবশিংগী মরক্তা শিংথানবা য়ারবা কবিনি। মাগী মফম অমা মণিপুরী শৈরেংদা পীবা তারবদি- নুপা থোকপা মতিং লৈবা ব্রাহৈ-মেস্কুলিন ব্রার্দ শীজিন্নবদা থোইদোক্লা হৈশিংবগী কলা অসিদনি। মাগী লোন্দা পুদা অমদি ব্রাহৈ খুৎশেম (নিওলোজি) দা থোৎ নৌবগী মফম লৈতে। অমেংবা, পুক্লিং হুনা নুংশিরবা ব্রাহৈগী সুর য়াওদে। কল্পনাগী সংসারদগী নাহোক্তুনা অওইবী সংসারগী মশক্তুমক শৈরেংগী হৌরকফম ওইহল্লি। আইদিয়ানা মপুং ওইনা শাগৎলি। মহৌশা খুৎশেম ওইরিবা চীং, পাৎ, তুরেল অমদি হৈরাং-লৈরাংগী ফজবদগী লাপ্না লৈ।

হায়নিংলিবা ৱাফমদু ঈঙ্গিৎ ওইনা ইমোটিভ ওইবা লোন শীজিন্নদুনা ফোঙদোক্লবা লাক্লে। মীওইবগী পুন্সি মহিং মরেল অমদি সমাজসিগী পুমথরবা লৌখৎপা য়াদ্রবা ঙরাং ঙসিগী মশকপু সাইকো-এনালাইসিস তৌদুনা উৎনবা লাক্লে। মসিদা- 'Art for life's sake' হায়বদুগী মীৎয়েংদা চংশিল্লি। মেথ্যু আনোর্ল্ড (১৮২২-১৮৮৮) গী ৱাখল্লোন 'a criticism of life' হায়বদুদা থাজবা অইবনি। মদুনা মাগী শৈরেং অয়াম্বদা মেস্কুলিন ৱার্দ অসি মনিং তৌনা মফম চানা শীজিন্নবা থেংনৈ। মসিগী মথক্তা শৈরেং ইবদা শীজিন্নবা সিম্বল, ইমেজরি, মেটাফর, ট্রেজিক আইরোনি অমদি সেন্স ওফ এবসর্দিটি নচিংবা মতাং চানা য়াওহল্লি। নুপীগী মফম অমা খুনাইসিদা পীনবা লাক্লবা- ফেমিনিজমগী মশকসু উবা ফংই। মীৎয়েং পাক শন্না য়েংনবা লাক্লবা- গ্লোবেলাইজেসনগী মমিসু তারি। তমথিবা, অকিবা, হাৎন-শুনবগী মহুত্তা নুংশিননা শান্তি লৈনা হিংমিন্নবা পাম্বা- লৈকঙলা ওইরবা ঙসিগী মীওইবগী থম্মোয় অমদি ৱাখলদা অনৌবা য়েনিংথা অমা ওইহননিংবা- পুন্নমকসিগী মথক্তা ৱাকচিংগী নোং খীকহন্দুনা কংলুরবা মীওইবগী পুন্সি পামেলদা অনৌবা আশাগা লোয়ননা অনৌবা য়েনিং চোংহননিংবগী ঈখৌলাংবগী মীৎয়েংসু থেংনরি। কবিগী শৈরেং খুদিংদা ওরিজিনেলিটিগা লোয়নবা ক্রিয়েটিব আর্ট অমা য়াওরি। সেন্টিমেন্টনা হেনখিবা -মদুনা ইমোসনদগী লাপ্না চৎখিবগী মতাংসু থেংনদবা নত্তে। শুপচিন্না হায়জরবদা - ক্ষেত্রি রাজেনগী শৈরেং- লাইরিকসি মগুণ য়াওরকপা সাহিত্য-কলাগী খুৎশেমগী পোত্থোক অমনি।

## জে এস কোন্সমগী খণ্ড কাব্যদা রোমান্টিক এগোনি

"Romanticism is dead in reality -*T.E. Hulme*

**মণিপুরী সাহিত্যদা** নেরেটিভ পোইত্রিগী মশক লৌদুনা ইবা নুংশি নুংওলদা য়ুম্ফম ওইবা খণ্ড কাব্যগী বিধা অসি য়াম্না তাংনা থোক্লি। খুৎ থেক্কুনা পাবা য়ারি। খুমন্থেম ইবোহল (১৯২৪-১৯৮৮) গী **নুংশি কৈন্যা কাদা** (১৯৬৪) হায়বসিনা অহৌবা ওইরগা মাগী **থম্মোয় পাউদম** (১৯৬৬), অশাংবম মীনকেতন (১৯০৬-১৯৯৫) গী **অশৈবগী নিতাইপোদ** (১৯৭৬), অব্দুস সহিদ চৌধুরী(১৯৪৯-) গী **সনা মচুগী অয়ুক** (১৯৯২) অমদি রা.কু. শীতলজিৎ (১৯১৩-) গী **ইখৌ লাংবা** (নভেম্বর ১৯৪৯) -নচিংবা মমিং পানবা য়াই। জে এস কোন্সম (১৯৫৪-) সু খণ্ড-কাব্য ইবা কবি অমা ওইনা মণিপুরী সাহিত্যদা নৌহৌননা খোঙ থাংজিল্লকপা হৌরক্লি। কবি অসিগী অহানবা খুৎমাবা খণ্ড-কাব্য **তেংথারোল** (২০০৬)- মণিপুরী সাহিত্যদা নৌনা থোকই। কাব্য অসি সংস্কৃত কবি কলিদাস (৩৪০-৪০০) গী **মেঘদুত** (৩৭৫), হরিবংশ রায় বচ্চন (১৯০৭-২০০৩) গী **মধুশালা** (১৯৩৫),Umar Khayyam (1050-1123) গী **Rubaiyyat** (1460-61), Edward Fitz-Gerald (1809-1883) না পর্সিয়ান লোন্দগী ইংরেজিদা হন্দোকপা, **Rubaiyyat of Omar Khayyam** (1899) অমদি William Shakespeare (1564-1616) গী **Venus and Adonis** (1593) অমসুং **Lucracy** (1594) নচিংবগী শকওঙ লৌবা, মীৎয়েং ৱাখল্লোন মান্নবা-রোমান্টিসিজমগী য়ুম্ফমদা শাগৎপনি। নুংশিবনা মপুংনি-কায়নবনা নুংশিবগী মমল অমদি মগুণ লেপ্পবা হোৎনরিবা খণ্ড কাব্য অমনি।

খণ্ড-কাব্য অসিগী মপুং ওইবা ৱারীগী ঈচেলদি-কবিগী লৈকায়গা লোন্নবদা লৈরম্বী- (কবিনা কল্পনাগী চরিত্র অমা ওইনা শেমগৎলিবী) মঙাল লৈবীগা কবিগা থৱায় হকচাং য়াওনা নুংশিনখি। অদুবু বিধিগী নোংদম্না কনখিবনা মঙাল লৈবি-লল্লানবী ওইখি। য়ুম্নাক শাগে হোংদুনা লাইবক ফবা কনাগী লোইনবী ওইখি। মচা ধারা লৈদুনা নুংঙাই পুন্সি য়ুম্বাল অমদা পুন্সি লেনখি। অদুবু কবিনদি-মাবু কাওবা ঙমদে। মাগী নুংশিবগী কাওঙমদ্রবা মুর্ত্তি অমা শাগৎলি। মাগী মফমদা কবিগী অৱা-নুংঙাইগী তেংথাখোল অমগী পাওদমদু চান্নবীগী মফমদা পীরাংগা লোয়ননা তেংথারোল ওইনা তল্লি। ৱাইথুংনগে হায়নদি কবিনা খনখিদ্রবসু মথঙ মপোক অমগী থুংনবগী আশাদি তৌরি। মদুনা ৱাইথুংনখিদ্রবা পুন্সিগী ঈচেলদা কবিনা মাগী চান্নবী লল্লানবীদুগী মফমদদি -নুংঙাই য়াইফবা মপোক অমা ওইনবা মঙ্গল অশীর্ব্বাদ পীরি। অদুগা কবিদি পুন্সিগী ঈচেলদা লম্মুক্লরবা যাত্রিক অমা ওইহৌবতা নত্তনা হিমায় থিরিবা লুপতে হায়বদা ঙাইরবা হিহোনবা অমা ওইহৌরে। কবিগী পুন্সি মফম খঙদে, তুংলমচৎকী পুন্সি লম্বীগী পম্বুংসু হায়বা ঙমদে। অদুবু আশা অমদি তৌরি, য়েন্নিংথা অমসু ঙাইরি। মদুনা মাগী চান্নবীদা অরোয়বা ওইনা-' ... ঐনি হিহোনবা / লুপ্পা য়াদে হিহোনবা / নৌরেন পায়য়ু, হিমায় থিয়ু হিহোনবা' (লা.৭৬) হায়না ৱারোয় পীদুনা মখা তানা তেংথাবা ঙমদনা কবিনা ৱানা খাঙখিবা ট্রেজিক এনদিংগী মতাং অমনা ক্লাইমেক্স ওইরি। খ্বাইদগী ৱাবা মৈচাক্কী পম্বুং য়ৌরক্লবা কালদদি মীওইবনা পী তাদুনা কপ্পা ঙমদে, তেংথাবা ঙমদে। থম্মোয়দা ওমচাক্লবা, খাংঙমদবগী চৈনানা হেনখিবনা তাইবঙপানগী ৱাংমদা লৈরকই। অশি-অচংগী পল্লোন্নুংদগী নাথৈরকই। Goethe (1749-1832) গী ৱাহৈদা -"Romanticism is a disease-" হায়বদু মতাংসিদা নিংশিংদবা ঙমদে৷ John Keats (1795-1821) গী লিরিকেল বেলেদ-"La Belle Dame Sans Merci" গী ৱাখল্লোনগা জে এস কোন্সমগী **তেংথারোল** গা নকশিন্নে।

জে এস কোন্সমগী খণ্ড-কাব্য অসি মপুংদি- রোমান্টিসিজমদা শাগৎলগা পুথোকপনি। লিরিকেল বেলেদ হায়বসিমক্তবু রোমান্টিসিজমগা য়াম্না চুশিন্ননা থোকই। মদুনা **তেংথারোল** -রোমান্টিক পোইম অমনি অদুগা অইবা জে এস কোন্সম রোমান্টিক পোইট অমনি।

শৈরেংসিদা কবিগী য়াম্না ফজরিবা মতাং অমনা চরিত্র অনীখক্তনা মপুং ওইনা শৈরেংগী ৱারীসি শাগৎলি। নায়ক্না কবি মশামক্লি অদুগা নায়িকানা কবিগী কল্পনাগী চরিত্র অমা ওইনা শেমগৎলিবী-মঙাল লৈবীনি। ফোঙদোক্লিবা মওঙনা কবিগী মশাগী ওইবা ৱাখল অমদি থম্মোয় ইহুল অদু হকথেংননা মাগী চান্নবীদা হায়জবনি। 'মা' নত্রগা 'মহাক' হায়বা ৱাহৈসিগী মহুত্তা 'নঙ' নত্তুগা 'নহাক' হায়বা ৱাহৈসি মাগী চান্নবীদা শিজিন্নদুনা কবিগা মাগী চান্নবীগা অনিগী মরক্তা লৈনরিবা য়াম্না নকশিন্নবা মশক্তু উৎনবা লাক্লে। কবিনা চহী ৩৪ চংলকপা (হায়বদি ইং ১৯৮৮) অদুৱাইদগী থম্মোয়দা মমি তাহৌবা রোমান্টিক এপিসোদ খরনা কবিগী চহি ৩৭ মপুং ফারকপা- (হায়বদি ইং ১৯৯১) মতম-যৌবন মতম্নসু লোইশিল্লকপা অনৌবা য়েন্নিংথাগী আশাসু উরক্তুবা পুন্সিগী ঈচেলদা নিংশিং চৈনা পীররিবা ঐতিহাসিক ওইরবা হৌখ্রবা নুংশি ঈচেলবু মেমোইর অমা ওইনা কবিনা পুথোরক্লি। কল্পনাগী তুরিনা অনৌবা নুংশি মুর্ত্তি অমা শাগত্তুনা অহিংবা, মথৱায় পানবা শক্তম অমা ওইনা উৎনবা লাক্লরি। খুমন্থেম ইবোহলগী **নুংশি কৈন্যা কাদা** হায়বা শৈরেংদসু চরিত্র অনীখক্তনি। নায়ক্না কবি মশামক অদুগা নায়িকানা কৈন্যানি। কলিদাসকী **মেঘদুত** তনা যক্ষগা যক্ষনীগা কায়নরবা মতুংদা যক্ষগী থম্মোয়দা খঙহৌদনা ওইরক্লিবা রোমান্টিক এগোনী অদু লৈচিলদ পাউদম্বনি। লৈচিলবু কবিনা পার্সোনিফাইদ করেক্টর অমা ওইনা শাগত্তুনা তাইবঙ মীগুম্না মরোল থোকপা, কোয়না চৎপা ঙম্বা-শক্তি লৈবা জিব অমা ওইনা য়েক্লি। মসিদা খেন্নরিবা হায়ববু জে এস কোন্সমগী **তেংথরোল** দনা কবি মশামক্লা মেন করেক্টর ওইরি। মাগী অপাম্বা অনিংবা পুম্নমক হকথেংনবা মাগী চান্নবীদা ফোঙদোক্লি। মাগী চান্নবীনা লম্লানবী ওইখ্রবদা, চান্নবী মা কায়নরবা পুংজাদা কবিনা থম্মোয় শোক্লা মপি শিন্থরদুনা কপলি, তেংথারি। মাগী চান্নবীনা তাবিরমগদ্রা নত্তুগা করি খল্লমগনি হায়বদুদি ফোঙদোকপা তৌদে। ৱাহংতা মঙায়রবনি। পাউখুমদি লৈতে। তশেংনা হায়বা তারবদি -কবি অসি নুংশি কায়নবদা অঙাওবা ওইহৌরবা-ৱাখল থোক্তুবা মমি শান্নবা যক্ষগুম্বনি। শরতচন্দ্র চট্টোপধ্যায় (১৮৭৬-১৯৩৮) গী উপন্যাস, **দেবদাস** (১৯১৭) তা হায়রগনা পার্ব্বতিগা কায়নরবা, য়ু ঙাওবা দেবদাসকুম্বনি। কবিনা মাগী চান্নবীগা কায়নরবা মতুংদা থম্মোয়

ফাথবা ঙমদদুনা তেংথারিবসি তাদুনা য়েংসি -

পুন্সি ঈচেলসিদা ৱারেহে ঐদি
মায়কৈ খঙদরে, নৌরেন থাদরে
হো কদোমদনো পচ্ছুংফম...
অমম্বা অতিয়ানি, লম্মুক্কুরবা যাত্রিকনি। (লা. ৭৬)

মতাং অমদনা কবিনা মাগী চান্নবীগী মফমদা মশুংলাংগীদমক্তা পুন্সি চুপ্পা তেংথাখিনি হায়বগা লোয়ননা অর্শিব্বাদ পীরিঃ

শিঙ্করসনু পিরাংসে লেপ্পা লৈতনা
পাম্মুরবা থব্বায় নঙনা লৈরিমখৈদি ;
হিংঙুকো লাঞ্জদবি ইকায়থিবী নঙদি
নুংঙাইনা মবুঙো মাগী মশায়কোন্দা। (লা.৭০)

অমুকসু মখা তানা হায়রি-

তেংথখিনি তেংথারোল কয়ানা লৈতেংলদুনা।...
মাঙদা করি লৈরি
তুংদা করি তৌরি
ঙল্লক্তরে উবা খঙবা।...
লেপ্পা লৈরনু শিঙ্করিবা পিরাং
হিংলিবমখৈ পুন্সি নঙনা হিংলিবমখৈ। (লা. ৭১)

কবিনা আশা অমদি তৌরি- চিতোরগী রানা প্রতাপকুম অদুবু স্কোটলেন্দগী রোবার্টব্রুসকী থৌনাদুদি নত্তে। ডা. কমল (১৯০০-১৯৩৪)গী **মাধবী** (১৯৩১) গী মেন করেক্টর ওইরিবা ধীরেনগুম মতিং থোকপা ঙমজদ্রবা থৌনাদুনি। কবিগী ৱাহৈদা-

নীংজ-মপোক লাংওন্না লাকপগা
থুংনসিকো নঙ-ঐগী নিংজবা পুন্সি।
মতমদো শাৎলুকো থম্মোয়গী লৈকোন্দা
তখেল্লে লৈরাং লৈনম পুবিগুম ;
চিঞ্জগে পামজনা পাখঙ নাপ্পদা
যৌবন পুন্সিলোইদ্রিফাওবা। (লা. ৪৩)

মসি রোমন্টিক কবিশিংগী হৌনশানি-ওইররোইদবা মঙলান অমবু আশা তৌবা, হৌখ্রবা পুন্সিগী থৌদোকশিংবু নীংশিংদুনা নুংনাংজবা,থম্মোয়দা তাশোন ওইহৌবা অদুগা লেমহৌরিবা পুন্সিনা অনুতাপ ফংহৌবা, মমৈথঙদা অশি-অচংগী ৱাংমদা লৈবা মশক্তুনি।

জে এস কোন্সমদি মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেলদা নৌনা শক্তাক্লিবা অইবা

অমা ওইরবসু ডা. কমলগুম, খুমন্থেম ইবোহলগুম, শরত অরাম্বমগুম (১৯৩৩-১৯৭৮) অমদি তোকপম ইবোমচা (১৯৪২-১৯৭০) গুম রোমন্টিক কবি অমা ওইরবনি। মণিপুরী শৈরেংগী খুৎই অমদি খুৎফোঙদোক্তা এক্সপরিমেন্ট তৌরিবা শৈরেংগী লামায় অমা হাংদোক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা শৈরেংগী অনৌবা মশক অমা পুথোক্লবা হোৎনবগী মমি-অইবশিগী শৈরেংসিদা উবা ফংই। ঙসি ফাওবদা মণিপুরী শৈরেংদা স্ট্রিম ওফ কনসসনেস টেক্নিক শিজিন্নবগী মশক অসি ইথেং থেংনখিদ্রি। অতেনবা শৈরেং খরদদি য়াম্না তোয়না থেংনখ্রবসু খণ্ড কাব্য অমদা মপুং ফানা উৎনবা হোৎনখিবসি জে এস কোন্সমনা অহানবনি হায়দবা ঙমদে। Marcel Praust (Paris:1871-1922) না চহি তরা চংনা পুথোকখিবা ব্রাখল্লোন-"In search of lost time" উৎপা লাইরিক, **La Recherdch du Temps perdu** গী মমি **তেংথারোল** দা তারি। মসি অনৌবা চাংয়েং অমনি। মসি নত্তবা অতোপ্পা কবিনা শিজিন্নবা থোইদোক্লা পনবা য়াবা টেক্নিককী মশক অমদি ড্রিম ভিজন নত্ত্রগা ড্রিম সাইকোলোজি অসিনি। Swiss সাইক্রেট্রিক Sigmund Freud (1856-1939) অমদি C.G. Jung (1875-1961)- নচিংবনা হৌদোকখিবা- মীওইবগী ভাবতা ফোঙদোকপদি ঙমদবা অদুগা তোয়না নিংশিংবগী শক্তিদি মাংদবা, ফোঙদোক্লবসু মপুং ফাদবা, ফোঙদোক্ত্রগনা অৱাৎপা হেক্তা মরৈবা- অসিগুম্বা মশক অসি মঙলান্দদি (ড্রিম ভিজন) মপুং ফানা ওইথোকই হায়বা ব্রাখল্লোন অসি জে এস কোন্সমগী শৈরেংসিগী মতাং খরদা য়াম্না ময়েক শেংনা শিজিন্নবা থেংনৈ। কবিনা মাগী পুন্সিদা খনখিবা, আশা তৌজখিবা অদুগা তাইবঙ পানবগী চৎনবীদদি নিরাশা ওইনা থোকখ্রবা সংযোগকী মশক অমবু ড্রিম ভিজন অমদা অসুম্না পাউদমলি-

নোংমসু মঙলান্দা লাক্লস্বা মোমোন মীনোক্তা<br>
কায়নখ্রবিনি কাউথোকলুই চানরিবীনি খল্লুই ;<br>
য়াওররি মঙলান্দুদা মিৎচিনা য়েংখিবা<br>
তোয়না তোয়না চোয়জাইনরবী শমলাংলক্তগী। (লা. ১৯)

অমুকসু কবিনা মাগী অপাম্বদু ফোঙদোক্লদুনা মখা তানা হায়রি-

উনসি লাকউ মঙলানসিদা<br>
ফনেক খোয়খা শেৎলদুনা<br>
নাপ-লৈরাং হায়র-হুম্লদুনা<br>
নিঙোল শম্লাং থাদোক্লুনা। (লা. ২০)

রোমান্তিক লোঙ্গিংসকী মশক অমা মতাংসিদা উৎলিবসি কবিগী পেলহৌদ্রবা পুন্সিগী মীকুপ্তুনি। শৈরেংসিদা উৎলিবা অতৈ অতোপ্পা মশক খরদি- মাগী চান্নবীগী শকওঙ শাবান শিংথবা, মহৌশা খুৎশেমগী পোৎলমশিংবু মীওইবগুম্না পার্সোনিফাইদ করেক্তর ওইনা শেমগত্নুনা মাগী চান্নবীগা মরী লৈনহন্দুনা উৎনবা লাক্লবা, (খুদম ওইনাঃ মেরাগী থাবল, মালঙবা, লৈচিল) অমদি হেদোনিজমগী মতাংনচিংবনি। খুদম ওইনা-

নুজা শল্লাং চিংহৌগে
অয়ো ফাউনা লৈজহৌগে। (লা. ২১)

অতোপ্পা মতাং অমদনা-

থকহনখিনে মিৎম্রাসে লৈরিকচেনবী লৈকানা
হুখিনে পুক্লিংসে নুংশিবা লৈরাং লৈনম্না। (লা. ৩৩)

অমুকসু এরোটিক ভিজনগী মুর্ত্তি শাগৎলদুনা য়েক্লি-

অহিংদুদা- চিক্লি মল্লবা অহিংদুদা...
ইকায়-ইকি থাদোক্নুনা ফিগোন্নবি ফিরেপতা।(লা. ৫৩)

শীজিন্নরিবা লোন্দা পুদা অমদি লোনশেমদা অনৌবা মওঙ অমা উবা ফংই। কবিনা মাগী কাব্যদা শিজিন্নরিবা লোনদা অথোৎপা-অমেংবা তাবদা ঈশৈগী সুর অমগুম্না তানিংহনবা- ব্রাহ্বেগী যাদু অমা য়াওরি। মসিগা লোয়ননা ইমেজরিগী মশকসু উবা ফংই। খুদম ওইনা রোমান্তিক এগোনিগী মতাংসিদা কবিনা ফোঙদোক্লিবসি য়েংসি-

তেংথাজবদনি নুংশি-তোর্বানদা ফমদুনা
লোছোক্তবা থম্মোয়দা চাক্লিবা মৈচাক;
লৌজবদনি নুংশিবগী মৈচাক 'কায়নবা'
বিধিনা তন্বীবা মপোক অসিদা। (লা. ৫)

কায়নরমদাইগী মীৎকুপ্তা ওইরকপা শোকচিল্লবা ফিভম অমদি শাওঙ শাবান য়েকপদা মহৌশা খুৎশেমগী পোৎলমশিংগা চাংদম্নদুনা উপমা অলঙ্কারদা ফোঙদোকপা মতাংদনা-

য়োমখিনে ইংলবি নঙগী মায়থোং
অমকপা মচুগী অব্ঢাবা শকলোন্না
তুমিন্না লেপখি লিরিবা মালংবসু
লৈচিল্লক্তা লোৎখি নোংমদোন থাজসু। (লা.২৩)

অমদি কবিগী বসন্ত মতম (যৌবন মতম) লোয়শিল্লকপা অমদি পুন্সিগী

নাকেন্থা ওইরকপগী (অহল মতম ওইশিল্লকপগী) শক্তম উৎপদা-

লাক্লেনে, য়ৌরক্লেনে পুন্সিগী নাকেন্থা!
য়ৌরক্লবদা অসুম্না ইথা থাজদনা
ওইনদ্রে মাইথোঙসু মহৌশগুম, বসন্তগুম
ইহাং হাংনরে থম্মোয় অমসু অমসু। (লা. ৬৭)

কবিগী মীৎয়েং অসি Alex Comfort না রোমান্টিসিজমগী মতাংদা হায়রম্বা ৱাফম অমগা মরী লৈনবা মাগী ৱাহৈ-Romanticism is a traitor to humanity and an ally of death'. -নীংশিংবা য়াই।

শুপচিন্না হায়জরবদা জে এস কোন্সমগী খণ্ড কাব্য অসি নোংমদি শোয়দনা চন্নফম লাকখিগনি। লাইরিক অসি পারগা কবি জে এস কোন্সমগী অঙনবা যৌবন পুন্সিগী শরুক খরদি শোয়দনা খঙবা ঙমলগনি।

# কেশো সিংহ ইরেংবগী ট্রেদিসনেল্লোমদা নকশিনবা শৈরেংগী মশক

কেশো সিংহ ইরেংবা (১৯৫১-) ২১শুবা চহিচাগী অহানবা দিকেদ অসিগী হৌরকপা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎসিদা মণিপুরী সাহিত্যদা খোঙ থাংজিল্লকইবা অইবনি। মহাক ওল ইন্দিয়া রেদিও, ইম্ফাল (১৯৬৩) অমদি দুরদর্শন কেন্দ্র, ইম্ফাল (১৯৯৪) গী স্ক্রিপ্ট রাইটর অমসু ওইরি। **চেঙ্গুরকপা শৈরেংগী ঈচেল** (২০০২)- কবি ইরেংবগী অহানবা ফোঙবা শৈরেংগী এন্থোলোজি অমনি। ঈশৈ শৈরেংনা মপুং ওইরগা লাইরিক অসিবু মপুং ফাহন্নবা ওইনা পংশাং শাংদবা শৈরেং মঙাখকসু হাপ্লি। শৈরেংশিং অসিগী মপুং ওইবা মশক্তি- মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলদা কবিগী শৈরেংশিংসি লৈচল অমা ওইনা কচ্চবা, সাহিত্যগী লৈকোলসিবু অমুক নৌহৌনা হিঙ্গৎহনবা পাম্বগী আশা, ঈশ্বরগী মফমদা কবিনা ভক্ত অমা ওইনা চংজবা, মঙোন্দা থৱায় হকচাং য়াওনা কখোকচবা, মাগী মতিক মগুণবু শক শোন্দুনা শিংথাজবা, পোক্লফম লমদম মণিপুরবু নুংশিজবা, মরৈবাক মরমদমগীদমক্তা মথৱায় কখোকপা ফাওবা পাম্মুবা লৈরক্তবা পেত্রিওটিজমগী মমি তাবা ৱাখল্লোন, শান্তি পাম্বগী ঈথৌলাংবা, পুন্সিগী হিংবদা মমল লৈশিল্লক্তবগী মীৎয়েং অমদি অরোয়বদা রোমান্টিসিজমদগী নাহোকপা ঙমদবা, যৌবন মতমগী নুংশিববু ঈরাৎচবা- রোমান্টিক লোঙ্গিংসনা ত্রেজিক আইরোনি ওইরকপগী মশক্লচিংবা য়াওরি। মসিদি ট্রেদিসনেল ভিয়ু অমনি। অইবনসু হায়জে- 'নহা মতম ওইজরিঙৈদা ইজখিবা, ... ঈশৈ ময়েক ওইনা শিজিন্নবসু ময়াবা...' (অইবগী ৱারোল অমা, লা. VI) শৈরেংগী লাইরিকনি। মদুনা শৈরেং

পুন্নমকসি কবিগী পুক্রিং ব্রাখল নত্রগা থম্মোয়দা ফাওরকপা ঈহুল অমত্তুংবু সবজেক্টিব ট্রান্সফোর্ম তৌনবা হোৎনবগী মীৎয়েং উবা ফংই।

ঈশৈ শৈরেং হায়বসিমক্তবু অইবগীদি পার্সোনেল ভিয়ু অমগী সিঙ্গল ইমোসন অমবু ফোঙদোকপনি। মসিদি অইবগী মেজিক রিএলিটিগী মশক অমনি। কল্পনাগী মচুনা শংজিল্লবা স্নানা ঈঙ্গ্রি শিৎলবা তাইবঙপাল অমবু শাগৎপনি। মপাঙ্গোংগী অচুম্বদগী নাঙ্গোক্লগা নুঙগী ওইবা অচুম্ববু থিবগী লোইনাইদ্রবা খোঙচৎনি। কল্পানাগী সংসারবু মপাল নাইবা হৌনবরা? অদুগা মহৌশা খুৎশেমগী ফজবদা ঙাওরোইদবা কনা লৈবগে? মহৌশা খুৎশেমগী লৈরাং লৈপালবু ঈশৈ শৈরেংগী লৈচল অমা ওইনা কবিনা কল্পনা তৌদুনা প্রার্থনাগা লোয়ননা কচ্চরিবসি য়েংসি। কবিগী ব্রাহৈদা-

মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলসিদা
অচম্বা লৈপাল অমতংদি
লৈচল ওইনবা থাজরমগে।...
অচম্বা লৈরাংসিগী লৈনমদা।...
মীকুপ অমতং পোত্থারবদি
খুদোলজমল মহৈ য়াঞ্জরে।
থাজিনবগী থনবা নাইদ্রবা (লা. ১)

'মৈতৈ লোনচৎকী ইমা', 'কংলৈ মৈতৈ লৈমা ইমা ও!' অমদি 'কংলৈ অসিগী চনু পীবাসা' হায়বা ঈশৈ শৈরেংশিং অসিদসু কবিগী প্রার্থনাগী খোঞ্জেল তাবা ফংলি। জোন রস্কিন (১৮১৯-১৯০০) না ইং ১৮৫৬ তা হৌদোকখিবা অমদি মাগী শৈরেংদা শিজিন্নখিবা সাহিত্যগী টেক্নিক 'পেথেটিক ফেল্লাসি' গী ব্রাখল্লোন অদু কবি ইরেংবগী ঈশৈ-শৈরেংশিং অসিদা পুশিল্লক্লবা হোৎনরি।

কবি ইরেংবা- ঈশ্বরগী ভক্ত অমনি। পুন্সিদা লানবা হৈজদ্রবা, ঈশ্বরগী চরণদা চংজগে খঞ্জবনা মপুন্সিগী মথৌদাঙ ওইরবা সাধকনি। মাগী লৈজবা অপুম্বা মপু মঙোন্দা কত্থোকচবনা মাগী অপেনবনি। মপুগী চরণখাগী লৈরাং নির্মলদু খুঞ্জরগা নীংজবা কনাগী ঙকশমদা হুকচগে খঞ্জবা- মসিনা মাগীদি নিংজবা আশা থুংলে। মপু মঙোন্দা পুম্নমক কত্থোকচবনি হায়না লৌজে। মিষ্টিক কবি অমগী হৌনশানি। কবিনা হায়রি-

শিঙেল পরেং লেংলগা
মপুগী চরন্দা কচ্চগে।...

লৈরাং নির্মলদু লৌজরগা
নীঙজবা ওকশমদা হুকচগে
নীঙজবা আশা থুংজগে।
অনৌবা ঈশিং মরক্তা, (লা. ৫)

‘ঐগী ঈশৈ ময়েকপু’ হায়বা ঈশৈ শৈরেংদনা কবিনা ঈশ্বরগী মফমদা মাগী ঈশৈ ময়েকপু থব্বায় হাপ্পিয়ু অমদি সুরগী মরোল থোকহনবিয়ু হায়জবগা লোয়ননা নুংশিবগী ইনোৎ হাপ্পীদুনা মথৌদাঙ পাঙথোকপদা ঙমজনবা থৌইনশিন পীনবিয়ু হায়না নীজরি। ‘ইকোক নোঞ্জরি ননাইনা’ হায়বসিদনা জগৎকী মবুংঙো মঙোন্দা কবিনা ইবুংঙো মাগী খুয়া থম্বালবু ফংহনবিনবা প্রার্থনা কচ্চরি। অতে মিষ্টিসিজমগা মরী লৈনবা শৈরেং খরদি - ‘মঙাল নাইবা নখোঙখাদা ওঞ্জদুনা’- মসিদা ঈশ্বরবু মঙাল নাইবা পোৎশক অমা ওইনা সিম্বোলিক ফোর্মদা উৎনবা লাক্লবা, ‘খুরুমজরি নঙবু’- মসিসু ঈশ্বরগী মতিক মগুণবু শিংথাবা, ‘হে অচুম অরান খায়বিরীবা’ - মসিদা ঈশ্বরগী মফমদা কবিনা পাঙ্গল থৌনা পীবিয়ু হায়না চঙজবনি। শৈরেং অসিমক্তি আর.কে. শীতলজিৎ (১৯১৩-) গী ‘লীলা’ হায়বা শৈরেংদুগী মমি তাই। ‘মপোক লাংওল খুদিংদা’- মসিদা ঈশ্বরগী তোঙান তোঙানবা শক্লোনশিং অদুগী মরমদা শৈথাবগা লোয়ননা মঙাল ওইবা মবুংঙো মাগী থৌজালগী মৈরীদা চাকহনবীয়ু - মথম্মোয়বু মখোঙ খাদা নোনহনবীয়ু হায়জবগা লোয়ননা মনাই ওইনা লৌশিনবিয়ু নীজরি। মীৎয়েং অসিমক্তি বিশ্ব কবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর (১৮৬১-১৯৪১) গী **গীতাঞ্জলি** (১৯১০) নীংশিংদবা ঙমদে। ‘শিরগা লোইরবা তাইবঙসিদা নোলহনবীয়ু ননাইগী থম্মোয়বু’ (লা.১২) হায়বা মিষ্টিক- ভাব অসি কবি ইরেংবগী ঈশ্বরবু নীংজবগী সাধক অমা ওইবগী অরোয়বী পনখৈ অমনি। মসিমক ক্লাসিসিজমদা যুম্ফম ওইবা আধ্যাত্মিক্কী মমিনি। ‘ঈশ্বরনি খন্দুনা লাপ্তক্লা লেপ্লুরে’ অমসুং ‘অপঙবনা উজরে নঙগী খুৎশেমদি’ হায়বা শৈরেংশিংদসু **গীতাঞ্জলি** গী প্রভাব য়াম্না নীংথিনা তারি। তশেংনা হায়রবদা কবি ইরেংবা- মণিপুরী সাহিত্যদা ২১ শুবা চহিচাগী রবীন্দ্রনাথ কী গীতি কাব্যদা থাজবা কবিনি।

মথঙদা য়েংবা য়াবা কবি ইরেংবগী মীৎয়েংদি -মরৈবাক নুংশিবনি। পেত্রিওটিজমগী মশক অদুনি। মসিদা মরৈবাক পোক্লফম লমদম মণিপুর অসিগী মরমদা কবিনা শৈথাবনি, নুংশিবা উৎপনি, মগুণবু

ফোঙদোকপনি। পূন্নমকসিগী মথক্তা ঈ-মশেলবু অমত্তা ওইনা একটাগী থৌরিনা পুনশিন্দুনা শান্তি লৈনা পুন্না হিংমিন্নবদু পাম্বনি। 'ঈরৈবাক নঙমুক নুংশিবা' হায়বা শৈরেংদা কবিনা মরৈবাকপু কয়াম্না নুংশিজবগে হায়বদু ফোঙদোক্লি। মাগী ৱাহৈদা-

ঈরৈবাক নঙমুক নুংশিবা
থম্মোয়না ঈখৌনজবা
লৈতে অশেংবা মালেমদা।...
পাক চাউবী মালেমসিদা
লৈতে ইমা নঙগুম্বী। (লা. ১৭)

অসুম্না 'য়েংউ নুংশিদরা ইরমদমসে' -মসিদা পোক্লফম লমদমগী ফজবা উৎলি। 'পোক্লফম ইমা নুংশিবী'- মসিদা পোক্লফম লমদমগীদমক্তা থৱায় কখোকপদা পাম্মুবা লৈতে হায়না ফোঙদোকপা, 'পোক্লফম ইমা মণিপুর'- মসিদা পোক্লফম লমদমগী হৈরাং লৈরাং, চীং পাৎ তুরেল, পোম্বী চেক্লানচিংবদা মাগী মাগী মথৌদাঙ পাঙথোক্লবা অমদি ইমা পোক্লফম লমদমগী মীংলেনতবু কাউনুশি হায়না পাউমেনবা, 'ফজরম্বনিদকো ইমা কংলৈপাক'- মসিদা মণিপুরগী মহৌশা খুৎশেমগী ফজরম্বা পুম্বা মতমগী ঈচেলনা অহোংবা পুরক্লুনা ঙসিদি মীশি মীনাতনা থল্লবা খোঙফম অমা ওইরক্লে হায়বগী ৱাখল্লোন অমা শাগৎলি। শৈরেংসিদা ইরিবসি য়েংসি-

ঙসিদি য়াচঙবগী ধুপ মনম
পোলোইবগী মনম্না শিল্লরে,
ইমা নঙগী লাইশোল ঈশৈ
মহুৎ শিল্লরে তেংথা নাওইবনা। (লা.২২)

শৈরেং অসিমক্তি কবিগী মোর্দন সেন্সিবিলিটিগা লোয়নবা ঙরাং ঙসিগী পুন্সিদা থেংনবা মণিপুরগী খুনাই অমগী মশক্লি। ঐখোয়গী পুন্সিগী ইমুংদা থোকপা য়াবা অশেংবা ত্রেজিদিগুম্বনি। মণিপুরী পুম্বগী থম্মোয়দা পিটি এন্দ ফিয়ার ফাওরক্লবগী অকিবা সিন অমগী পাউদমনি।

অরোয়বদা পাউদম্বা য়াবদি- কবিগী গীতি কাব্যগী দর্শণ অসিনি। মসিদা শান্তিগী হৌরকফম থিবা অমদি রোমান্টিসিজমগী তোঙান তোঙনবা ফিভমগী মশক য়েকপা থেংনৈ। কবিনা মাগী শৈরেং 'শান্তিগী হৌরকফমদি নুংশিবনি' হায়বসিদা শান্তিগী ঈখৌলাংবা অমা মথম্মোয়দা ফাওরকপগা

লোয়ননা শান্তিগী হৌরকফম থিরি। ঐখোয় মশেল নুংশিনবতনা শান্তি পুরক্কনি হায়বদুদা কবিনা থাজবা থল্লি। 'নুংশিবা' হায়বসি 'একটা' পুরক্ক বগী লম্বীনি। মদুনা কবিনা মখৌ পোংনা মানা হিংলিবা খুনাই অসিগী মীরোলদা তাননবা লাওরি-

শান্তিগী হৌরকফমদি নুংশিনবনি,...
ঐখোয়গী খোঙজং শান্তিগীনি,...
ঐখোয় পুল্লসি ইমাগীদমক।...
ঐখোয় মশেল নুংশিনবতনা,
ইমাগী শান্তি পুরক্কনি। (লা. ৪৪)

মথঙদা- কবিগী মীৎয়েংদা উবা ফংবা রোমান্টিসিজমগী মশক্তি- রোমান্টিক লোঙ্গিংসনা মমৈথঙদা ত্রেজিক আইরোনি ওইরকপগী খমথেংবা কায়নবগী অৱাবা মপাউ পুবা পাউদম অদুনি। অহৌবগী মশক্তি - নহা ওইরিঙৈগী যৌবন মতমগী নুংশিবগী হৌরকপা লমদাং অদুনি। অপাম্বদগী নুংশিবনা হাল্লবা, আত্মাগী অশেংবা মশক অদু উৎপনি। মদুনা কবিনা 'নুংশি হায়বা নঙগী ৱাহৈনা' হায়বা ঈশৈসিদা মাগী চান্নবীবু তানবা শক্লি। কবিগী চান্নবীনা নুঙগুম থম্মোয় কনখ্রবদা- কবিনা নুঙগী থম্মোয়দুবু পামজরুই। নুঙগী থম্মোয়দি অৱাবা, নুংঙাইবা, কায়নবা- থুংনবনচিংবগী খেন্নবা লৈতে মঙোন্দা অৱাবা ফাওদে। মদুনা কায়নবদসু থম্মোয় নৌথদুনা খক কপ্তে। অদুবু কবিনা মাগী চান্নবগীগা কায়নবদা কপ্লিবসি নুঙগী থম্মোয় পাঞ্জরল্লবদি কায়না মৈশা লাংবগী চৈনা ৱাংমদা নোক্লমগদবনি হায়না ফোঙদোক্লি। মসিদি মীচেল অমগী মতৌনি। কবিনা 'নোংমদি ঐনা শাউখি' হায়বা ঈশৈদা পেন্দবা ফোঙদোক্কনা মাগী চান্নবীগী মফমদা তানবা শক্লি-

অদুবু ঙসিদি ঐহাকসু
নুঙগী থম্মোয় পাল্লক্লে।...
নুংশি মহাক কায়নবদা
অহীক্লবা থম্মোয়না কপ্লিবসে
নুঙগী থম্মোয় পাঞ্জরল্লবদি
ঐসু মাগুম নোক্লমগদবনি। (লা.৬৬)

মতাংসি ইংরেজি কবি পি বি শেল্লি (১৭৯২-১৮২২) গী **তেংথাখোল** দু নীংশিংহল্লি। কবিগী মীৎয়েংদি -নুংশিবগী পচ্চুংদি- কায়নবনি। কবিনা

কায়নবনা নুংশিবগী মগুণ সু লেপ্লী- নুংশিবদি থুংনবা নত্তে- নুংশিবদু ফংনবা তানবগী মহুৎতা নীংনবনি- নীংনবগী লোইনায়দ্রবা ঈপাক অমদা খোঙদাবনি। মসিদি লোংগিংস ইন ইনফিনিটিগী মশক্লি। কবিগী দষা তারবা ফিভমদু লোৎশিন্দুনা থম্বদি ঙমদে। মদুনা কবিনা কায়থরক্লবা নুংশিবগী মশক য়েক্লদুনা হায়রি-

তৎন-থানবা লৈররোইদবা
পুন্সিগী লৈপুলনি খল্লুবা
নুংঙাই মঙলান মঙলুবা
মঙলানগী আশা কায়রেদো।
এটোম্না হিরোসিমা মাঙহনবগুম,(লা. ৭০)

'মেংলবা থাবলদা মৈশা ফাওররে' হায়বসিদদি নুংশিবা হৈরুবা থম্মোয় অমগী তায়োন্নরবা, তুংলমচৎকী লমদাংদা মৈশা লাংহৌবগী মশক্তু উৎনবা হোৎনরি। মসিদি খমথেংনা ৱারবা থম্মোয়গী অয়ৌবনি। Romantic agony অমগী মশক্লি। নুংশিবগী মমল লেপ্পা মতাংনি। তাইনফম খঙদ্রবা নুংশিবগী মচরিৎ উৎপনি। মদোম নুঙদা চাকচবা নত্তনা- উপায়দি লৈতে। কবিনা কায়ন-মৈচাক্কী পনখৈদা নিংঙমদবা থম্মোয়গী চৈনা অদু অসুম্না উৎলি-

মেঙলবা থাবলদা মৈশা ফাওররে,
নুংশিবা লৈনমদা থম্মোয় কায়ররে,
নোংচুবা উরগা হৌখ্রবা ৱারী নীশিংলি,...
নোংমা নোংমগী থম্মোয় কায়শিল্লক্লি। (লা. ৭২)

'ইদোম তরক লেনজরগে' হায়বা ঈশৈ শৈরেংসিদা মশাগী অরোয়বা নুংশিবগী বীচারগী রায় অমা পীরদুনা-

ইদোম তরক লেনজরগে
নীংবা থুংদ্রবা লাংওনসিদা, (লা. ৭৫)

হায়না তেংথারি। H.J.C. Grierson গী ৱাহৈ- 'Romantic mood is always with us' হায়বদু নীংশিংহল্লি।

মণিপুরী সাহিত্যগী ঈশৈ শৈরেংগী কলা অসিদা কখোল্লবা কবি ইরেংবগী শৈরেংশিংসি মণিপুরগী লৈহাওদগী ওরিজিনেলিটি অমগা লোয়ননা শাগৎখিবা কবিগী কলাগী খুৎশেমনি। ঙরাং ঙসিগী মণিপুরগী পুন্সিদা শরুক য়ারিবা অইবনি। মদুনা মাগী খুৎইগী ৱাখল্লোন্দা মতম

মতমগী ওইবা সমাজিক দশণগী মমিসু তারি। মসি কবিগী পুন্সিগী লমদাং খরদা হকথেংনরুবা থৌদোকশিংদগী পীরকপা ঈথিলনি। অকক্লবা ঈশৈ শৈরেং খরদা থিম অমদি টেক্লিক্তা রিফ্রেইন ওইহনবা, লোকেল কলর শিজিন্নবদা আর্কাইজমগী মশক হাপচিল্লকপা, ক্রাফটসমেনসিপতা জরনেলিষ্টিক ষ্টাইল শীজিন্নবা অমদি ড্রামাটিক মোনোলোগনা কবিগী নুংগী মশক উৎনবা হোৎনবা পূম্নমকসিগী মথক্তা ট্রেদিসনেল কবিশিং- মরুওইনা চাউবা, কমল, মীনকেতন, নবদ্বীপচন্দ্র -নচিংবগী ব্রাখল-মীৎয়েংলোমদা হেন্না নকশিনবগী মীৎয়েং উবা ফংই। মদুনা কবি ইরেংবগী শৈরেংশিংসি ট্রেদিসনেল্লোমদা নকশিল্লি।

## শান্তিবালাগী শৈরেংদা নুপীগী তোঙান- তাঙানবা শক্তম

ইং ২০০৬, ডিসেম্বর ৩০, থাঙজা নুমিত্তা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর মশা লোইশঙনা **অমুবা মীৎখুমফি** (শৈরেং: ২০০৪) হায়বা শৈরেংগী এন্থোলোজি অসিদা লোইশঙ অসিগী ৫ শুবা ওইনা পীবা সাহিত্যগী মনা, **ডা. খোইরোম তোমচৌ নীংশিং সনাগী মেডল** পীদুনা ইকায়খুম্নখ্রবী ডা. কোইজম শান্তিবালা (১৯৫৮-) ২১ শুবা চহিচাগী অহানবা দিকেদসিগী মনুংদা থোক্লকখিবী মণিপুরী অইবা / অইবীশিংগী মরক্তা শীংথানবা য়ারবী অমনি। ইং ২০০৬ তা **থিয়েটর অমদি সাহিত্যগী বারেং খরা** অমদি **তল তরেৎ** ফোঙখ্রে।

অইবীসি মণিপুরী সাহিত্যদা শৈরেংগী ঈচেলদা বুদ্ধি লৌশিং শিজিন্নবগা লোয়নননা অনৌবা চাংয়েং তৌদুনা, অনৌবা টেক্নিক শিজিন্নদুনা আশা অমদি শীংনবগা লোয়নননা মণিপুরী শৈরেংগী লমদা মাইরোং য়ানা চংশিনবা হৌরক্লি। অইবী অসিগী **অমুবা মীৎখুমফি** (২০০৪-) হায়বা শৈরেং লাইরিক অসিদা **ডা. খোইরোম তোমচৌ নীংশিং সনাগী মেডল, ২০০৬** পীবগী সাইটেসনদা অসুম্না ইরি-

> ... নুপীশিংদতা য়াওবা থম্মোয় ঈহুল, মখোয়না সমাজসিদা কল্লিবা মফম, লৌরিবা থৌদাং অমসুং হৌজিক্কী মতমগী পুন্সি মহিংনা পীরিবা হিংবগী চৈনাখোল শৈরেংশিংদা নীংথিনা মঙাল তারি....।

**অমুবা মীৎখূমফি** (২০০৪)ঃ

অইবীনা ইং ১৯৯১ দগী ২০০৪ ফাওবগী মনুংদা খনখিবা, থম্মোয়দা ফাওখিবা, পুন্সিদা থেংনখিবা অমদি মশক নাইবা কবিশিংগী ইনফ্লুয়েন্সনা পিরকপা জ্ঞান লৌশিং- অদু শৈরেংগী কলাদা ওন্থোক্লুনা

চাংয়েং অমগা লোয়ননা পুথোরকপনি। মোদর্নিজমগা পোষ্ট মোদর্নিজমগা অনিগী পুনশিনবা মশক্তি। মণিপুরী সাহিত্যদা নৌনা থোকপা কলাগী মচল অমনি।

শান্তিবালাগী শৈরেংগী মপুংওইবা মশক্তি -নুপী ওইবীশিংগী তোঙান-তোঙানবা চরিত্রগা লোয়নবা শক্তমশিং অদু উৎনবা লাক্লবনি। নুপী ওইবীনা লৌরিবা থৌদাং, মমা ওইবীগী হক, মতমসিদা ওইরিক্লবা নুপীগী মশক, নুপীশিংদা য়েংলিবা খুন্নাইসিগী মীৎয়েং, মমাগা মচাগা লৈনবা মরী, ইতিহাস নত্ত্রগা মিথোলোজিদা য়াওরিবা নুপীগী ফিদম-মখোয়গী ফিদা অদুগা ঙসিগী মীরোলনা লৌনরিবা সমাজসিগী তোঙানবা ৱাখল্লোন-নচিংবনি।

শৈরেং খরদং লৌখৎচরবদা -'ৱাহং', 'লানবন ঙাকপী', 'চরা অমা', 'অবোক', 'নিংখায়থ্রবা নঙগী শম্ভুল', 'নুপীলান' অমসুং 'অমুবা মীৎখূমফি' -নচিংবা। মিথোলোজিদা ফিদমগা লোয়ননা উৎলিবা নুপী ওইবী খরগী চরিত্র-কুন্তি, সীতা, রাধিকা, শকুন্তলা, হেলেন নত্রগা থোইবী -নচিংবা খরগা ঙসিগী নুপী ওইবীশিংগা করিসু খেন্নবা লৈতে। অদুবু ঙসিগী ভারততি অচুম্ববু উবা ঙম্বগী মীৎ অদু লৈত্রে। ধৃষ্ট্ররাষ্টনা মমিৎ উখিদবগুম -গান্ধারীনা সতিত্ব ধর্ম্মবু চেৎনা থাগোন্নজনিংবদগী মপুরোয়বগী মতৌগুম অমুবা মীৎখুমফিনা মমিত্তু চেৎনা কিশিনখিবদগী অচুম্বা উবা ঙমদ্রে। মতাংসিদা অইবীগী আশাদি মাংদ্রি। থৌনা লৈরি। অইবীনা লাওরি-

> হাংদোকউ গন্ধারী
> নঙগী অমুবা মীৎখূমফি। ...
> থেম্বীয়ুনে ইমা নীংঙমদ্রবা থম্মোয়শিংবু
> থোইথুম্নরবা য়াৱানা
> লৈতাদ্রবা গনতন্ত্রগী
> অনৌবা ভারত লান থোক্লক্তনবা। (অমুবা মীৎখুমফি, লা. ১০০)

শৈরেং অসিগী মপুং ওইবা ৱাখল্লোন অসি হিন্দি নাট্যকার, ধর্মবীর ভারতী (১৯২৬-১৯৯৭) গী পোইতিক ড্রামা, অন্ধযুগ (১৯৫৫) নীংশিংহল্লি। ঙসিগী মৈতৈ নুপীশিংদি খুত্তা মৈরা পায়দুনা পম্বুংফম খঙদনা চৎলিবা মচাশিংগীদমক্তা লানবন ঙাক্লি- (লানবন ঙাকপা), অদুগা চরা হেন্নবী অশোনবী মমা অমদি অপিকপা মচাশিং অদুবু চরা অমত্তং পীজনবগীদমক্তা

শক ফজবী নুপীনা লীলা য়াওরি, মন্ত্রিগী নুপী ফাওবা শরি-(চরা অমা), অহল ওইরবী শোল্লবী হনুবী অমনা খুরবা কাখুনুংদা মশুশিংনা নীংতম্বা পুরক্লবা চৎখ্রিবা- মখোয়বু য়েংজরগা- মখোয়গী পুক্সি মহিং মরেল অদুগীদমক ব্রাজরি- (অবোক), ইতিহাসকা মরী লৈনবা থৌদোক্তনা ডিসেম্বর ১২, ১৯৩৯ দা থোকখিবা 'নুপীলাল' -অদুদা শরুক য়াখিবী মৈতৈ নুপীশিংগী থৌনা লিংজেল শিংথাবগা লোয়না অইবীনা অনৌবা নুপী লান অমা থোরকপা পাম্লি -(নুপী লাল); অরোয়বদা অইবীগী মীৎয়েংদি ইমা মণিপুরনা ওইরক্লিবা মশক অসি উৎপনি। মতম অমদদি মোমোন নোকচবা ফংজখিবা ইমা মণিপুর-ঙসিদি ঈ মশেল য়েংথিনবগী, নাইতোম তাবা পাম্নরকপগী চৈথেং নংলে- অমত্তা ওইবগী অপুনবা শক্তমসু লৈরক্রে। অদুবু অইবীনা অপুনবা খুন্নাই অমদি শাগৎনবা হোৎনরি। অইবীনা হায়রি-

অদুগা ইমা,
অমুক্সু পুনখৎকে হোৎনরি
নঙগী শম্মুল
মচীল-মনাওগী
ঈ তৈরবা খুবামশিংদুনা। (নীংখায়গ্রবা নঙগী শম্মুল, লা. ২৮)

মথংদা অইবীগী শীংথাবা য়াবা শৈরেং খরদি- ট্রেভেল লিটরেচরগী ষ্টাইলদা ইবা- 'অতিথি'(মসিদা অইবীনা ভারতকী মমিং চৎলবা মফম কয়াদা চৎলুবদা নুংঙাইবা-অপেনবা কয়া থম্মোয়দা ফাওরকপা অদুবু মমৈথংদদি ভারতকী মফম খুদিংদা কাঙলুপ অমগা অমগা য়েক্লবা ওইরকপা, ঈ মশেল হাৎনবগী ইরাং কয়ানা শান্তি লৈরক্তনবগী মরু হল্লকপগী মশক অদুম্মক মণিপুরদসু লৈরম্লে হায়বগী মীৎয়েং) অমদি 'কোলকাতা'-(দনা অইবীনা কোলকাতাগী ওইরিবা ফিভম-মফমদুগী মীওইশিংগী পুক্সি মহিং উৎনবা লাক্লবা); চরিত্রদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপা শৈরেংদা-'জহেরা' -মসিদা হিজম অঙাংহলগী উপন্যাস, জহেরা (১৯৬৪) দা মরুওইবা নায়িকাগী শক্তম লাংলিবী জহেরাগী ব্রারীগা ঈরোয়ননা ঙসিগী ধর্মগী অথিংবা পল লৈরক্রবা মীওইবগী লিচৎনা কৈশাল ওল্লবা মতমসিদা কুঞ্জোগুম্বা চরিত্র পুথোকপা পাল্লকপা- জহেরা লিশিং লখাগী খোল্লাওবু তাবিবা পাল্লকপগী মীৎয়েং থল্লি। 'নেতা ইরাবত' (-দনা হিজম ইরাবতপু নিপালক্তগী অথোইবা, লময়ানবা, থম্মোয় চাউবা, মঙাল পুবা অমদি মহাবীর অমা

ওইবগী মগুণ চেনবা- মণিপুরী খুনাইগী আইকোনিক ফিগর অমগী মশকশিং শিংথাবগা লোয়ননা অমুক হন্না অচুম্বগী ফিরাল পায়দুনা মালেমসিদা শায়োল্লকখো হায়না অইবীনা হায়জরি-

হে লময়ানবা কবি!...
লেপ্পসনু নচাশিং অপুনবগী শক্তিদা!...
হৌজিক্তি নহাক
শোয়দনা লেপ্তবা য়াদ্রবনি
অচুম্বগী ফিরাল পায়রদুনা
নচাশিংগী মীৎকী মাঙদা। (লা. ৯৬)

মোর্দন সেন্সিবিলিটিগা নকশিন্নবা পোষ্ট মোদর্নিজমগী মমি তাবা- মোদর্নিজম অমদি পোষ্ট মোদর্নিজম অনীগী য়ানশিন্নবগী মশক্তা চাংয়েং তৌরিবা-'শমজিরৈ অমদি ঐ'- মসিদা- নীংতম্বদি পামজবা, নীংতম্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাঙসু লৌরুবা -অদুগা পম্বুংদুদি ফংখিদ্রবা, 'খোঙচৎ অমা' -দনা য়ুমগী মৌ ওইবীশিংনা হল্লকপা নাইদ্রবা মচাশিংবু লাকখিনি খন্না ঙাইরিবা মীৎয়েংসি সেম্যুল বেকেট্ট (১৯০৬-১৯৮৯) গী ট্রেজি-কোমেদিদা শাগৎপা এক্ট অনীগী ড্রামা, **Waiting for Godot** (1952) গী ৱাখল্লোনগী মমি তাই। মমা ওইবীগী খোল্লাংবু মচাশিংগী মচিনবান্দা ইন্নিংবগী ঈথৌ লাংবা লৈরিবা- 'লাংতক্লবা' অমদি 'অকিবা' - অনীসিনা ঙসিগী নুপী ওইবীগী থম্মোয়দা অকনবা চৈনা পীরক্লিবা মশক্তু উৎপনি। ঙরাং ঙসিগী পুন্সিদা থেংনরিবা -অচুম্বা য়াওদ্রবা, বীচার লৈরক্তবা, মীশি-মীনা তোইরবা অমদি শক্তি লৈবা কাঙবুগী খুবামনুংদা ঙসিগী খুন্নাইনা হিংলিবা মহিং-মরেল অদুগী মশক উৎপনি। শৈরেংসিদগী পরেং খরদং লৌখৎচরি-

য়ুমগী মৌশিংনা
হল্লকপা নাইদ্রবা মচাশিংবু ঙাইরি
মশাগী ঈনা শুমথরবা খোল্লাংবু
খৌবুম থন্না ইনবিনিংলি। (লা.২১)

অমদি 'অকিবা' -দনা শিরবা মতুংদদি ঐখোয়গী থৱায় চেক্লাশিং অসিনা ঐখোয় মশেল হাৎন-শুনখি, খৎন-চৈনখি, নুংঙাইনখিদে হায়বগী ৱাখল অসি কাউথোক্লখিনি। মদুনা অশাওবা য়েংথিনবদু থাদোক্লদুনা খুৎশম্নুনা পম্বুং য়ৌনবা চৎমিন্নরসি হায়রি। মিথিকেল মেথদ শিজিন্নদুনা মোর্দন

সেন্সিবিলিটিগী মশক্তা পুথোকপা 'ব্রাহং' অমদি 'অমুবা মীংখূমফি'-নচিংবা শৈরেংশিংদি পোষ্ট- মোদর্নিজমগী মায়কৈরোমদা হেন্না নকশিল্লি।

অরোয়বদা নৈনবা য়াবা শৈরেং খরদি- অইবীগী পার্সোনেল ভিয়ু অমা উৎলিবা মোইরাং কংলৈরোলগী ব্রারীগা ঈরোইনবা -মহৌশা প্রকৃতিগসু মরী লৈনবদা-'লোক্তাক' (মসিদা লোক্তাক্কী ফিভম্না নোংমা-নোংমগী কায়থরকপগী শক্তম অমদি লোক্তাক্কা মরী লৈনবা মোইরাং কংলৈরোলগী ব্রারী শিংবুল -নচিংবা কাওথোক্লরকপগা লোয়ননা লোক্তাকসু মণিপুরসু পুমমাং মাংখ্রগনি হায়বগী নুংনাংবা ফোঙদোকপা মতাং), 'শহীদ' -(দনা হিংলিঙৈদনা শহিদ অমা ওইবগী মগুণ য়াওখিদ্রবসু -শিখ্রবা মতুংদদি মীয়াম্না মাবু শহীদ অমনি হায়না লৌদুনা মাগী মূর্ত্তিদা মীংকী পীগা লোয়ননা ধুপ-থাউমৈ-লৈ কত্তুনা পূজা তৌবগী মতাং -অমদি মসিদা অইবীগী সার্কাজমগী মীৎয়েং), 'মুর্ত্তি' -(দদি রাধাগী ফিদম্বু ঙসিগী নুপীশিংদা মমি তাখ্রবদি নৌনা কেন্নুনি হায়বগী থাজবা), 'মিংশেল' -(দনা অইবীনা মশাগী অশেংবা শক্তম উবা ঙম্নবা অশেংবা মমি তাহনবা ঙম্বা মিংশেল অমা পাম্বা), 'অনৌবা চহি' (দনা অনৌবা চহি লাকপদা অইবীনা ওইহনবা পাল্লিবা মণিপুরগী অমত্তা ওইবগী শক্তম অমদি ব্রাশক্কী থৌরিনা চেৎনা পুল্লিবা কিশি অসিবু থোকহন্নিংবগী অপাম্বা), 'ঈকাইবা' -(দনা শেলবু লৈরবদি অচুম্বসু লৈরে, হায়বগা লোয়ননা অচুম্বগী ফিদা ফাওবা কোনশিনবা ঙম্মী হায়বগী মীৎয়েং), 'কায়নবা' -(দদি মহৌশাগী খুৎশেম ওইরিবা -নুমিদাংব্রাইরমগা অহিংগা অনিগী ফজবা মশক্কু শিংথাবগা লোয়ননা অহিংগী মতম লোয়রগা নোংঙাল্লনি হায়না পাউদম্বা - অহিংগা নোংঙাল্লকপগা অনিগী কায়নবগী ব্রাহম্বোক উৎপা মতাং) অমসুং 'পুন্সি অমা চুরুপ অমা' (দনা চুরুপ মচৈ অমগী মপুন্সিগা মীওইবগী পুন্সিগা চাংদম্নদুনা -কম্পরেটিভ ভিয়ু অমা পীবগা লোয়ননা চুরুপ্পু সিম্বোল ওইনা মীওইবগী পুন্সিগী মশক্তা শাগৎপা মতাং) -নচিংবনি।

লাইরিক অসিদা অইবীগী পাক চাউনা য়েংবা ঙম্বা মীৎয়েং, মল্টি ফেসেট ওইবা আইদিয়া অমদি অনৌবা চাংয়েং তৌরিবা টেক্নিক খরা শিজিন্নবগী মতাং থেংনরি। শৈরেং অয়াম্বা কমপ্লেক্স ওই -সাধারণ মীচম্না পাবদা ইরাই লাইনা খঙবা ঙমদে। দিসকোভর তৌরবা ইমেজরি অমদি সিম্বোল -নচিংবা মতাং চানা য়াওহনবসিনা শৈরেং খরগী মগুণ

হেঙ্গৎহল্লি। খুদম ওইনা ইমেজরি খরা পল্লবদা- 'অতিয়ানা ইল্লক্লে ব্রাউথাংনবা ইন্নফি' (ব্রাহং), 'কোরৌহনবগী মৈরীনা থাকন খল্লদুনা' (শমজিরৈ অমদি ঐ), 'যুবী পাম্বীগী শল্লাংশিংনা' (অতিথি), 'অকংবা উনাগী হকচাংশিং অসিদা' (অকিবা) অমদি 'পোম্বোম্নরবা আশাশিংনা' (ঈখৌলাংবা), সিম্বোলগী মশক্তনা- 'অমুবা মীৎখূমফি', 'নোঙ্গৌবী', 'চুরুপ', 'তাৎকী মায়খুম' অমদি 'নীংখায়খ্রবা শন্দুল' -নচিংবা থেংনরি। হেদোনিজমগী মতাংসু য়াওরি। খুদম ওইনা পল্লবদা-

অদুনা ব্রারৌগনু
শুপ্নগী মীৎকুপ'মক্তং
চুরুপসে থককে
খৌরাংবা কোক্লবা। (পুন্সি অমা চুরুপ অমা, লা.৮৫)

'ব্রাহং' হায়বা শৈরেংদনা সিনেমাটোগ্রাফিক টেক্নিক শিজিন্নে। ট্রেভেল লিটরেচরগী ষ্টাইল নৌনা পুশিল্লকপা, ড্রামটিক মোনোলোগ শীজিন্নদুনা শৈরেংগী অনৌবা শক্তম শাগৎনবা লাক্লবা, মিথিকেল মেথদ শিজিন্নবা অমদি মিথোলোজিকেল কন্সেপ্ট নত্তগা হিষ্টরিকেল পার্সপেক্টিভ হাপচিল্লকপা -নচিংবা অসিনা ডা. শান্তিবালাগী শৈরেংশিং অসি মগুণ য়াওবা অব্রাংবা কলাগী থাক্তা পুখৎলকপা ওন্মী। শুপচিন্না হায়জরবদা- শৈরেং লাইরিক অসিনা নোংমদি শোয়দনা অইবীগী মফম অমা মণিপুরী সাহিত্যদা কনবা ওল্লগনি।

# কবি বাবুধনগী শৈরেংদা পার্সোনিফিকেসন

মণিপুরী সাহিত্যনা চহি ২০০ রোম ঈরোলনুংদালুপ্লরবা মতুংদা নৌহৌননা রিভাইবেলিষ্ট পেরিওদ (১৯১৫-১৯৪৫) গী কবিশিং- চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০), ডা. কমল (১৯০০-১৯৩৪), অমদি অশাংবম মীনকেতন (১৯০৬-১৯৯৫) নচিংবগী খুৎই অমদি মফোঙদোকপুসু পামজবা অদুগা হৌজিক হৌজিকমক য়াওন্নরিবা পুন্সিগী থম্মোয় ৱাখলনদি অনৌবা মতমগী চৎনবী, পুন্সি মহিং, সভ্যতাগী হোংলক্লিবা মশক নচিংববুসু থাদোকপা ঙমদবা পার্সোনেল এক্সপরিয়েন্স অমদি থম্মোয় ঈহুলগা লোয়ননা ইমোসন অমদি ফিলিং অনি পুনশিন্দুনা -ক্রিয়েটিভ আর্ট ফোর্ম অমদা পুথোরকপা- **লৈচল** (২০০৬) -কবি বাবুধন (১৯৪৭-)গী অহানবা খুৎমাবা শৈরেং লাইরিকনি। কবিনা ডিমাপুরদা লৈরিঙৈদা খনখিবা, থম্মোয়দা মমি তাখিবা অমদি হকথেংনখিবা এক্সপরিয়েন্স কয়ানা কেটালাইজ তৌরগা পুথোরকপা সাহিত্যগী খুৎশেম অমনি। কবিনা মীরমদা লৈবগী হৈনদবা, নাইতোম তারকপা, পুন্সিগী অফা-অপুন্নবা মহিং অমদি তৌফম খঙদ্রদুনা সরকারগী ক্বার্টরদা লৈদুনা কলম্না খুৎলায় অমা ওইনা কল্পনাগী মঙ মঙখিবনি। মমাংঙৈ পুন্সিগী হৌখ্রবা ঈপাক অমদা ঈরাক্লরুবনি। মদুনা কবিগী শৈরেং খরগী মপুং ওইবা মশক্তি- পার্সোনিফিকেসন্দা শাগৎপা খুৎই অমদি মফোঙদোক অসিনি। পোৎশক অমা নত্রগা মতৌ অমবু মীওইবগুম শাগত্তুনা মীওইবগী ৱাখল খলহনবা, অহিংবা মথ্বায় পানবা পোৎ অমা ওইনা পুথোরকপা ঙম্বগী শক্তি- কবিগী শৈরেংদা উবা ফংই। মথ্বায় পান্দ্রবা পোৎ অমবু নত্রগা শোকপা পায়বা য়াদ্রবা, মিৎনা উবা ঙমদ্রবা, নাকোংনা

তাবা ফংদ্রবা, থম্মোয় ব্রাখলদদি খঙবা ঙম্বগী জ্ঞান লৈবা- (ইন্দ্রি মঙাগী জ্ঞান লৈবা)- সিম্বল ওইনসু লৌবা ঙমদবা, এলেগোরি ওইনসু পুথোকপা য়াদবা পার্সোনিফিকেসনগী মশক অসি কবি অসিগী য়াম্না হৈনজবা খুৎই অমনি। মসিদা অইবনা পুথোরক্লিবা শৈরেং খরদি- 'চুমথাঙ', 'ফম্বাল' অমদি 'য়াঙ্গংলবী তুরেল' -নচিংবা পনবা য়াই। 'চুমথাঙ' হায়বা শৈরেংদনা- চুমথাঙবু নুপী অমগী চরিত্রদা শাগত্তুনা মাগী ফজবা মশক শিংথাবগা লোয়ননা মাগী মতিক মগুনসু শৈথারি। অরোয়বদা কবিনা মাগী চান্নবী অমগুম্না কল্পনা তৌদুনা চুমথাঙনা অমম্বা নোংলক্তা লোংখিববু চান্নবীনা মাবু থৌওইবিদ্রদুনা চৎখ্রবনি হায়না ব্রারৌদুনা- কায়রবা মাগী থম্মোয়বু ফাথবগা লোয়ননা মথঙদা অমুক থেংনবা মফমদুদা কবিনা থম্মোয় পেন্না মাবু য়েংদুনা 'নুংশি ব্রাকৎ তম্লগে' হায়দুনা থম্মোয়গী ব্রা ফোঙদোক্লি। 'ফম্বাল' হায়বসিদনা মীওইবনা ফম্বালবু ফংনবা লাক্লবদা থাঙ-তা নোংমৈ কিদে। শিনি নানি খঙদনা মীয়াম্না ফম্বাল মাতবু মিহৌই। মদুনা 'ফম্বাল' হায়বসি শক্তি লৈবা, অপাম্বা খুদিং ফংহনবা, থোকউ হায়বা খুদিং থোকপা ঙম্বা, মতিক মগুন লৈবা মথ্বায় পানবা পার্সোনিফাইদ করেক্টর অমা ওইনা য়েক্লি। 'য়াঙ্গংবী তুরেল'- দনা য়াঙ্গংলবী তুরেল অমবু কবিনা অব্রা-নুংঙাই, অপাম পামদ মশাদা ফাওহন্দুনা- অহিংবা নুপী অমা ওইবগী মশক্তা শাগত্তুনা- য়াঙ্গংবী তুরেলসিগী অপাম্বা অনিংবা ফোঙদোকহল্লি। থাবুম ৬ অমদি মঙোন্দা অমোৎপা, পামদবা, ফত্তবা পোৎ কয়া হুনজিনবিরি- মাবু মীরাইবিরি। থাঙজৌনা য়োৎপাক্লা কোখোকপা ফাওবদা মহাক্তি শাউবা লৈতে। অদুবু থাবুম ৬ অমা লাক্লবা মতমদদি- মীওইবনা মাবু কিরকই। অরোয়বদা কবিনা য়াঙ্গংবী তুরেলগী মশক য়েক্লি-

অমৃত পুরিবা ঐহাকপু
নখোয়না করিগী মীরায়বা?
অমৃত অসি লৈত্রবা
জিবগী পুন্সি লৈরোইকো,
য়াঙ্গংবী ঐবু নীংশিংউ!
অমৃত চেনবীনি ঐহাক্তি। (লা.৪৪)

মতাংসিদা কবিগী মীৎয়েংদি- তুরেলসু মথ্বায় পাল্লি। মীওইবগুম্না অব্রা-নুংঙাই, অপাম-পামদ মশাদা ফাওই। মদুনা ঐখোয়না মাবু মীরাইবিবা

হায়বসি অরানবা থৌওঙ অমনি। মাবু কনবিসি হায়বনি। 'থাজগী ব্রাকৎ' হায়বা শৈরেংদনা নোংদোলথক্তা থোক্লিবা থাজবু শকহেনবী নুপীজা অমগী চরিত্রদা শাগত্তুনা কবিনা থাজগী ফজবা শিংথারি। শকহেনবী থাজগা লোক্তাক্কা লৈনবা মরীসু উৎনবা লাক্লরি। থাজনা লোক্তাক পাৎতা য়েংথরকপা মতমদা লোক্তাক্লা মায়থোং মকশিনবা উরগা- লোক্তাকপু মীরাইগনু মাদি মণিপুরগী মীংশেলনি- মণিপুরী জাতিগী শক্তম ঙাকপীনি হায়রি। 'মতম' হায়বা শৈরেংদসু 'মতম' বু অহিংবা, মথ্বায় পানবা, মথৌদা পুক্লিং চংবা, নুপা অমগী শক্তমদা শাগত্তুনা মাগী মশক তাক্লি। মতম মাদি- মমিৎ ১২ পাল্লি। নুংথং পায়। নুংথং পায়বা পাম্বোম্না হুম্ফুরক থাবা মতমদা খোঙথাং অমা থাংবা- মীৎফম অমা হোংবা ঙম্বগী শক্তি লৈ। মাবু ফংগে তান্নবদি অশিংবতনি। অপঙবা মীনদি মাবু থৌওইবীদে। মদুনা কবিনা মতমগী মমল খঙনা চৎকদবনি হায়না ইঙ্গিৎ তৌরি। 'কেলেঙুর' হায়বা শৈরেংদসু কেলেঙুরনা ইমুং অমগী অফ-ফত্ত, থৌদোক ব্রাথোক কয়াগী লম্বী তাকপীবতা নত্তনা দেব কর্ম্ম অমদি চথোক চৎশিন- নচিংবদা অফবা নুমিৎ থাবান তাক্লিবা চহি অমগী মপাউ পুবনি হায়রি। 'শেল' হায়বসিদনা শেলগী তৌবা ঙম্বা শক্তি উৎপগা লোয়ননা শেলনা খ্বায়দগী কিরিবা মীসি শেলবু পামদ্রবা- মীদুনি হায়রি। 'ঈশিং' -দনা ঈশিংবু পুম্নমক্কী থব্রায়নি- ঈশিং লৈত্রবদি পুম্নমক মাঙখিনি- তাইবঙ কনাসু লৈরোই হায়না ফোংদোক্লি), 'য়ুম' -দনা য়ুমদুদা লৈরিবা মীপুম খুদিংনা য়ুম মাবু থৌশাবিদ্রবা নুমিত্তু লাক্লবা মতমদুদা মাদি (য়ুম অদুদি) হিংনা হিংনা শিরবনি হায়না ফোঙদোক্লি। মতাংসিদা য়ুম্বু 'অহিংবা মী' নত্রগা 'পোৎ' অমা ওইনা সিম্বোলিক ফোর্মদা য়েক্লি। মসি অনৌবা চাংয়েং অমনি।

মীওইবগী খঙবা ঙম্বগী শক্তি মনুংদদি লৈবা, ব্রাখল অমদি থম্মোয়দদি ফাওবা -এবস্ট্রেক্ট ওইনা লৈবা 'ধর্ম্ম', 'অশাওবা', 'মীব্রা', 'নিয়ম' অমদি 'ব্রাখল' নচিংবা অসিসু মথ্বায় পানহন্দুনা অহিংবা মীওই অমগুম্না পার্সোনিফাইদ করেক্টর ওইনা শাগত্তুনা কবিনা তাইবঙ পানবগী লীলা শান্নহল্লি- মখোয়গী মথৌ তৌহল্লি। মখোয়গী অপাম পামদ অমদি অনিংবা অপান্বা ফোঙদোকহল্লি। মসিনি কবিগী তোপ তোপ্পা শৈরেংগী খুৎই অমদি মফোঙদোক- পার্সোনিফিকেসনগী মশক। শৈরেং খরদংগা

মখাচখদুনা য়েংসি। 'ৱাখল' হায়বা শৈরেংদা ৱাখলবু অহিংবা চরিত্র অমা ওইদুনা শাগত্তুনা কবিনা চাংয়েং তৌরি। ৱাখল- মাদি মালেমসিদা লৈরিবা খুৎশেম পুন্নমক্তগী খ্বায়দগী য়াংবনি। য়ৌগে খনবদা য়ৌবা ঙম্বা-অচৌ পীশক খায়দবা- শক্তি লৈবা চরিত্রনি। খ্বায়দগী য়াংবদগী খ্বায়দগী লুম্বা (পুবা ৱাবা) পুন্নমক মঙোন্দগী থোকহনবনি। মদুনা অফবতা খল্লগা অচুম্বতা তৌরগা নুংঙাই য়াইফবা ফংই হায়না পাউতাক পীরি। 'মীৱা' হায়বা শৈরেংদনা মীৱা হায়বসি মথ্বায় পানবা মী অমগী চরিত্র ওইনা শাগত্তুনা মীৱা ঙাংনবগী নুংঙাইবা, মীৱা ঙাংনবগী অমাংবা অদুগা পোলোয়দনা মীৱা ঙাংনবনা লাল্লি হায়না খঙলক্তুনা মায়থিরবা লাম্মীগুম মীৱানা তুমিন্না লেপ্তুনা খাঙবগী মশক্তু য়েক্লবা লাক্লে। 'অশাউবা' হায়বা শৈরেংদসুনি। ওহোক্লা তমথিনা শারকখ্রবা, লাক্ল-ফানা ঙমদ্রবা হিংচাবা অমগুম্না 'অশাউবা' বু কবিনা চরিত্র অমা ওইনা পুথোক্লি। ঙসিগী সংসারসিদা অশাউবনা ঙমদবা অমত্তা লৈতে। অশাউবগী শক্তি য়াম্না কল্লি- তৌরোই খল্লম্বা থবক্তু হেক্তা পাঙথোকই। মদুনা কবিনা অরোয়বদা 'অশাউবা মঙোন্দা অহুম্লক খছৌ -অদুনা নঙবু য়াইফহনগনি' (লা. ৭২) হায়না থেমজিল্লি। অদুগা 'ধর্ম্ম' হায়বা অসিদনা- লাঞ্জদ্রবা-কনাদসু অকায়বা তৌদ্রবা মীওই অমগী মশক্তা 'ধর্ম্ম' বু চরিত্র অমা ওইনা কবিনা পুথোরক্লি। মাগী মফমদদি অচুম্বনা অথোৎপনি, কখোকপনা মিংচৎনি- ফজবা পুকচেল মীহৌদবা থম্মোয়না অরুবা ঈপাক্লি-পুন্নমক্কী তুংনফমনি হায়বদু উৎনবা লাক্লে।

কবি বাবুধন - রোমান্তিক কবি অমনি। চাউবা কমল মীনকেতনগুম-মহৌশা খুৎশেমগী ফজবদা ঙাওজবা অইবনি। অঙনবা মতমগী কবিশিংনা মহৌশা খুৎশেম্বু খেন্ন-খেন্নবা শক্লোন কয়াদা উই। মদুনা মখোয়না ইরকপা শৈরেংশিংদা প্রকৃতিগী মফম অমা চাউনা কন্দুনা থম্মী। মহৌশাগী ফজবনা মখোয়বু লমথুং খঙদনা পুদুনা চৎলি- চিং পাৎ লৌবুক লম্মাং হায়বা থমদনা। অসুম্না বাবুধনসু মাগী শৈরেং খরদা প্রকৃতিগী মফম অমা চাওনা কন্দুনা থম্মী। মহাক্তি ডা. কমল (১৯০০-১৯৩৪) গুম্না মহৌশা খুৎশেমগী পোৎলম খুদিংমক অহিংবা মথ্বায় পানবা, থম্মোয় পানবা, তাইবঙ মীগুম্না মরোল থোকপা মুর্ত্তি অমা ওইনা শাগৎলি। মাগী শৈরেংশিংদা মহাক মশামক্লা মশাবু ফোঙদোকপা অমদি হায়দোকপা

অসিনি। কবি বাবুধনদি ইংরেজি কবি ৱার্দসৱার্থ (১৭৭০-১৮৫০) কুম্বনি। মাগী শৈরেং- 'লৈচিল' দা কবিনা লৈচিলগী ফজবা শিংথারি। লৈচিলগা মীওইবগী পল্লেপফম খঙদ্রবা ৱাখল-থম্মোয়গসু চাংদম্নরি। লৈচিলবু অহিংবা মথ্বায় পানবা জিব অমা ওইনা লৌদুনা- অতিয়াদা লশিং মফোলগুম্না লৈচিলনা মনিং তৌনা পায়খিববু-'অমকপা থম্মোয় কনাগী / পল্লেপফম নাইদবা ৱাখল!/ লৈচিল নঙনা উৎপরা?' (লা. ১২৫) হায়না কবিনা হংলি। 'শৈথাজবা' হায়বা শৈরেংদনা কবিনা মাগী পোক্লফম লমদম্বু কোল্লিবা মবুধৌ মার্জিংবু শৈথাবনি-, মতিক মগুন ফোঙদোকপনি। কবিগী ৱাহৈদা-

নোংপোক্কী চীংশাং পরেংনা
ঙাকশেল্লি নহাকপু,
ঈচেল লেপ্তবী তুরেলনা
খা-ৱাং শন্দোক্তুনা
নোংচুপ মায়কৈ ঙাকইদো...
ইবুধৌ মার্জিং মশাইগোন,
লমদম নঙবু নুংশিবী। (লা. ১৬-৭)

মতাংসি ডা. কমলনা 'চন্দ্রনদী' হায়বা শৈরেংদা মাগী পোক্লফম লমদম 'কাঞ্চিপুর' বু শৈথাবদু নীংশিংহল্লি। টি এস এলিয়ট (১৮৮৮-১৯৬৫) গী 'লন্দন', থোমাস হর্দি (১৮৪০-১৯২৮) গী 'ৱেসেক্স' অমদি পাচা মীতৈ (১৯৪২-১৯৯০) গী 'ইম্ফাল' -নচিংবা নীংশিংবা য়াই। অদুবু খুৎফোঙদোক অমদি ৱাহল্লোক খেন্নে। কবিগী শৈরেং, 'ৱাকচিংগী গুলাপ' হায়বসিদনা গুলাপকী ফজবা শিংথাবগা লোয়ননা অউবা খুদিংগী থম্মোয়দা কল্লক্তবা কনাসু লৈরম্লোই হায়না ফোঙদোকপগা লোয়ননা গুলাপকী মতিক মগুন শৈথারি। লৈরাং অসিগী ফজবনা ৱাকচিংগী উল্লেন ফাওবা নমহৎলি। মালংবনা মসিগী মগুন মফম খুদিংদা শন্দোকই। মহু পানবা খোইশিং ফাওবা- মাতগী লৈহিতবু মিহৌই। ঈশ্বর অমদি মপু নিংবা ভক্ত কয়ানা হরি মন্দিরদা কৎনবা মাতবু হেকপা লাকই। মদুনা অরোয়বদা কবিনা লৈরাং অসিদি মপুগী শিনথা ঙাকপদা উল্লেন ফাওবা তেমশিংনৈ- নাচুংদে হায়বগা লোয়ননা লৈরাংসিগী অখাং কনবগী থৌনাদুসু উৎলি। মতাংসিদা কবি চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০) গী শৈরেং, 'ৱাকচিংগী লৈরাং' হায়বদু নিংশিংহল্লি। 'চীংয়া-তময়া'

হায়বা শৈরেংসিদনা চীংয়া তময়াগী ফজবা নিংথিজবশিং অদু শিংথাবগা লোয়ননা মফমদুদা কবিনা লৈনিংলম্বা- অদুগা ঙসিনা মতমসিগী ওল্লক্লিবা সভ্যতাগী ঈচেলসিদা অকিবা অমদি চিংনবা ফাওরকপগী মীৎয়েং অমা উৎনবা লাক্লরি। 'তারমদাই নুমিৎ' হায়বা অসিদনা কবিনা তারমদাই নুমিৎকী মঙালবু কনাগুম্বী নুপীজা অমগী মুর্ত্তিদা শাগত্তুনা নুমিৎনা তাখিববু নুপীজা ওইবী অসিনা কবিগী মায়কৈদগী শমাই লৈদুনা চৎখিবনি হায়না লৌরি। মদুনা কবিনা মাতবু য়েংদুনা খাঙজহৌবগী রোমান্তিক লোঙ্গিংস অমা উৎলি। অদুগা 'অঙনবা অয়ুক' তনা নুমিৎনা চীংখৈ মৈরমদগী ঙাক্ত্রান্নবা মচুগী শক্লোনগা লোয়ননা শুক্ষৎনিংঙাই ওইবা শক্তমদা চীংদুম নাপোমদগী থোরকপবু শিংথারি। মথঙদা নুমিৎকী মতিক-মগুনবু উৎলি। অরোয়বদা, তাইবঙপানসিদা মঙাল পীরিবা, শক্তি লৈবা অমনি হায়না লৌরদুনা কবিনা মাগী মফমদা ভক্তি কচ্চরি। মীৎয়েং অসিদি পৌরানিক মতমদা মীওইবগা শক্তি লৈবা পোৎশিংগা মরী লৈনবা উৎপা অমদি নুমিৎপু মীওইবনা লাইগুম্না নীংনরম্বগী ৱাখল্লোন ফোঙদোকপা মতাং অমনি। মসি কবিগী মিষ্টিক অমা ওইবগী ৱাখলনি। 'চুমথাঙ' হায়বা শৈরেংসিদনা কবিনা মথ্বায় পান্দ্রবা, মীৎনদি উবা ঙম্বগী শক্তিগী মনুংদদি লৈবা- চুমথাঙবু শকহেনবী নুপী অমগী মুর্ত্তিদা পার্সোনিফাইদ করেক্টর অমা ওইনা য়েক্লি। চুমথাঙগী ফজবনা কবিগী থম্মোয়বু চিংদুনা পুরি। কবিনা মাতবু মমিৎ পেন্না য়েংনিংলি। অসিদসু নত্তনা মাগী মফমদা কবিগী থম্মোয়গী ওইবা ৱাহংসু হংলি-

থম্মোয় পান্দবীরা নঙবু?
করিগী ৱাহল্লি ঐবু ? (লা.১৯)

অদুবু কবিনা হায়জবা তাবিদনা- হংজবা ৱাহংগী পাউখুমসু পীবিরমদনা- চুমথাঙ মাদি অমঙবা নোংলক্তা চংখ্রে। নিংবা কায়রবা কবিনা মথম্মোয়বু ফাজিনজদুনা অরোয়বা ওইনা ফোঙদোক্লি- 'অমুক থেংনবা মফমদুদা/থম্মোয় পেন্না য়েংলগে,/নুংশি ৱাকৎ তম্লগে।' (লা. ১৯) হায়দুনা লোয়নাইদ্রবা অমবু ঙাইবা (Waiting for infinity) গী মশক অমা উৎলি। মতাংসিদা কবিগী ইমাজিনেসন্দা ঙমখৈ নাইদবা মশক অমা য়াওরি। থোইদোক্লা শিংথানিংঙাই ওইরিবনা- চুমথাঙবু কবিগী চান্নবী নুপী অমগী মুর্ত্তি ওইনা শাগৎতুনা সিম্বোলিক ফোর্ম অমদা উৎপা ঙম্বা অসিনি।

কবিগী শৈরেং খরদা থেংনরিবা ঈশ্বরগা মীওইবগা লৈনবা মরী উৎনবা লাক্লবা, পুন্সিগী নুংগী ওইবা ব্রাহস্থোক থিবা অমদি ঙরাং ঙসিগী মতমগা চুশিন্নবা থৌদোক-ব্রাথোক্কী পাউদম্নচিংবা মীৎয়েং খরসু য়েংবা য়াই। মসি কবি অসিগী ঙরাং ঙসিগী পুন্সি মহিং অমদি খোঙচত্তা থেংনরকপা কয়াদুগী এক্সপরিমেন্ট অমনি। নহা ওইরিঙৈগী অপাম্বা, মীহৌবা, কল্লকপা, য়েংথিবা, মায়া -নচিংবা লৈরক্লবা- অহল মতম ওইশিল্লকপগী পুন্সিগী মশক অমনি। মসি মীপুম খুদিংমক্তা ওইথোকপা য়াবা ঙাক্তনি। অনৌবা নত্তে। নীলকান্ত (১৯২৭-২০০০), নীলবীর শাস্ত্রী (১৯২৭-২০০৫) অমদি শ্রীবীরেন (১৯৪২-) নচিংবগী শৈরেংশিংদা তত্তনা উবা ফংই। পুন্সিবু ফাগী ওইনা খল্লম্বদগী, লাইবু থাজরমদবদগী অমদি হিংবতবু মরুওইনা খল্লম্বদগী- মমৈথংদা পুন্সিবু নুংশিরকপা, মপাল নাইদ্রবা সংসারসিদা ঈশ্বর অমা লৈ হায়না থাজরকপা, পুন্সিবু মনুং য়ৌশিন্না য়েংবা হৌরকপগী মশক্তু বাবুধনগী শৈরেং খরদসু মমি তারি। কনাগুম্বা অমগী মফমদা অথিবা, ফত্তবা, ওইদবা ঙাংনিংলক্তবা, ফিদমনিংঙাই ওইবা পুন্সি অমবু পাল্লকপা, ঈশ্বর লৈ থাজবগা লোয়ননা মাগী মফমদা চংজবা পাল্লকপা মীওইবসি মহৌশা খুৎশেমগী শক্লোন অমনি হায়না লৌরকপা অমদি অচুম্বা মঙালগী লম্বীদা চৎননবা মায়কৈ থিরকপা- নচিংবা মশক কয়াসি অহল ওইরক্লবা- পুন্সি খোঙচৎকী লম্বী তেনশিল্লক্লবা মীওইবগী লমচৎ শাজৎতা উবা ফংই। মদুনা কবিগী মরৈবাক নিংবা শৈরেং খরা- 'ইমা' দা মমা ওইবীগী থম্মোয়দি পুম্নমক্কীনি- হায়না ফোঙদোকপা, 'খুরুমজবা' দনা বৃন্দাদেবীগী ফিদম্বু পামজবা অমদি মহাক্কী মতীক মগুনবু শৈথাবা-

নঙনিকো বৃন্দা হায়বিদু,
অখাঙ কনবগী তুংনফমনি,
ইমানি নহাক্তি ঙাকহৈবী।' (লা. ২৭)

অদুগা মাবু সংসারগী মমানি হায়না খন্দুনা খুরুমজবগা লোয়ননা প্রার্থনা তৌজবা, 'তাইঙ মপু' দদি জগৎকী মপু মহাক্তি মশক লোত্তুনা লৈরগা মীপুম খুদিংগী হায়বা তাবি- থৌদোক খুদিং য়েংশিল্লি হায়না ফোঙদোকপগা লোয়ননা পুকচেল চাওবা কয়ানা মাতবু উবা ফংই। মঙোন্দদি অচৌ পীশক খায়দে, লাইর-অনং নায়দে, অব্রাবা লৈতে-

মনাক্তগী লাপথোক্লিংবা কনাসু য়াওদে হায়না ফোঙদোকই। 'কনানো নঙবু' হায়বসিদসু ঈশ্বরগী মগুনদি শিংথাবদা লোয়নাইদে- 'মঙোন্দদি পুন্নমক মায়থিবা ঙাক্তনি' হায়না ফোঙদোকপা অমদি মহৌশা খুৎশেমগী ফজবা শিংথাবা অমদি শৈথাবদনা- 'লৈচিল', 'অঙাংবা অয়ুক', 'তারমদাই নুমিৎ', 'চীংয়া তময়া' -নচিংবা শৈরেংশিং পনবা য়াই।

কবিনা মাগী শৈরেং লাইরিক অসিবু মপুং ফাহন্নবা লাক্লবদা তোঙান তোঙানবা মীৎয়েং-ব্রাখল্লোন্দা ইবা শৈরেং খরসু হাপলি। পনবা য়াবা খরদি- 'তর্পন'- শৈরেং অসিদি কবিনা লাইওইখ্রবা -মমা মপাগী মফমদা থম্মোয় লকানুংদগী হৌরকপা মিৎকী পিরাংগা লোয়ননা ঈশিং খুজোক খরদং মীরৈবাক লমদম দিমাপুরদা চেনবা ধনশিরি তুরেলগী ঈচেলদা তর্পন ওইনা কচ্চবগা লোয়ননা তেংথাজবা- এলেজিগী শৈরেংনি। শৈরেং অসিগী মতাং অমদা কবিনা হায়জরি -

থম্মোয় লকানুংদগী হৌরকপা
পিগী পিরাং অসিগা
ঈশিং খুজোক খরসিদংগা
কৎচরি লাইওইখ্রবা নখোয়দা
লৌবিয়ুকো লৎনদনা,
অসিতনি ঙমজবা নচাগী। (লা. ৩১)

শৈরেংসি ডা. কমলগী 'মাতৃ তর্পন' (১৯২৬) নিংশিংহল্লি। অদুগা 'লময়ানবা' হায়বা শৈরেংদনা মণিপুরগী রাজনীতিগী পোলিটিকেল আইকোন অমা ওইনা লৈরবা পদনা মশরুক ওইখ্রবা- জননেতা ইরাবত (১৮৯৬-১৯৫১) পু 'অথৌবা' অমদি 'লময়ানবা' অমনি হায়না কবিনা লৌদুনা ঙসিগী তংদু লৈতাদ্রবা- শান্তি লৈরক্ত্রবা ফিভমসিদা অনৌবা মণিপুর অমগীদমক্তা অমদি ঙসিগী মণিপুর মীয়ামগীদমক্তা-

অথৌবা নঙবু থোরক্লো !
য়াকাইরোল অমা পুরক্লো।' (লা. ৩৩)

হায়না কৌজরি।

'খোঙচৎ' হায়বা শৈরেংদনা কবিনা নিতিগী লেপ্তনা হোংলক্লিবা শক্তমশিং অসিবু থিংবা পামজবগী ব্রাখল্লোন উৎলি। অদুবু মহৌশাগী খুৎশেম, মহৌশাগী খোঙচৎ অমদি মহৌশাগী চৎনবীদি- ঙরাংগা ঙসিগা খেন্নবগুম, পুন্সিগী খোঙচৎসু লেপ্তনা চৎখি- নৌহৌননা অমুক হল্লকপা

লৈতে। নোংমা নোংমগী খেন্নবা মশক অসিগা পুন্সিগী লেপ্পুনা চৎলিবা খোঙচৎ অসিদা থেংনরিবা মশক্কা থোইনা খেন্নবা নত্তে। হান্না উখিবদু মাংহল্লগা অনৌবা অতোপ্পা শক্তম অমবু উহনবনি। মদুনা অরিবা পুন্সিনা চৎখ্রগা অনৌবা পুন্সি অমা লাকপগী মওঙ অমদি মীওইবনা অহল ওইরক্কুনা শিখ্রগা অনৌবা মপোক অমদা পোক্লকপা - খেন্ন-খেন্নবা মীওইবগী মশক অদু উৎনবা লাক্লবনি। কবিগী দশর্ণদি-

পুরক্তে নঙনা পুখিবা পোত্তু
লাকপদা নঙনা ঙসি অমুক,
অউববু মাঙহল্লি অতোপ্পবু উহল্লি,...
অকনবা পুকচেল অরেপ্পা খোঙচৎ
থাংগ্রে ঙসিসু ঙরাংগুম লেপ্তুনা। (লা.২২)

শৈরেংসি মীওইবগী হিংবা অমদি শিবগী খোঙচৎকা অমদি লেপ্পাইদনা চৎলিবা মতমগী খোঙচৎকা মরী লৈনবা মশক্কু উৎপগা লোয়ননা লেংলি-পাল্লিবা জীব খুদিংমক্কী অরোয়বা পনখৈ অমা লৈ হায়বদু উৎপনি। 'পুন্সিগী খোঙলোই' হায়বা শৈরেংদনা মীওইবগা মতম পুন্নমক্তা থানবা লৈতনা লোয়নদুনা লৈরিবসি- মীওইবগী মমি অসিনি। মদুনা কবিনা মমি অসিবু পুন্সিগী খোঙলোইনি হায়রি। অসিগুম্বা মথ্বায় পান্দ্রবা-মীওইবগী মীৎনদি উবা ঙম্বা মমি অসিবু অহিংবা মথ্বায় পানবা চরিত্র অমা ওইনা শাগত্তুনা কবিনা মাগী থম্মোয়গী নুংঙাইবা, খোইরাংবা, লাংতক্লবা অমদি নিংশিংবা ঙম্বা কয়া অদুগা মরী লৈনহন্দুনা কবিগী পুন্সিগী খোঙলোই ওইরিবা চান্নরবা মরুপ ওইনসু উৎলি। অরোয়বদা কবিনা- মাগী পুন্সিগী খোঙলোই ওইদুনা মতম পুন্নমক্তা লোয়নদুনতা লৈরিবা মমি অসিবু- কবিগীদি থৱায়নি অদুগা হকচাংসুনি হায়বদি থৱায় হকচাং অনিগী অপুনবা শক্তমদুনি হায়না ফোঙদোক্লি।

অরোয়বদা- কবি বাবুধনগী থোইদোক্লা মশক্লাইবা বুদ্ধি অমদি লৌশিং শিজিন্নদুনা পুথোকপা, অৱাংবা কলাগী মগুণ য়াওবা শৈরেং অমখক্তং পুথোকপা তারবদি- 'পুন্সি' হায়বা শৈরেংসিনি। শৈরেংসিদা পুন্সিবু মনুং য়ৌশিন্না য়েংনবা লাক্লবগা লোয়ননা মীওইবগা শিবগা অনিগী থানবা য়াদ্রবা মরী অমবু উৎনবা লাক্লরি। হিন্দুগী দর্শন শাস্ত্রদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎলিবা মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎকী অরোয়বা পম্বুংগা অশিবগা-মখোয়নিগী মরী অসি অমত্তনি- খেন্নবা লৈতে হায়বদু উৎলি। মদুনা

কবিনা পুন্সি অসিমক অশিবনি- অশিবনা পুন্নমক্কী পচ্ছুংনি- পোলোয়নি হায়বদুগী ৱাহঙ্গোক পীরি-

শাংই খল্লম্বা লম্বীদো
লেপ্তনা চৎপা ওইবনা
ইমাঙদা লাপ্তনা উরেদো,
পচ্ছুং য়ৌগদবা মফমদো
মফমদুনি য়ৌনবা চৎলিবা,
অশিবনা পচ্ছুংনি মফমদুগী
পুন্সি হায়বসি অসিনি।' (লা. ১১৩)

কবিগী দর্শন অৱাংবা থাক্কীনি। ঙসি ফাওবদা মণিপুরী কবি অমত্তনা পুন্সিগী ৱাহঙ্গোকপু 'অশিবা' নি হায়না পীখিবা লৈখিদ্রি। কবি বাবুধনগী মীৎয়েংসি- অনৌবনি, চাংয়েংনি, পুংচুম চুন্নবা- নেকেদনেস রিএলিটি অমনি। মীওইবনা থাংলিবা খোঙথাং, চৎলিবা লম্বী, পচ্ছুং য়ৌগে তাল্লিবা মফম- পুন্নমকসি- 'অশিবা' নি। মীওইবগী পুন্সিনা হৌজিক, ঙসি নত্রগা হয়েং হায়বা তম্বা ঙমদ্রবা মপোকসিদা অশিবনা পুন্সিগী ৱাহঙ্গোক লেপকদবনি হায়বসিদা অরানবা করি লৈরিবগে?

*লোইরবা*



